# ভাগবত বাহিনী

হন্দোকচবা:
**N. Shamu Singh**
*Retired Principal*
Thoubal College, Manipur

**M/S Romita & Premita**
***Kiyam Sipai, Thoubal, Manipur***




ছপোকচবাঃ

**N. Shamu Singh**
***Retired Principal***
**Thoubal College, Manipur**

**Published by :**
**M/S Romita & Premita**
**Kiyam Sipai, Thoubal**
**# 953848/211149 (R)**
**# 9436081528 (Mobile)**

For
Shri Sathya Sai
Organisation Manipur
Publication Trust.



অহানবাফোঙবা ঃ ২৩/১১/২০০৫ ইং

কোপি মশীং ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ৬৫/-

লাইরিক ফংফম ঃ 1. MBBS Book Store, Thoubal
2. Sharma Book Store, Yairipok
3. Irabanto Book House, Bishnupur

---

নম্ফম ঃ গৌরা ওফসেট প্রিন্টর্স, থৌবাল।

## হন্দোকচরিবগী মায়কৈদগী



ভাগবত বাহিনী হায়বা চেপ্তর ৪২ গী লাইরিক অসি ভগবান সাই বাবা মশামক্না তেলেগু মরোলদা ইবিখিবনি। মদু এনঃ কস্তুরিনা ইংলিসতা হন্দোকপিখিবদুদগী পাওদ্রবনা অমুক সাই প্রেমিকশিংগী মফমদা ভগবানগী ৮০ শুবা মপোক কুমওন অসিদা অহানবা চেপ্তর ১৫ খক্তুদং ইমালোন্দা লানথোকচরি। শেলগী ফিভম চাফাত্তবনা অপুনবা ওইনা পুথোকপা ঙমজখিদ্রে। মসিগীদমক ভক্তশিংনা ঙাকপীনবা নোল্লুকচরি।

কলি যুগ অসিদদি জগৎকি মবুংঙোগী মফমদা মীওইবনা অশেংবা, মক্তবা ভক্তি-প্রেম খক্তং কৎচরবদি মুক্তি ফংজদুনা পোকপা-শীবগী চক্রদগী নানথোকপা ঙমই হায়না তাকপিরি। লম্বী অদুগী মঙাল পীবিরিবা বেদ, শাস্ত্র, কুরান, বাইবল-নচিংবা অরিবা লাইরিকশিং অদুবু ইহান-হান্না ইহনবিখিবা ভগবান মশামক্তুনা ঙসিদগী চহি **৫১৪২ গী মমাংদা হৌখিবা কলি যুগ অসিদা শ্রীসত্য সাই বাবা ওইনা অবতার তৌবিরক্তুনা অরিবা লাইরিকশিং অদুগী নুংগী লুরবা ঈচেল অদুবু য়াম্না লায়থোক্না, পুম্নমক্না চুম্না খঙবা ঙমগদবা মওংদা তাকপীরিবা ভক্তি-প্রেমগী ব্রাফমতনা থল্লবা, মমল নায়দ্রবা লাইরিক্তি, ইচম-চম্বা লাইরিক নত্তে হায়না কস্তুরিনা হায়বিরি। ঈচেল অসিগী ব্রাহে-ব্রাতা মপুং ফাদবা কয়া থেংনবিরক্কনি । পুম্নমক অদু কাওথোকপিরগা, চহি ৮০ চুপ্পা চেম্থরক্লিবা সাইগী ঈচেল অসিগী অমৃতনা থল্লবা রস অদুখক্তং লৌখৎপিদুনা, মীওইবা মপোক্কি চপচাবা পান্দমদি মুক্তি ফংবনিকো হায়না খনবিরগা নৈনবিনবা হঙ্গৎচরি।

জয় সাই রাম ।

নোংথোম্বম শামু সিংহ

তাং ২১-১১-২০০৫ ইং কিয়াম সিপাই, থৌবাল

[** তাং ১৪/১/১৯৭০ দা প্রশান্তি নিলয়মদা বাবানা কলি যুগ অসি চহি ৫১০৭ কি মমাঙদা হৌখি হায়না লাওথোকপিখিবদুদগী হোৎচবনি ।]

## ৱাহৈ অমা অনিদং ঃ

লাইরিক মচা অসিবু মিংয়েং তাবিগে লৌখৎপিরিবশিংদা ৱাহৈ অমা অনিদং হঙ্গৎচরি। অদোম লাইবক য়াম্না ফরবনি মরমদি হৌখিবা চহি ৫৪০০ মুক অসিদা মীওইবনা পানরক্লিবা শ্রীশ্রীমদভাগবদ, দেবঋষি নার্দনা বেদ ব্যাস্তা তাকপিরম্বা শ্লোক মরি অদুদগী ইথোকপা ভাগবদনি। শ্লোকশিং অদুগী তোংঙান-তোংঙানবা ৱাখললোন অমদি মত ফোংদোক্লদুনা ইনরকপা, ফোঙনরকপা ঙাক্তনি। ভগবান শ্রীশ্রী কৃষ্ণগী মনাই অচানবশিংগা ইবুংঙো মহাক্কা লৈনবা মরীগী ৱারীনি। ঐখোয়গী লাইবক ফবনা ত্রেতা যুক্তা শ্রীরাম, দ্বাপর যুক্তনা শ্রীকৃষ্ণ ওইরম্বা ইবুংঙো মহাক মশামক্লা মনাই ওইবা ঐখোয়বু খঙহনবিরগে হায়দুনা ভাগবদকি ৱারীদো, মহাক মশামক্কি ৱারী, লীলাশিং অদু শ্লোক অমতা য়াওদনা ঐখোয়দা পীনবিররে, অদুনা ঐখোয় লাইবক য়াম্না ফরবনি।

শ্রীমদভাগবদ লাইরিক অতৈদি য়াম্না থায়, চাওই, লমাই য়ামই, মমল য়ামই; ভাগবদ বাহিনি অসিদি পিকই, মমল হোঙই হায়দুনা থওই উসিত্তবা তৌবিগনু। লাইরিক অসিগী মগুণ ফোঙদোকপা ওইনা থৌদোক অমতং পঞ্জগে। অহল ওইরবা (চহি ৮০ হেল্লে) ময়াম্না শকখঙনরবা, চহি ৩০/৪০ হেন্না গীতা, শ্রীমদভাগবদ মীওই কয়াদা তম্বীশ্লবা, ব্যাস আসন কাদুনা মশিং থাঙমদনা সেবা চৎপিরক্লবা ব্রাহ্মন অমদা ঐহাক্লা ভাগবদ বাহিনি কোপি অমা কৎচৈ। থা অহুম মুক লৈরগা নোংমা ঐহাক্লা চৎথোকচরুবদা মন্দব মচি অমদা পিরাং পিরোইননা ভাগবদ বাহিনি পাদুনা লৈরমই। ঐনা চংসিঞ্জরুবদা মহাক্লা পি তৈথোক-তৈথোক্লা তাকপিরকখি " **ইনাও ইবুংঙো নয়াম্বা ঐ ওম্বোক্লা নুংঙাইরে**"। চহি অসুক কুইবসে ভাগবদ সেবা লেপ্তুনা তৌজরকপনি অদুবু ঈপাপ চেনবনা প্রেম ভক্তি পোকউ, মিৎলুদগী পি মরিক অমা তারকউ য়ারকখিদে। অদুবু ইনাওনা পীবিবা লাইরিক মচা অসি পারুবদদি থম্মোইনুংদগী ঈহৌরকপা গঙ্গা-যামুনাগী ইফুৎসি খাম্বা ঙমদ্রে। পিরাংশিং অসিনা ঐগী পাপশিং চামথোকপিত্রবগুম পুক্লিং হকচাংসি তয়াং তয়াংলে, শ্রীহরিগী কৃপা ফংবগুমলে"। থৌদোক অসি চুমলমগনি নত্রগা চুমলমলোয় হায়বসি ইশানা পাথবিরগা খঙবিগনি পাথবিয়ু।

ভগবান শ্রীসত্য সাই বাবানা, ঐখোয়না ভাব তাবা ঙম্মনবা তাকপা হোৎনবদা মতম অদুদা শিজিন্নরম্বা লোন, ব্রাহে কয়া শিজিন্নবা থেংনবিগনি। ঐখোয়না লৌসিনবা ঙম্মনবা তাকপিবনি। অতৈ ভাগবদতা য়াওদবা, ইবুংঙো মহাক্নদি শ্রীকৃষ্ণ ওইরম্বনিনা খঙহৌ,উহৌবশিং নিংশিংদুনা ইথোকপিরকপনা তোপ-তোপ্পা মওং মতৌ কয়াসু থেংনবিগনি। থেংনবিরিবশিং অদুনা অদোমগী পুক্নিংদা শুংসোই সোইদনা " অসুম্না মতৌ করম্না হায়রিবনো ? অশুম্না হায়বা ঙমলিবা মহাক অসি কনানো খম্থনিংবা পোকপিরক্কনি। মদু য়াম্না তাঙলবা থৌজালনি"।

সাই-লৈকোন্দা নিংথিরবা মগুণ লৈরবা লৈরাং কয়া থাবিশ্ববা মতুংদা লৈরাং অসিমসু চারা অহুম থোক্লা থাবিগে পুথোকপিরক্লিবা, **শ্রীনোংথোম্বম শামু সিংহবু** নৌনা অমুক শক তাকচরবোই। জগৎকি মবুংঙো,যুগ অবতার ওইবিরিবা ভগবান শ্রীশ্রী সত্য সাই বাবানা মনাই অসিবু থৌজানবিদুনা মহাক্কী সেবা মখা তানা ফংহনবিননবা হন্না হন্না খুৎমজরি।

জয় সাই রাম।

ব্রিং কমান্দর একে দেবেন্দ্রা সিংহ,
(রিটাইয়ার্দ) স্টেট প্রসিদেন্ট ইনচার্জ
শ্রীসত্য সাই সেবা ওগেনাইজেসন,মণিপুর।

থৌবাল
তাং ২১-১১-০৫ ইং

# য়াওরিবশিং

লমায়


| | | |
|---|---|---|
| ১। | ভাগবত বাহিনী | ১ |
| ২। | ভাগবত | ৩ |
| ৩। | ভাগবত অমা পোকপা | ১২ |
| ৪। | অঙাং পরিক্ষৎ অমসুং তুংদা থোক্লগদবা -ব্রাফম | ১৮ |
| ৫। | দোষ পাপ্ কোকপিনবা পাঙথোকপা য়াজনা-যজ্ঞ | ২৫ |
| ৬। | য়াজনাশিং অমসুং অহলশিংগী মশানা নংহঞ্জবা অৱাবশিং | ৩২ |
| ৭। | বিদুরগী থাদোকপা-ত্যাগ | ৩৮ |
| ৮। | পাওতাক পীরিবা বিদুর | ৪৪ |
| ৯। | পুকচেল হোংখ্রবা ধৃতরাষ্ট্র | ৫০ |
| ১০। | কৃষ্ণ কাখৎখিবা | ৫৪ |
| ১১। | কৃষ্ণ থুপখিবগী অঙকপা | ৬১ |
| ১২। | পাণ্ডবশিংগী অৱাবা | ৭১ |
| ১৩। | কলি যুগ হৌরে | ৭৬ |
| ১৪। | পরিক্ষিৎনা সিংহাসন কাবা | ৮২ |
| ১৫। | পাণ্ডবশিং থোকখিবা | ৮৭ |
| ১৬। | নিংথৌরেল পরিক্ষিৎনা পানবা | ৯৩ |

# ভাগবত বাহিনী

নুংশিরবা পাঠক!

ভাগবত হায়বা লাইরিক অসি শিগদৌরবা নুপা অমগা অশিবা অদু মতৌ করম্না থেংনগদগে হায়না লমজিং লমতাকপিরিবা অচৌবা মুণি-ঋষি অমগা অনীগী মরক্তা ঙাঙনরিবা ৱাফম অদুনি। ঐখোয় পুম্নমক নোংমদি শোয়দনা শিরগদবা ৱাথং অমগী মখাদা লৈরবনি; ঐখোয়গী থম্মোয় অসিনা মখোল ফাজিল্লবা পৃঙ অমগুম্না মোংফম য়ৌনবা চৎলিবা লম্বীদা থীল্লি। খর অমনা থেঙনা য়ৌই, খর অমনা থুনা য়ৌই। ঐখোয়গীসু অশিবদু মতৌ করম্না থেংনগদগে অমসুং মদুগী ৱাংমদা লৈরিবা দৃশ্য অদু করম্না য়েংগদগে হায়বগী লম্বী শেম্বী-শাবিনবা অচৌবা মুণি-ঋষি অমগী পাওতাক দরকার লৈ।

ভাগবত হায়বসি শ্রীভগবান্দগী হৌরকখিবা গঙ্গা অমনি; মসিনা নীংথিরবা লমদম কয়ামুক শিন্থুংনা চেল্লুরবা মতুংদা, ইতিহাসকি লমায় কয়া ফাওরুরগা, ধর্ম্মগী নৈনরোল কয়াগী মরক্তা য়ৌরুরগা, মুণি-ঋষি কয়াগী পুন্সি ৱারী কয়া থেংনরুরবা মতুংদা, অমকপা মরিক অমতা য়াওদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী থৌদোকশিংগী শেংলবা, তরু-তরুরবা ঈশিং অদুনা পাকচাউখ্রবা পুক্লিংগী সংসার অসিবু নীংথিনা লৈহাও চেলহল্লম্লবা মতুংদা হৌরকফম মবুংঙোদুদা অমুক হন্না তিনখিবা গঙ্গা অদুনি।

মীওইবগী মরক্তা ধর্ম্ম অসি অমুকহন্না লৈহন্নবগীদমক, হিঙ্গৎহন্নবগীদমক ভগবান্না অমুকহন্না মালেমদা সত্য সাই ওইনা লাকপিরে; হিঙ্গৎহনবা অসিগী য়াম্না মরুওইরিবা ৱাফম অমদি আত্মাগা মরী লৈনবা থাইনগী অরিবা লাইরিকশিং হায়বদি বাইবল্, কোরান্, জেন অবেস্ত, ত্রিপিতক্, বেদশিং অমসুং ভাগবতশিং অসিবু নৌহৌননা ব্যবহার-সন্মান থম্বা হায়বসিনি। ঙসিগী ওইরিবা ফিভম তানজা অসিদদি হায়রিবা লাইরিকশিং অসিগী নুংগী ওইবা অর্থশিং অমসুং ৱারীশিংদু য়াম্না তশেং-তশেংবা মওংদা, লায়হন্না, য়াম্না

শুদ্ধাৎনিংঙাইওইবা মওংদা অরিবা লাইরিকশিং অসিবু ইনিংবগী ৱাখল পোকহনবিখিবা ভগবান মশামক্ অদুনা নিংথিনা শন্দোক্লা তাকপিরবা মতমদতা লাইরিকশিং অদুদা সন্মান তৌনিংবগী ৱাখল অদু পোক্লক্কনি।

শান্তি অমসুং পুক্লিং লৈতাবা ফংনবগীদমক্ নারদমুণিগী পাওতাক্ মতুংইন্না ব্যাসদেবনা ইখিবা ভক্তিগী চাউরবা লাইরিক অদু ভগবান মশাগী ৱাফম ওইনা লাইরিক অসিদা লৈরে।

মসি চুম্নগী লাইরিক অমা হায়বদু নত্তে, নুংশিজরবা পাঠক! মসি শোক্লবা থম্মোয়শিংবু থোৎহন্নবা অমসুং কনবিনবা, চেৎনা পুল্লিবা মায়াগী থৌরিবু কোমথোকহন্নবা, অৱা-অনাগী চৈনাখোলদগী নিঙতমহন্নবা, অরাম খৌরাংবা কয়াদগী কনবিনবা মোলোম্নি, শোনি, মন্ত্রনি।

য়াম্না নোল্লুক্লা হাংদোকপিয়ু, চেকশিন্ন-নিংথিনা পাবিয়ু, ভক্তিগা লোয়ননা ব্যবহার তৌবিয়ু, পাওতাকশিং অদু পুক্লিং চেৎনা পাঙথোকপিয়ু অদুগা ব্যাসনা য়ৌজখিবা অমসুং নারদনা ফংখিবা পম্বুং অদু ফংবিয়ু; অসুম্না সুক মুণিনা তম্বিখি অমসুং পরিক্ষিৎ মহারাজনা তমজখি, খঙজখি। মীওইবনা মসিদগী হেন্না চাউবা মনা (Reward) অমমুক আশা তৌনিংঙাই করি লৈরিবগে?

এনঃ কস্তুরি
(Merged in Bhagavan on 14-08-1987)

# পন্দুপ অহানবা

# ভাগবত

ভাগবত হায়রিবা মমিং অসি ঈশ্বরগা হকথেংনপ্লবা মীওইশিং অমসুং ঈশ্বরগী থাক য়ৌরকপ্লবা ভক্তশিং অদুনা থেংনপ্লবা থৌদোকশিং অদুগী ৱারী-ৱাখোঙশিং অদুদসু কৌবা য়াই। ঈশ্বরনা তোঙানবা শক্লোন কয়া মরুম লৌই অদুগা থবক কয়ামরুম পাঙথোকই। হায়রিবা মওংশিং অদুদা মহাকপু (ঈশ্বরবু) ফংবা ঙমজপ্লবা কাংবুশিং অদুদা অমদি মাগী থৌজাল পিবিপ্লবশিং অদুদা অমসুং মাগী খুৎলায় ওইনা খনখ্রবশিং অদুনা শাথেংনখিবা থৌদোকশিং অদুবু শন্দোক্লা তাক্লিবা ৱাফমশিং অদুদা ভাগবত হায়বা মমিং অসি থোক্লি।

বেদ পুম্নমকপু নিংথিনা মান্তর তৌরবা মী পুম্নমক্লা ভাগবত হায়রিবা অচৌবা থবক অসিবু ব্যবহার তৌই। মসিদি হকচাংগী, পুক্লিংগী অমসুং থৱাইগী অনাবা পুম্নমক কোকহল্লিবা শিদ-হিদাক অমনি। ভাগবত অসি অমৃতগী খোয়থুম্নরবা রস অদুনা থৃক্ষ্মৎলবনি; মসিদি ঈশ্বরগী মতিক-মগুন্তনা ঙাল্লবনি।

অবতারগী নিয়ম নত্রগা ঈশ্বরনা পৃথিবী অসিদা কুমথরকপা, মওং লৈতবা মহাক অদুনা জীবশিংবু হেন্না ফবা থাক্তা পুথৎপিনবা অকক্লবা মওং লৌদুনা অবতার ওইনা লাকপি হায়বা ৱাফম অসিমক্লা ভাগবত অসি তশেং-তশেংবনি, শেমজিন-শাজিনবা নত্তে হায়বদু উৎলি। ঈশ্বরতবু পাজবা মীওইশিং, ঈশ্বরতগা লৈমিন্নজনিংবা মীওইশিংবুসু ঐখোয়না ভাগবত হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা মীতাশিং অসিগীদমক্তদি ভাগবত হায়বা লাইরিক অসি খ্বাইদগী হেন্না তাঙই, মমল য়ামই; মসি মখোয়গী পুক্সিগী শ্বরনি। অসিগুম্বা ভাগবতশিং অসিগী মরক্তা লৈবা হায়বসি নুপা অদুগী মশাগী ভক্তি য়োকখৎচবনি। নহাক্লা ঈশ্বর ফংনিংবগী অপাম্বা ৱাখল লৈত্রবদি ভাগবত্তগী নুংঙাইবা অমতা ফংবা ঙম্লোই। মদুগী হৈনিংবা অপাম্বা ৱাখল অদু পোকহন্নবগীদমক্ তশেংনা থৱায়-য়াওনা থিজরক্লিবা সাধক অদুগীদমক অবতারগা মরী লৈনবা ৱারীশিংদু ভাগবতনা লীবিরি। অদুদগীদি ঈশ্বরগা উনজবদগী ফংলকপা চাংজৌ নায়দ্রবা নুংঙাইবা অদু হকথেংননিংবগী খৌরাংবা অদু ৱাখলগী থাক পুম্নমক্তা ফাওরক্লে। মসিগী অপাম্বা অসিবু য়াম্না কন্না লৈরবা মহাক অদু অশেংবা ভাগবত অমা ওইবা য়ারে।

মী অয়াম্বনা পান্দম অনীথক্কিদমক্তা ঈশ্বরনা অবতার তৌরকই হায়না থাজনৈ: ফত্তবা মীশিংবু দণ্ডি পীবা অমসুং অফবা মীওইশিংবু মীওৎ-মীনৈদগী ঙাকথোকপিবা, কনবীবা। অদুবু, হায়রিবশিং অসিদি অবতার অদুনা পাঙথোক্কদৌরিবা থবকশিং অদুগী মনূংদা মায়কৈ অমখক্তনি। ঈশ্বর ফংজগে হায়দুনা মতম কুইনা হোৎনজরক্লবা কাংবু অদুদা শান্তি অমসুং নুংঙাইবা ফংহনবিবা, নিংজবা আশা থুংজরে হায়বা ব্রাখল মশাদা ফাওহনবা মসিসু থবক অদুগী শরুক অমনি।

অবতার নত্রগা মওং নাইবা শক্লোন হায়বসিমক থিজরিবা সাধকশিং অদুগী অপাম্বা, খৌরাংবশিং অদু পোৎশক ওইনা থোরকপগী ব্রাফমতনি। মসিদি ঈশ্বরগী থাক্তা কাখৎলক্লবা ভক্তশিং অদুগী ভক্তিগী অথুম্বশিং অদু মপং ওইনা থোরকপগী ব্রাফম্নি। মওং লৈতবা ইবুংঙো মহাক্লা সাধকসিং অসিগীদমক্তা অবতারগী মওং-শক্লোন অদু লৌবনি।

মখোয়শিং অদু অবতার লাক্লবগী মরুওইবা মরমনি; ষণবি অদুনা মচা অদু হিংজনবগীদমক শঙ্গোম থোকহল্লি। মদুনি মাগী মরুওইবা কান্নবসি। অদুবু ঐখোয়না উরিবদুনি, অতৈ অতোপ্পশিংসু শঙ্গোমদগী কান্নবা ফঙই। মতৌ অসুম্না, ভক্তশিং অদুনা অবতার লাকহন্নবগী মরম ওইরবসু অমসুং মখোয়বু নুংঙাইহনবা অদুগা হিংহনবদা মরুওইবা পান্দম ওইরবসু, অতোপ্পা কান্নবা কয়া অমসু খুদম ওইনা ধর্ম্ম য়োকখৎপা, ফত্তবশিংবু নমথবা অমসুং খুদুম চনশিন্বনচিংবা ফংই।

অবতারশিং অসি মীওইবগী শক্লোন খক্তদা অমদি পৃথিবী অসি খক্তদা থোক্কনি হায়বগী তঙাইফদবা রুল নত্রগা নিয়ম লৈতে। পুম্নমক মনিংতম্বা ঈশ্বর অদুনা অপাম্বা মফম অমসুং মওং অমা হেক্তা লৌবা য়াই। ওইনিংবা মফম অমদা, ওইনিংবা মওং অমনা ভক্তশিংগী অনিংবা আশা অদু ফগৎহনগদবা ওইরবদি মফম অদু, মওং অদু ঈশ্বরগী অনিংবা অদুনা হেক্তা খল্লি। ঈশ্বরদি মতম অদু ঈশ্বরগী অনিংবা অদুনা হেক্তা খল্লি। ঈশ্বরদি মতম অমসুং মফমগী অকক্লবা পনখৈগী মথক্তা অমসুং ব্রাংমদা লৈ। মহাক্তি মওং-মতৌ পুম্নমক অমসুং গুণ পুম্নমক্তি ব্রাংমদা লৈ; অসিগুম্বা মওং-মতৌ অমদি মগুণশিং কয়া অসিনা মহাকপু মপুংফানা শন্দোক্লা তাকপা ঙমদে। মঙোন্দদি জীবা পুম্নমক

অসি চপ মান্নে। মীগা, শাগা, উচেক্কা, তীল কাণ্ডগা অমসুং লাই ফাওবগা খেন্নবা অসি 'পাত্র' অদুতা খেন্নবগী ৱাতনি।

মসি তোঙান-তোঙানবা থৌরাংশিংদা চত্নুনা তোঙান-তোঙানবা থবক তৌহল্লিবা ইলেক্ট্রিক্কী ঈচেলগুম্বনি। ঈচেল অদুদা খেন্নবা অমতা লৈতে, মদু চপ মান্নবা ঈচেল অমতনি। মদু তোঙানবনি হায়না হায়বা তারবদি মদু মাগী অপাঙবা অদুখক্তা উৎথোকচবনি। মতৌ অসুম্না, ঈশ্বর অমখক্তুনা পাত্র খুদিংমক অদুবু মথৌ তৌহল্লি অমসুং মখল মথেলগী ফলশিং থোকহল্লি। অশিংবশিংনা অমতা ওইবা ঈচেল অদুতবু উই, অপাঙবশিং অদুনা পুম্নমক অদু তোঙানবা ওাক্তনি হায়না ফাওজে। থবক পুম্নমক অদুবু পাঙথোকহল্লিবা ৱাখল্লোন অদুদি অমতনি হায়বসি ঈশ্বরনা য়াই। থৌরমশিং অদু অমত্তনি, তোঙান্দে হায়বদি মহাক্লা য়াদে। মসিদি তোঙান-তোঙান্বা দরকার লৈবশিংদা লোয়না চানৈ। কর্ম্মগী ফলদি মশাগা হকচাংগা অমতনি হায়বা কাংবু অদুনা ফঙই, অমসুং মশা অদু মাঙ-তাকহনবা ঙমদ্রবা আত্মা অদুনি হায়জবা কাংবু অদুদদি করি অমতা ফংহন্দে।

অমুকহন্না, ঈশ্বরনা অবতারগী থবক তৌবসিদা অরোইবা লৈতে হায়বসি নহাক্লা তঙাইফদনা খঙগদবনি। মহাক্লা মশিং লাকঙমদ্রবা খোঙফমদা অবতার ওইনা লাকখ্রবনি। করিগুম্বা মতমদা মহাক্লা মাগী শক্তিগী, মতিক মগুনগী শরুক খরখক্তগা লাকই, করিগুম্বদনা খর হেনবা মতিক মঙালগা লোয়ননা লাকই, করিগুম্বদনা অকক্লবা থবক অমখক্তিদমক লাকই, করিগুম্বদনা যুগ অমা পুরা ওম্থোকপগী, করিগুম্বদনা মালেম অপুনবসি পুরা ওম্থোকপগী ওইনা লাকই।

ভাগবতনা শন্দোক্লা নৈনরিবসি অকোনবগী ৱারী অসিগী মতাংদনি। অবতার অসিনা শান্নরিবা লীলা অমসুং মঙোন্দা চিংশিল্লিবা ভক্তশিং অসিনা ভাগবতকী নৈনরিবা ৱাফমশিংনি। মদুবু থৱাই য়াওনা তাবনা ঈশ্বর ফংজনবগী হিরমদা খুমাং চাউশিলহল্লি। মুনি-ঋষি কয়ানা ৱাফম অসিগী অচুম-চুমদা অদু চাংয়েংখ্রবনি অমসুং ভাগবতপু ৱাংনা থাঙ্গৎখ্রবনি, মদু তুংগী চারোন-শুরোনগীদমক তেক্ত কায়দনা থম্বদা তেংবাংখ্রবনি।

সাধারন ওইনা হায়বা তারবদি মীওইবসি ইন্দ্রি পেলহন্নবগী পোৎশিংদা হেক্তা চিংশিল্লি, মরমদি মদু মশাদা পোকপদগী লোয়নরকপা ৱাখলশিং অদুগী মখা পোনখিবননি। অসিগুম্বা ৱাখলশিং অসিনা য়াম্না লায়না ইন্দ্রিগী পোৎশিং

অসি থিরকই। মখোয় অসি হৃকচাং অসিগা লোয়ননা লাকখ্রবনি, তমলুবদগী খঙলকপা নত্তে। অঙাং অদুনা মমাগী মথবাক্তা শঙ্গোম থিরকই; পোকপদা ঙাইরিবা মন্নাও অদুনা মচিন্দু মমাগী মখোম মরক্তা থিংজল্লি। মসিগীদমক তম্বীবা করি অমতা দরকার তাদে। অদুবু অঙাং অদু চৎপা অমসুং ব্রা ঙাওনবগীদমক্তদি খর তম্বীবা দরকার লৈ। মদুগী মরমদি মখোয় অদু মথক্তা হৈজরক্তে; মখোয়দু সমাজ অসিনা হৈনিংহল্লি, খুদম ওইনা উবনা অমসুং অতোপ্পদগী মতৌ তম্বনা।

ইন্দ্রিগী নুংঙাইনবা থবক যৌরমশিংদসু মরম চুম্না চৎথনবগীদমক তম্বা হায়বসি তঙাইফদনা দরকার ওই, মরমদি মসিদা মফম মরাং খঙদনা অসিগুম্বা নুংঙাইবা অসি থিরকপনা মখোয়গী অশাওবা, তুক্কচবা, কল্লকপা, মলোম অমসুং, নাপলনচিংবসি পোকহল্লি। মাগী-মাগী মথৌশিংদা নিংথিনা তম্বীবনা অমসুং মখোয়বু খুদুম চন্দুনা থম্নবগীদমক জপ, ধ্যান, চরাহেনবা, অয়ুক অমসুং সনধ্যাদা ঈশ্বর খুরুম্বনচিংবা অফবা নিয়ম খরদি তঙাই ফদনা চঙই। অদুবু হায়রিবা নিয়মশিং অসি ফৈ হায়দুনা ফনা য়াম্না থাগৎলবসু অমসুং নিয়মশিং অদু ইনগদবনি হায়রবসু মীয়াম্না নিয়মশিং অদু চৎথনিংবগী অপাম্বসি ইফাও ফাওনদে। মসিগী মরুওইবা মরম হায়ববু ইন্দ্রিগী নুংঙাইবগী ব্রাখল অসিনা মখোয়গী থম্মোয়দা লূনা মরা তাখিবননি। কনাগুম্বা অমা ঈশ্বরগা মরী লৈনবা থবক অমখক্তা তৌ হায়বা মতমদা মাগী থম্মোয়দা মাদু পাঙথোকনিংবগী অপাম্বদু করি অমত্তা লৈতে। অদু ওইরবসু কনা অমত্তনা মদু নিঙবা কায়না থাদোক্লোইদবনি। হৈনিংবগী অপাম্বা ব্রাখলদু হেক ফাওদ্রিফাওবা নিয়মশিং অদু চেকশিন্না ঙাক্লা চৎকদবনি। মসিগী হৈনিংবা ব্রাখল অসিদি ত্রেনিং অদুগী ফলনি; মদু কনা অমত্তনা পোকপদগী হৈরকপা নত্তে। তত্তনা হোৎনবনা অপাম্বদু পোকহল্লকনি।

পোকপদা ঙায়রিবা অঙাং অদুনা শঙ্গোমগী মহাও খঙদে। মদু নুমিৎ খুদিংগী থকপদগী মদুগী অপাম্বদু পোকলকই, অপাম্বদু অসুক্কি মতিক লূনা মরা তারকই মদুদি শঙ্গোম থাদোক্লগা চাক্লা মহৎ শিনবা মতমদা অঙাং অদুনা য়ানিংদে, নিংঙাই তৌই। অদুবু মমা অদু মদুদা নিঙবা কায়দে; মহাক্লা নুংতিগী চাক খরা খরদং শিজনবা অঙাং অদুদা থেমই অমসুং অসুম্না চৎথরকপনা চাক চাবা পামলকই অদুগা খোম থকপদু থাদোরকই। মমাগী শঙ্গোম্না মতম অমদদি মাগী হৈনবী চিঙ্গাক ওইরমই; তোয়না শিজিন্নরকপনা চাক্লা মাগী হৈনবী চিঙ্গাক ওইখ্রে, অসুক্কি মতিক হৈনরকখ্রে মদুদি নোংমতং চাক ফংদবদা য়াম্না অব্রাবগী মশক ওইরকখি।

মতৌ অসুম্না, ইন্দ্রিগী নুংঙাইবশিং অসি অহানবদদি মশাগী হৈনবী ওইরম্লবসু, তত্তনা হোংনরকপনা, তম্বনা অমসুং অশিংবশিংগী ৱাফম তাশিনবনা, সুম তপ্ন-তপ্না মদুদগী হেন্না নুংঙাইবা অমদি তুংকোইনা চংকদবা নুংঙাইবশিংদু ঈশ্বরগী মতিক মগুনশিং নৈনবদগী ফংবা ঙমলকই, মদু অমুক্তং ফংশ্লবা মতুংদদি মিনিট অমা ফাওবা মদুগী ৱাখলদু পোক্তনা লৈবা ঙম্লরোই; ঈশ্বরগী মতিক-মগুণশিং তাবদা নুংঙাইজবা অদুদগী হেন্না থুম্বা, নুংঙাইবা অমত্তা লৈত্রে হায়না মশাদা ফাওজে। ইন্দ্রিশিং অমসুং ইন্দ্রিশিংদুগী নুংঙাইনফমগী মরমদতা ৱারী শারিবা সংসারগী লম্বীসিদা চংলিবা মীওইশিং অসিনা মহাকপু চিংশিনবা ঙম্লরোই; ঈশ্বরগী মতিক-মগুন থাগৎচবদা নুংঙাইজবা কাংবু অদুতনা মখোয়বু চিংশিনগনি অমসুং মখোয়তগা লোয়নগনি।

মসি অফবা মীওইশিংগী তশেংবা খুদম শাক্তিনানি। সাধকশিং অমসুং ঈশ্বরবু নিংজবা কাংবুশিংদি অসিগুম্বা থবকশিং অসিনা মখোয়গী অফ-ফত্ত-গুন অদু লেপকদবনি, মপানথোংগী ফিজেৎনা নত্রগা শকফম্না লেপকদবা নত্তে। কনাগুম্বা অমনা ইন্দ্রিশিংগী নুংঙাইনবা ৱারী-ৱাখোংদা পেনজবা, নুংঙাইজবা কাংবুগা তিন্না তোংনরবদি, মহাক অদু মথম্ভনা অদুম মাঙহনজরবনি। নহাক্কী মতম অদু অফবা মীওইশিংগতা লোয়নদুনা লেল্লু। ঈশ্বরগী মরমদা থৱায় য়াওদবশিংগা লোয়নগনু। মখোয়গী থবকশিংদা য়েংগনু, মখোয়না ঙাঙবা তারুগনু। মখোয় অদুদগী নাম্থোকপা ঙম্লবা কাংবু অদুতবু ভাগবত কৌবা য়ারে নত্রগা ঈশ্বরগী ওইশ্লবা হায়বা য়ারে।

য়াম্না শেংবা মফম অমদা নত্রগা মন্দির অমদা নত্রগা লাইশোল শঙ অমদা নত্রগা মুনি-ঋষি অমগী খাংপোকশঙ অমদা ধর্ম্ম লৈবা অমসুং অফবা ময়াম অমগা লোয়ননা কৃষ্ণগী মতিক মগুনগী মরমদা পামিন্নবা অমসুং নুংঙাইমিন্নবা হায়বসি পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইনঙাই অমসুং য়াম্না যৌগৎনিংঙাই ওইবা খোঙথাংনি। মদুনা মীওইবদা অতৈ পুম্নমকপু লোয়না কাওথোকহল্লি। অদু নত্রগনা কনাগুম্বা অমনা ৱাখল পুক্লিং য়াম্না শেংলবা মী অমগী মনাক্তা চত্তুনা মাগী সেবা তৌবা, মহাক্না ঈশ্বরগী মতিক মগুনগী মরমদা লীবা ৱাশিং তাবসু য়াই। অসিগুম্বা নিংথিরবা থবকশিংদা হৈনিংবা পোক্লিবা অদুমক কর্ম্মগী অফবা ফলশিং তুংশিনজরকপগী অমদী হোংনজরকপগী ফলননি। মদুগী অফবা ফল অদুমক্না অদুগুম্বা অফবা শঙ্গ

অদুমক ফংজররিবনি। হৌরকপা মতমদদি ঈশ্বরগী মতিক মগুন তাবা অদুনা অদুম য়ারি; মতুংদা ৱারীশিং অদুনা ঈশ্বরগী হৌনশা অমসুং মওং মতৌগী মরমদা হেন্না খণ্ডনিংবা ৱাখল পোকহনগনি অমসুং সাধক অদুনা করম্না আত্মা মশক খণ্ডগদগে, অরানখুভম ফংগদগে হায়বসি মথন্তা অদুম খিজরগনি।

ইশানা পাবদগীদি অখণ্ডবা মীনা পারগা শদোক্লা তাকপা অদুনা য়াম্না হেন্না ফৈ নত্রগা ৱারী অদু তারিঙৈদা লাইরিক অদু ঈরোয়ননা য়েংবসু য়াই। ইথন্তা তাববুদি ময়াম তামিন্নবনা হেন্না ফৈ; অওইবমকসু য়াম্না থৱায় য়াওবা সাধক কয়ামরুমগা পুন্না তামিন্নবা হায়বসিমক পুমহেন হেন্না ফরবগি ৱানি। শন্দোক্লা তাক্লিবা মীশক অদুনগা মশানা তশেংনা হকথেংনম্ব্রবা থৌদোক্কা ওইরবদি মদু খ্বাইদগী হেন্না লাইবক ফরবনি, মরমদি মদুনা খ্বাইদগী হেন্না ফরবা ফল পীবা ঙমই। মরমদি ভগবানগী মতিক মগুন হেক খম্বরুবদা মাগী মায়থোং অদু হরাও-নুংঙাইবনা থুমহৎকনি, মমিৎ অদুনা নুংঙাইবগী পিরাং শিন্থগনি। মহাক্লা ঙাঙবা তারিবা মীওইশিংদু য়াম্না হৈনিং হরাওবা ৱাখল পোকহল্লক্কনি; মখোয় মশামকসু নুংঙাইবদু ফাওজগনি, হকথেংনজগনি। পিরাং শিন্থদুনা কপলিবা কাংবু অদুগী মরক্তা চংলক্লিবা মখোয় অদুসু মমিত্তগী পি তাগনি। অঙাং অমনা নোক্লকপা মতমদা অকোয়বদা লৈরিবা ময়াম অদুসু পুন্না নোক্লক্কনি। মতৌ অসুম্না ঈশ্বরদা ভক্তি প্রেম মপুংফানা লৈরবা মীওইশিং অদুগী ৱাহৈশিং অদুনা তারিবশিং অদুগী থম্মোয়দসু ভক্তি প্রেম্না থুমহৎহল্লি। অসিগুম্বা ভক্তি প্রেম্না মপুংফারবা অচৌবা ময়াম অসিগী মরক্তা তিঞ্জবা মতমদা কনাগুম্বা অমনা কয়া য়াম্না কান্নবা ফংবগে হায়বসি চপচানা ফোঙদোকপা ওইথোক্তে।

অসুম্না চংশিনবা তাবগী খোঙজং অসিনা অমোৎপনা থল্লবা থম্মোয় অদু অশেংবা মঙালনা পুমলং লংহল্লবা তশেং-তশেংলবা থম্মোয় অমদা ওম্থোকহনগনি। ইন্দ্রিশিংগী নুংঙাইনবা খনবা ৱাখললনা নমথিহল্লম্বা মনম অদু ঈশ্বরগী মতিক মগুনগী মরমদা খণ্ডনিংলকপা ৱাখল অদুনা মহিক হাৎনবা হিদাক অমা ওইরে, মসিদসু নত্তনা মশা অদুসু নুংশিরবা মনম্না পিক থনখ্রে। অশুম্না ঈশ্বরগী মরমদা তাবা অসিনা অফবা থবক তৌনিংলকপগী ৱাখল অদুনা থম্মোয় অদু শেংদোক্লগনি।

অসুম্না শেংদোক্লবা থম্মোয় হায়বসি খ্বাইদগী হেন্না মফম চারবা ঈশ্বরবু লাৎচনবা, খুরুমজনবা মফম অমনি। অদুগুম্বা মনম নুংশিরবা নিকুঞ্জ-বন

*মনুংদুদা ঈশ্বরনা মশানা অদুম লেঙশিল্লগনি, মীকুপ অদুমক্তদা অতোপ্পা থৌদোক* অমসু থোক্লগনি; মফম অদুদা হাম্লনা খোঙদাদুনা লৈরম্লবা পাপ তরুক (অশাওবা, অপাম্বা, মিহৌবা, কল্লকপা, তুক্কচবা, য়েংথিনবা) অদুসু কায়নবগী থৌরম শীল্লুবা লৈতনা অদুম হেক্তা মথন্নতা থাদোক্কুনা চৎপ্রগনি।

অসিগুম্বা ফত্রবা ৱাখলশিং অসিনা থাদোক্কুনা চৎপ্রবা মতমদা, ফত্তবা ৱাখল পরেং অমসুং মিৎয়েং-নায়েং পুম্নমক শম্না অমগী মমি তাহল্লমদনা অদুম মাঙপ্রগনি। অদুদগীদি, মী অমগী মশাগী অশেংবা গুন ওইরিবা অচুম্বা অমসুং নুংশিবা প্রেমগী ৱাখলতনা মশা অদুদা ঙাল্লগনি, লৈতেংলগনি; খোঙলৌ পল্লৌবা লৈতনা মশা মশক খঙনবা হোৎনজরগনি, অমসুং পোলোইদা অদুগুম্বা লেঙপ্রবা, জগৎকী মবুংঙো অদুদা তিঙ্প্রবা ঙল্লগনি। মহাক মায়াগী লাং অসিদগী নাম্থোকপা, মনিংতম্বা ঙল্লগনি। মহাক্কী পুক্নিং অদু মাঙথম্প্রগনি; মতম কুইনদগী লোত্তুনা লৈরম্বা অরোনবদু মঙোন্দা খঙহল্লক্লগনি; মহাক মশামক্তা য়াওরিবা ঈশ্বরদু মশানা খঙজরগনি।

মীওইবগী মশাগী হৌনশাসি নুংশিবা প্রেম্নি। মহাক্না নুংশিবা প্রেম য়াওদনা মিকুপ অমা ফাওবা হিংবা ঙমদে। মসি মাগী পুন্সিগী শ্বরনি। মতম কুইনদগী মঙোন্দা লোয়নদুনা লাকপ্রবা পাপ তরুক অদুনা মাঙপ্রবা মতমদা মাগী থম্মোয়দা লৈহৌগদৌরিবসি নুংশিবা হায়বসি খক্তনি; অদুবু নুংশিবা হায়বসি মানা তারুগদবা পোৎশক অমদি লৈবা তাবনি। মহাক মথক্তা লৈবা ঙমজদে। মরম অদুনা মদু ঈশ্বরগী শক্তম ওইরিবা, কুচু মুরৈনবা অঙাং অদুদা ওনশিল্লি, অদুগুম্বা অশেংবা হায়বদুনা পোৎশক ওইনা থোরকপ্রবা শুমহৎনিংঙাইগী মশক ওইরবা, পুমশেং শেংলবা থম্মোয়গী মন্দির অদুদা লেঙশিল্লিবা, সেবাগী, কৎথোকপগী অমসুং মশাগী ওইজবা থাদোকপগী শক্তোন ওইরিবা মনশেনবা অঙাং অদুদা ওনশিল্লি। হৌজিক্তি মহাক ফংনিংবগী ৱাখল নত্তনা অতোপ্পা অপাম্বা অমমুক পোক্লক্লবগী ৱাখল হৌরক্লিংঙাই লৈত্রে। মরম অদুনা, মসিগী ঈশ্বরবু নুংশিবগী ৱাখল অসি থাক, থাক নাইনা শুম লুশিল্লকপা, হেম্না শেংলকপা, মশাসি হকচাংদু নত্তে হায়বসি হেন্না হেন্না থাজরকপা, অদুনা মমৈথংদদি অতোপ্পা অমগী ৱাখল অমুক খন্নবগী দরকার লৈরক্তে অমসুং মহাক মশাদু জগৎকি মবুংঙোদা অমতা ওইনা তিনশিনম্রে।

জাগৎকি মবুংঙো বাসুদেৱনা মীদুগী থম্মোয়দা লেঙশিনখ্রবা মতমদা, লনথুমগী অপাম্বগী লাই অদুনা মফম অদুদা লৈবা ঙমদে। অমরোমদা হায়রগনা, লনথুমগী অপাম্বা লৈবা থম্মোয়দা ঈশ্বর ওইরিবা বাসুদেৱ নত্রগা কৃষ্ণনা মফম অদুদা লৈবা ঙমদে।

থম্মোয়দা লনথুমগী অপাম্বগা কৃষ্ণগী অপাম্বগা অনিমক পুন্না থম্নবা হোৎনবা খুদিংমক শোয়দনা ফেল ওইগনি, মায় পাক্লোই। মতম অমতদা, মফম অমতদা অমম্বগা মঙালগা পুন্না লৈমিন্নবা ঙমদে, মখোয় পুন্না লৈথমিন্নবা য়াদে। লন লৈবা মীসু ওইগে অদুগা ঈশ্বরসু ফংগে হায়বা অপুনবা ফিদম অসি লৈবা ঙমদে; লনথুম ফংলবা মতমদা ঈশ্বরসু ফংবা ঙমদে। মীওইবনা অনীমক থিবা তারবদি মহাক্না ফংগদৌরিবসি লনথুমসু নত্তে, ঈশ্বরসু নত্তে, হিংচা য়াইতম্বা হায়বদু ফংগনি।

মীওইবনা মী অমগী লমচৎ-শাজৎ চৎলবদি মদু খরগী মখৈদি ফরবনি, থাজবা য়ারবনি; মহাক্না তশেংনা ওইরিবা ঈশ্বর অদু ওইনা চৎলবদি, মদু তশেংনমক য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি। অদুবু হিংচাবদৌনা নত্রগা শাগী শাজৎ চৎলবদি মদু তশেংনমক য়াম্না তুক্কচনিংঙাইনি। মরমদি মী হায়বসি কুইনা ধাতু অমা ওইনা পোকলমই অমসুং ধাতু অমা ওইনা শিখি; অদুদগী মহাক উগী মপোক্তা কাখৎলকখি। মহাক কুইনা উ ওইনা পোকখি অদুগা উ ওইনা শিখি; অদুবু খোঙচৎ অসিদা মহাক শা অমগী থাক্তা কাখৎলকখি; অদুগা মহাক হৌজিক মীগী থাক্তা য়ৌরকত্রে। মসিগী ফিভম অমদগী ফিভম অমদা হোৎলকপা অসি বিজ্ঞান্নসু য়ারে অমসুং আধ্যাত্মিক্কী চাংয়েংনসু য়ারে। হৌজিক্তি, অব্বাবগী মশক্তি! মহাক মী ওইনা পোক্লে, মী ওইনা অদুম শিরে। মহাক্না শাগী থাক্তা নত্রগা হিংচা-য়াইতম্বগী থাক্তা হন্থত্রবদি মদু অমুক্কা হেন্না ইকায়নিংঙাইগী মশক্তি। মহাক্না ঈশ্বরগী থাক্তা কাখৎলবদি শোয়দনা মহাকপু থাগৎনগনি। মদু মহাক্কী মরায়বক্কী অশেংবা পান্দম ফংলবা হায়বদুনি।

মরম অদুনা পাশক্কী খবক তৌগনু; অফবা খবক তৌনিংবগী অপাম্বা লৈহল্লু; নহাক্কী থম্মোয় অদু ঈশ্বরগী লৈফম মন্দির অমা ওইহল্লু; অপাম্বগী পাম্বি মচা-মশু পুম্নমক অমসুং য়েন্নিং হুল্লকপা পুম্নমক মাঙহল্লু; অদু ওইরবদি নহাক্কী পুক্নিংগী লৈকোল অদু ক্ষীর সাগর ওনখ্রগনি। (শ্রীভাগবাম্না জিনগী ফমুংদা

চেপত্তক্কা পোত্থারিবা শেংলবা শঙ্খোমগী সমুদ্র) নহাক্কী অশেংবা আত্মা/থব্বায় অদুনা স্বর্গগী কাংণ্ডাগুম, অসুম্না ওম্থোকপ্রবা ক্ষীর সাগর অদুদা য়াম্না নুংঙাইনা শান্নজগনি। মদুদা সিমানা লৈত্রবা নুংঙাইবদু ফংজরগনি।

সমুদ্র অমগী মথক্তা কারক্লিবা মশিং লাকণ্ডমদ্রবা ঈথকশিং অদুগী অহৌবা অদুবু কনানা অপান্ননা খঙবা ঙমগনি? মদু শুকওই ওইথোক্লরোইদবা থবক অমনি। কনাগুম্বা অমনা মদু পায়খৎকে নিঙলবদি মহাক্কা মশিং থীবা হৌগদৌরিবা ঈথক অদুনা অহৌবনি হায়না খনগনি, অদুগা মহাক্কা মশিং থীবা হেক তোকপা ঈথক অদুনা মাগী অরোইবা ওইগনি। মাগী থবক অদুগীদি অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈগনি। খোঙথাং অদুগীদি অহৌবা নত্রগা অরোইবা লৈরোই। অদুগুম্বা চাংজৌ নায়খিদ্রবা ঈপাক অদুদা কনা অমতনা থবক অদু পাঙথোকপা ঙমলোই। ঈশ্বরগী মতিক মগুনসিদি চাংজৌ নায়দ্রবা, সিমানা লৈত্রবা সমুদ্রগুম্বনি। কনাগুম্বা অমনা মদু শীঙথাবা হৌরকপদা মাগীদি মদুনা অহৌবনি; মাগী শীঙথাবা অদু লোইরকপা মতমদা মদুনা মাগীদি অরোইবনি, মদু মাখক্তগী ওইবা থবক অদুগা মরী লৈনবা ৱাফমনি। অদুবু ইবুংঙো মহাক্কী মতিক মগুনদি মতমগী ৱাংমদা অমদি অহাঙবা মফম পুম্নমক্কী ৱাংমদা শন্দোকত্রি। পুক্লিং মচাখক্তনা, অকক্নবা মিংয়েং-ৱাখল খনবশিং খক্তনা ঈশ্বরগী মতিক মগুনসি অহৌবা অমসুং অরোইবা লৈ হায়না মরৈ য়েংকনি। ইবুংঙো মহাক্কা মাগী লীলা শান্নরিবা ফম্বাক অদুদি মপান নাইদে, পনখৈ লৈতে।

মহাক্কী লীলাগী ৱারী অসিদি অমৃত ঙাক্তনি; মসিদা অতোপ্পা পোৎচং, অতোপ্পা মহাও, অতোপ্পা মচাক অমতা য়াওদ্রে। খুদিংমক্কা অদুগুম্বা অমৃতগী সমুদ্র অদুগী মফম অমদগী হেক্তা মানা হেক পেন্দ্রিফাওবা থকচবা য়ারে। মফম খুদিংমক্তা, মরিক খুদিংদা চপ মান্নবা মহাও রস অদু ফংগনি। মহাও অদু মাঙহনবা য়াবা হম্ববা মচাক অমতা লৈতে।

ঈশ্বরবু নুংশিবা নত্রগা ঈশ্বরগীদমক্তা নুংশিবা হায়বসি নহাক্কা ওইনিংবা উপাই অমনা ফংজরবসু অনিমক মতম পুম্নমক্কী ওইনা অথুম্বা অমসুং অশেংবনি। অসিগুম্বা মখলগী প্রেম অসি অশেংবনি (Holy) অমসুং পুক্লিং থৌগৎনিংঙাইনি। চিনি হায়বসি অয়ুক-নুংথিলদা চারবসু থুমই,অহিংদা চারবসু থুমই। মরমদি অয়ুক্তি নত্রগা অহিংনি হায়রিবা ৱাফমদু মী অদুগী ৱাফম্নি, চিনি অদুগী ৱাফম নত্তে। চিনিনা মতম পুম্নমক্তা মাগী ওইফম থোকপা গুন অদু অদুম চেল্লি।

# পন্দুপ অনিশুবা

# ভাগবত অমা পোকপাঃ

## (The Birth of A Bhgavatha)

মহারাজ পরিক্ষিৎ হায়বা নুপাসি মথৌনা লৈবা পুম্নমক্না ফংনপ্লবা শ্বগগী লৈফম অদু ফংজপ্লবা অভিমান্যুগী আত্মা অদুমক্না ওইরকখিবনি। পরিক্ষিৎনা মমুৎ ওইনা উত্তরাগী গর্ভ মনুংদা চাউক্লিঙৈ মতমদা,অশ্বথমনা কাপ্লকখিবা য়াম্না কি-তুজুংনিঙাইগী মশক ওইরবা মৈরি ফ্রি-ফ্রি হৌবা, মচিন তুমখ্রবা তেনজৈ অমনা মহাকপু মাঙহল্লগে হায়দুনা মঙোল্লোমদা পাইশিল্লকপদু উখি। অদুগা, মীকুপ তঞ্জা অদুমক্তদা, মখুত্তা অকিবগী মশক ফংলবা চক্র অমা পায়দুনা মহাক্কী মথম্বায় লৌদুনা তুম্না হাৎলগে হায়না পাইশিল্লক্লিবা তেনজৈ অদুবু মচেৎ চা কয়া থোক্লা থুদেক্নুনা মাঙহনখিবা, য়াম্না শুদ্ধাংনিংঙাইগী মশক ওইরবা, নুপা অমসু উখি। রানীগী অঙাংখাও মনুং অঙকপা অমসুং তৌবিমল খঙবগী য়াখলনা পিক থনখি।

মহাকপু কানবীখিবা মীশক অদু কনা ওইরিদগে হায়বসিদা মহাক য়াম্না কুপ্না, লুথনা খনখি। "মহাক কনানো? মহাকসু ঐগা লোয়ননা অঙাংখাও অসিদা লৈমিন্নরম্বা তাই, মরমদি মহাকসু তেনজৈ অদু ঐনা উখিবা মিকুপ অদুমক্তদা উখি। অদুগা, মাদি অসুক্কি মতিক অকিবা লৈখিদে অমসুং হৈসিংখি মদুদি তেনজৈ অদুনা ঐঙোন্দা য়ৌরক্লিঙৈদা মহাক্না মদুবু মাঙহম্বা ঙমখি। মহাক ঐগা পোকমিন্নবা ইচিন-ইনাও ওইরিগদ্রা? মহাক্না কমদৌনা চক্র অদু পায়বা ঙমখিবনো? মহাকপুনা চক্র অমা ফংহল্লগা ঐবুনা কমদৌনা ফংহন্দ্রিবনো? নত্তে; মহাক শিবা নাইবা জীব নত্তে।" অশুম্না মহাক মথন্তা য়াম্না কুইনা মওন মওন খনখি।

অদুগুম্বা ঈশ্বরগী মায়থোং অদু, মওং অদু মহাক্না কাওথোকপা ঙমখিদে। মহাক অদু অঙাং অমনি, নুমিৎ লাক্ক কয়ানা পুন্না ঙাম্বগুম মশা অদু পুমলং লংখি। মহাক য়াম্না চীংলেমখি, চাংজৌ লৈতনা হরাও-নুংঙাইখি, লৈচিন থাংদবা

অতিয়াগুম মুরৈনখি-সংবান্নখি। অসুক্কী মতিক অঙকপা মওং অমদা মহাকপু কনবিরল্লগা মহাক মাঙখি। মহারাজ পরিক্ষিৎনা শকওং অদু মতম পুম্নমক্তা মাগী মমাংদা লৈখি, কাওবা ঙমখিদে, মরমদি মহাক্না মদু অমুক হন্না উনবা কোইথিথিখি। মহাক্না হেক উখিবা মী পুম্নমক্ মহাক্না মপুক্লিংদা য়াম্না ব্যবহারগা লোয়নননা থমজখিবা মীদুগা মশক মান্নব্রা হায়না মুন্না য়েংখি।

অসুম্না মহাক্না অঙাংখাও মনূংদা শকওং অদুবু কাওবা লৈতনা চাউরকখি। অদুম্না নিংজবা অদুনা মহাক অসি অঙকপা মতিক মগুন্না লৈতেংলবা অঙাং অমদা ওন্থোকখি। কুম-থা শুরবা মতুংদা মহাক সংসার অসিদা পোকখি; চাবোকশঙ অদু অঙকপা মঙাল অমনা পুমঙান ঙালহনখি। উত্তরাগী সেবারী নুপি পুম্নমক্তু মঙাল অদুনা মমিৎ মমায় থকহনখি। মখোয়গী বুধি-লৌশিং পুম্নমক অঙকপা ব্রাখল অমনা খুদুম চনখি।

মশা অদু খরা ফরক্লবা মতমদা অভিমন্যুগী মমা সুভদ্রানা মচিন মনাও মঙাগী ময়াম্বা যুধিষ্টিরদা অঙাং অমা পোক্লে হায়বগী পাও থাখিরমই। পান্দব মচিন-মনাওশিংদু মখোয়না খৌরাংনা ঙাইরম্বা নুংঙাইরবা পাউ অদু তাবদগী হরাও নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌখি। থৌদোক অদু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা বেন্দ য়ৈননবা অমসুং নোংমৈ কাপ্পনবা য়াথং পীখি, মরমদি পান্দবকি ধারাদা সিংহাসন কানবা নিংথৌগী শাগে মনূংদা অঙাং অমা পোকখিরমই।

মীয়াম পুম্নমক্না নোংমৈ মখোল তারমই অমসুং করিগী অসুক নুংঙাইনরিবনো হায়বগী মরম থিরমই। য়াম্না হৈনিং-হরাওনা মীয়াম্না ইন্দ্রপ্রস্তরোমদা ফুজিন্নখি। থৌদোক অসিদা লৈবাক্কী মচি-ময়া পুম্নমক শিনথুংনা য়াম্না হরাও তয়াম্নখি। মিনিট খরগী মনুংদা সহর অদু ঈশ্বরনা মীওইবদা দর্শন পীবিবা য়ারবা লাইয়াম সভা তিনফম শ্বগগী লৈকোন অমগুম্ ওন্থোকখি। মদুদা তিনখিবা পুম্নমক্তা যুধিষ্টিরনা অথুম-অহাও মখল মখা কয়া য়েন্থোকখি। মহাক্না ব্রাহ্মনশিংদা ষণবি কয়া দান ওইনা পীখি। মহাক্না কোনুংগী নুপিশিংদা লৈমচুগী ফিজোল অমদি শিন্দুরনা থল্লবা উপু মচা-মচা কয়া পীখিনবা হুকুম পীখি। ব্রাহ্মনশিংদা মুগাগী ফিরোলশিং অমসুং মণি-মুক্তা কয়া পীবিখি। লৈবাক্কী প্রজা পুম্নমক নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওখি, মরমদি রাজ বংসগী সাগৈগী ধারা কায়দনবা সোতো অমা ফংজরে। অহিং নুংথিল অনিমক্তা মখোয় পুম্নমক ঙমখৈ লৈতনা হরাও মথোই কাজখি।

মথংগী নুমিত্তা যুধিষ্ঠিরনা সাগেগী পুরোহিত কৃপাচার্য্য কৌখি অমসুং অঙাং অদুগী জত-কর্ম্ম হায়বদি অহানবা শেংদোকপগী থবক পাঙথোকখি। মহাক্লা ব্রাহ্মনসিং অদু মমল য়াম্লবা মখল মথেলগী মণি-মুক্তা কয়া পীদুনা পেলহনখি। পণ্ডিতশিং অমসুং পুরোহিতশিং অদুনা অঙাং অদুবু আশীর্বাদ পীবিখি অদুগা ময়ুমদা হন্নখি।

অহুমসুবা নুমিত্তা যুধিষ্ঠিরনা অফাওবা পানজি কয়া, খুৎপাক ময়ি য়েংবা হৈবা কয়া অমদি মাইবী কয়া মনাক্তা কৌখৎখি, মরমদি লৈবাক অদু সাসন তৌবগী অরুম্বা পুম্নমক পুরগে হায়না লাক্লিবা যুবরাজ অদুগী হাক্তত্তা লৈবাক অদুগী অফবা মিংচৎ অমসুং মশাগী নাত পুম্নমক্কু তেক্ত কায়দনা লৈখিগদ্রা হায়বসিদা মহাক য়াম্না লাওতক্লখি, খঙনিংখি। মহাক্লা মখোয় পুম্নমক্কু কোনুংদা চৎনবী নিয়ম মতুংইন্না তরাম্না ওকখি; হোল মনুংদা মাগী মাগী চানবা ফমফমদা ফমহনখি; মখোয়দা চা-চান্দন অমসুং মুগাগি ফিরোলশিং পীখি।

যুধিষ্ঠির মহারাজনা মখুৎ অনি লোম্নদুনা য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা মখোয় পুম্নমক্তা শাংনা তিংথোক্কুনা খুরুমজখি অমসুং হায়জখি, "হৌপ্রবা, হৌজিক অমসুং তুংদা লাক্কদবা পুম্নমক খঙবি উবিবা লৈবাক্কী অশিংবা পুম্নমক! পোক্লিবা অঙাং অসিগী জন্ম-কুঠি অমুক্তা য়েংবিয়ু, থব্বানমিচাকশিংগী লৈফম অমসুং অপুনবা মফমশিং অমসুং গ্রহশিং অসিগী ফলনা মাগী তুংগী পুন্সিবু করি কমদৌনা লমজিংলগদৌরিবা অদুগা মাগী তুংগী পুন্সিনা করম্বা মওংদা ওইরক্কদৌরিবা পুম্নমক অদু অমুক্ত হায়বিয়ু"। মহাক্লা অঙাং অদু পোকখিবা মতমদু চপচানা ইরগা সনাগী পুখম অমদা মখোয়গী মমাংদা থমখি।

পণ্ডিতশিংনা অইবা চে অদু লৌখি অদুগা মতম অদুদা লৈখিবা গ্রহশিংগী লৈফম অদু য়েকথোকখি অমসুং মদু য়াম্না চেকশিন্না নৈনখি। মখোয় মখোয়না ফংনরকপা ৱারোইশিন অদু পাওদম্নরগা মখোয় হেন্না হেন্না নুংঙাইনরকখি; মখোয় মশাদু য়াম্না নুংঙাজরকখি; মখোয়না থেংনখিবা অঙকপশিংদু নিংথিনা ফোঙদোক্লবা ৱাহে লৈখিদে।

পুম্নমক অদুগী লুচিংপুরেল ওইরিবা অচৌবা পণ্ডিত অদুনা মমৈথংদা হৌগৎলকখি অমসুং মহারাজ যুধিষ্ঠিরদা অসুম্না হঙ্গৎচরকখি। মহারাজ! ঙসি ফাওবদা ননাই ঐহাক্লা কুঠি লিশিং-লিশিংগী মথক্তা য়েংজখ্রে অমসুং মশা-

মশাগী থৱানমিচাকশিং অমদি গ্রহশিংগী লৈফম্নচিংবা পুম্নমক শেম শাজস্ত্রে। অদুবু, মসিগী কুঠি অসিদা ফংলিবা গ্রহশিং অমসুং থৱানমিচাকশিংগী অফবা লৈফমশিং অসিদগী হেন্না ফবা মফম কুঠি অমতদা থেংনজখিদ্রি হায়বসি ইশানা তশেংনা য়াজরি। যুবরাজ অসিনা পোকখিবা মিকুপ অসিমক্তদা তুংদা থোক্লগদবা অফবা খুদম পুম্নমক অমতা ওইনা পুনশিনস্ত্রে। মিকুপ তাঞ্জা অদুনা মসি বিষ্ণু মশামক্কী ফিভমদুনি হায়বসি উৎলি। অফবা গুন পুম্নমক অঙাং অসিদা লোয়না চেনগনি। তোঙান-তোঙানবা মতিক মগুনশিংদু অমুক শন্দোক্লা হায়রুবগী দরকার লৈত্রে। চাউরবা 'মনু' দো মহারাজগী শাগৈদা অমুক হন্না লাক্লে।"

যুধিষ্টিরদু মাগী শাগৈদা অসিগুম্বা অফবা লাইবক অমা থোক্লরে হায়বসিদা য়াম্না হরাওখি। অওইবমক্তি মহাক হরাও নুংঙাইবনা থুমহৎখি। অসিগুম্বা অফবা পাও পীবিরিবা পণ্ডিতশিং অদুদা মখুৎ লোন্নজদুনা খুরুমজখি। "মসিগী শাগৈ অসি অহল-লমনশিং অমসুং পণ্ডিতশিংগী থৌজালদগী লোয়ননা ঐখোয় পুম্নমক্কী মপী-মপা ওইবিরিবা ঈশ্বরগী থৌজালদগী অসিগুম্বা মণি অমবু শাগৈগী ধারা ওইনা ফংজবসি য়াম্না লাইবক ফৈ। নখোয়না হায়স্ত্রে মদুদি অঙাং অসিদা অফবা গুণ পুম্নমক লোয়না চেল্লগনি অমসুং মিংচৎ য়াম্না লৈরগনি। অদুবু, পণ্ডিতশিং, সাধুশিং অমসুং ব্রাহ্মনশিংদা মাগী তৌফমথোকপা ব্যবহার, সনমান অদু লৈত্রবদি গুণ পুম্নমক অদুনা করি কান্নগনি? কুঠি অদুদা অমুক্তা হন্না য়েংবিখো অদুগা হায়রিবা ব্যবহার অদু মঙোন্দা লৈগদ্রা নত্রগা লৈরোইদ্রা হায়বদু অমুক্তা হায়বিয়ু।

পাঞ্জি পুম্নমক্কী মকোক লুচিংবা অদুনা খুমলকখি; "ব্রাফম অদুদা মহারাজনা করি অমতা চিংনিনিংঙাই লৈতে। মহাক্লা শোয়দনা ব্যবহার তৌগনি অমসুং অফবা মীওইশিং অমসুং ব্রাহ্মনশিংবু সেবা তৌরগনি। মহাক্লা থাইনগী অরিবা লাইরিকশিংদা ইরম্বা মতুং ইন্না য়াজনা কয়া অমদি যজ্ঞ কয়া পাঙথোক্লগনি। মহাক্কী মপা-মপু ভারত বাসিশিংনা পুরকখিবা ইজ্জৎ সনমান অদুমক মাহাক্লসু পুরক্কনি। মহাক্লা অশ্বমেধ যজ্ঞ ফাওবা পাঙথোক্কনি। মহাক্লা লমদম অসিগী মিংচৎ পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা শন্দোক্কনি। মহাক্কী মমাংদা চৎখিবা, পানখিবা পুম্নমক অদুদগী মহাক্লা হেন্না ফাওগনি।" মখোয়না অসুম্না তোঙান-তোঙানবা হিরম কয়াদা মখোয়না পেনজবা মওংদা মহাক্কী মতিক মগুণ ৱাংনা থাঙ্গৎখি।

মখোয় পোখাখরে, মরমদি মহাক্কী অফবা গুণশিং অসি য়াম্মনখিদুনা শিংথাবা লোইবা ঙমখিদ্রে। মখোয়না কুঠিগী অফবা ফলশিংদু মখা অদুম চত্থরবদি হেঙ্গিন্না-হায়জিন্দুনা চিরোল তৌরে হায়না নিংথৌনা হায়রকপা য়াই হায়না মখোয়না কিজখি।

যুধিষ্টিরদু পেনফাংখিদে; মহাক্লা যুবরাজ অদুগী থোইদোক হেন্দোক্লবা মগুনশিং অদু মখোয়দগী হেন্না হেন্না তানিংখি। মহাক্কী খৌরাংবদুনা পণ্ডিতশিং অদু মখা চংথনবগী থৌনা ফংজখি। মখোয়না হায়খি। "হে মহারাজ, নহাক্লা অঙাং অসিগী ভুংদা ওইরক্কদবা মরাইবক অদুগী মরমদা খরগা হেন্না খঙনিংবগুম তৌই। মহারাজনা অখন্নবা হংবিনিংবা হিরম অমদা হংবিবদা মদুগী পাওখুম পিজবদা ঐখোয় থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইজগনি।"

মখোয়গী হৈনিংবদু উরদুনা যুধিষ্টিরনা মাঙলোমদা চংশিল্লকখি অমসুং মখোয়দা হংখি, 'যুবরাজ অসিনা পাল্লিঙৈ মনুংদা অচৌবা লান শোক্লগদ্রা? তঙাইফদনা লান অদু শোক্লবা তারবদি, মহাক্লা জয় ওইবা ঙমগদ্রা? ''নত্তে'' পণ্ডিতশিং অদুনা হায়খি, "কনাগুম্বা য়েক্লবা অমতনা মহাকপু নুংঙাইহন্দবা, বারৌহম্বা থবক অমতা তৌরোই। মহাক্লা তৌরুবা থবক অমতদা শোয়বা নত্রগা মায়থিবা নংলোই। মসি পুমচুম চুম্লবনি, অমুক হোংদোক্লরোইদবা অচুম্বদুনি।"

মসি তাবদা যুধিষ্টির অমসুং অতৈ মনাওশিং - ভিম, অর্জ্জুন, নকুল অমসুং সহদেবনা মখোয় অমগা অমগা য়েংনখি অমসুং য়াম্না নুংঙাইমিন্নখি। তাঞ্জা অসিদা যুধিষ্টিরনা ৱা ঙাঙবা হৌরকখি। মহাক্লা হায়খিরমই, "মসিনা অচুম্বা ওইরবদি ......" অদুবু মহাক্লা ৱাফম অদু মপুং ফাদ্রিঙৈদা মরু লুকথখি অমসুং ৱাখলদা লুপসিনখি। পণ্ডিতশিংনা মদু উখি, মখোয়না হায়রকখি, "নহাক খর হেন্না অমুক খঙনিংবগুম তৌই। নহাক্লা হংনিংবা হংবিয়ু, ঐখোয়না ৱাহং পুম্নমক খুদক্তা পাওখুম পীগনি।" 'অওইবমক্তি'', যুধিষ্টিরনা হায়খি, নখোয়না পীবা পাওখুম পুম্নমক্লা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে। মহাক ধর্ম্ম লৈবা মী ওইগনি, মমিং চংকনি, পুম্নমকপু জয় তৌগনি। মীনুংশি লৈগনি অমসুং পুকচেল চাওগনি, পুম্নমক চপ মান্ননা লোয়নগনি, মহাক্লা য়াজনা কয়া অমদি যজ্ঞ কয়া পাঙথোক্কনি, মহাক্কী য়েক্লবা অমতা লৈরোই, মানা মাগী সাগৈদা ইজ্জৎ সনমান পুরক্কনি অমসুং মসিগী মিংচৎ হঞ্জিনহনগনি। পুম্নমক অসিনা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইহল্লি।

অদুবু --- মাগী অরোইবা পুন্সি কমদৌগদগে হায়বসি ঐহাক খরা খঙনিংই। ৱাফম অসিনা যুধিষ্ঠিরগী মকোক্তা খরা চরাংনহনবদু মনাওশিং অদুনা উখি। ৱাহং অসি হংখিবা মতমদা মাগী খোঞ্জেলদু খরা থৌনা হঙ্খবগুম তৌখি।

মখোয়না মহাক্কী পুক্নিং ফাথবিখি অমসুং হায়খি, "হৌজিক্কী থাক অসিদা মদুগী মরমদা করিগী ৱাগদৌরিবনো? অরোইবা হায়বদুদি নোংমদি মওং অমদা অদুম লাকপা তাবনি। মসিদি থাদোকপা শুকয়া য়াররোইদবা থৌদোক অমনি। করিগুম্বা খরনা মদুগী মরম ওইগনি; করিগুম্বা ফিভম অমনা মদু অদুম থোকহল্লক্কনি। পোকপু পোক্লবদি শিবা হায়বসিলোয়নরবনি। ঙসিগী থৌদোক অসিগী হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইরবা পরিং অসিদা নহাক্কী ৱাখল অদুনা খরদং মাঙহনখ্রবগুম তৌই। ঐখোয়না খল্লি মসিনা সুম য়ারে। অতৈ মখা তাগদবা সরুক্কুদি চিংনবগী সংসারদা থনল্লসি; ঐখোয় মখা তানা অমুক থিজিল্লগুমসি। মদুদি ঈশ্বরগী মফমদা শিন্নরসি।"

অদুবু, যুধিষ্ঠিরদু অসিগুম্বা ধর্ম্ম লৈবা অঙাং অমনা পৃথিবী অসিদা মাগী পুন্সি কমদৌনা লোয়গদগে হায়বগী খঙনিংবদুমদি থাদোকপা ঙমলমদে। মদু য়াম্না মতিক মগুন লৈরবা পুন্সি অমগী তশেংনমক্তি অঙকপগী মশক ওইবা পোলোই ওইগনি হায়না মানা ভাবনা শাখি। মরম অদুনা পানজিশিং অদুনা মঙোন্দা মসিগী মরমদা হায়বদু মহাক্না পামখি।

পণ্ডিতশিং অদু হোৎপগী থবক অদু অমুক মখা চৎথখি অমসুং মদুদা মতম কুইনা, শাংনা চঙখি। মদু উবদা নিংথৌ অদু মশাদু লৈতাদবগুম তৌখি; মহাক্না মখোয়দা থুজিন্নবা হায়খি অমসুং পাউখুম থুনা পীনবা তকশিনখি। মখোয়না পাওখুম অদু পীরকখি, "মসিগী নিংথৌমচাশি মুণি অমগী শিরাপ্তুগী মাগী মরৈবাক থাদোক্কনি"। ধর্ম্ম পুন্নমক্তি তুংনফম ওইরবা নুপা অসিনা মতৌ করম্না মশাদা মুণি অমগী শিরাপ তৌহল্লুগদৌরিবনো হায়বসিদা যুধিষ্ঠিরদু ঙকখি। মদুগী ওইরক্কদবা ফিভম অদুদা মহাক মথৱাই নুংঙাইখিদে।

তাঞ্জা অসিদা পণ্ডিতশিং অদুনা হায়খি, "ঐখোয়না হোৎলিবশিং অসিনা উৎলি মদুদি মহাক অসি লিল অমনা চিক্কনি।" ৱাফম অসি তাবদা যুধিষ্ঠিরদু থস্মোয় কায়খি। মহাক্কী নুংঙাইরম্বা পুন্নমক্তু মিকুপ্তা মনিল ওন্দুনা মাঙখি। মহাক য়াম্না ৱাখি অমসুং থৌনা লিংজেল মাঙখি।

## শন্দুপ অহমশুবা

# অঙাং পরিক্ষিৎ অমসুং তুংদা থোক্লগদবা ৱাফমঃ

"অৱাবগী মশক্কি! মহাক মমৈথঙদা মসিগী অৱাবা পোলোই অসি নংগদৌরিবা? মহাক্কীদমক তুংদা থেংনরগদবা অফবা পুম্নমক অদুগী মহৈবু মসিরা? মতম শাংনা অফবা পুন্সি খুৎলেন লেল্লকপগী ফলবু খুদক্তা অসুম্না খুদোংথিবা পোলোই অমা ওনশিল্লকপা ঙমগদ্রা? অসুম্না ইদুনা লৈ মদুদি ঈরাক্ল দুনা শিরিবা কাংবু, উথক্তগী তাদুনা শিরিবা কাংবু অমসুং লিলনা চিক্নুনা শিরিবা কাংবু অদুদি মখোয়গী মতুংগী পুন্সি অদু য়াম্না ফত্তে। মখোয়শিং অসি য়াম্না "ফত্তবা মীশি"নি হায়না লৌনৈ; অসুম্না শিখিবা মীতাশিং অদু ভূত ওইরকই হায়নৈ অমসুং অসুম্না অৱা-অনা থেংনৈ হায়নৈ। মসিগী অঙাং অসিনা মতৌ অদুগুম্না করিগী লোয়গদৌরিবনো? ও! কয়াদা অকিবগী মশক্লো। ও! পুম্নমক অদুগীদমক্তা কয়াদা অন্যায়গী থবক্লো?" যুধিষ্ঠিরনা অৱাবদু খা-চিক্নুনা খাঙলগা অসুম্না তেংথাখি।

ব্রাহ্মনশিংদুনা য়াম্না থুনমক মহাকপু থেমজিনখি। "মহারাজ!", মখোয়না হঙ্গৎচখি। মসিদা ৱাননবগী মরম অমতা লৈতে। অসুক য়াম্না চাউবা নুপা অমনা অসিগুম্বা অৱাবগী পোলোই অসি খক থেংনরোই। অঙাং অসিগী কুঠিদা গ্রহশিংগী লৈরিবা ফিভম অদু নৈনবদা, ঐখোয়না য়াম্না নুংঙাইরবা গ্রহ থেংনফম ৱাফম অনিখক তশেং-তশেংনা থেংনজরে, মদুনা তাক্লিবদি বজ্রযোগ অমসুং ভক্তিযোগনি, অনিমকসি য়াম্না শক্তি লৈবা অমসুং মায় পাক্লিংঙাই ওইবা ঙাক্তনি। মরম অদুনা মহাক্তা শিরাপ অদু হেক তাবগা মহাক্তা মাগী লৈবাক থাদোক্কনি, নুপী অমসুং মচা-মশু পুম্নমক থাদোক্কনি অমসুং শেংলবা ভগিরথী তুরেলগী মপান্দা লৈগনি অমসুং মশা অদু ঈশ্বরদা পুরা চংজস্তগনি। ব্যাসকি মচানুপা চাউরবা মুণি সুকনা অচৌবা মফম অদুদা থুংলগনি অমসুং আত্মাজ্ঞানগী লম্বীদা মবুংঙো কৃষ্ণগী মতিক মগুন শক শোন্দুনা অমসুং মাগী মতিক মগুনথাগৎপগী ঈশৈ শক্নুনা দিক্ষা পীরগনি। অসুম্না মহাক্কী অরোইবা নুমিৎশিংদো শেংলবা

গঙ্গাগী তোবর্বান্দা মতম লেনগনি অমসুং মবুংঙোবু নিংজ নিংজনা অরোইবা শ্বর হোনগনি। অসিগুম্বা নুপা অমনা মতৌ করম্না অব্বাবা নত্রগা খুদোংথিবা থেংনগদৌরিবনো? মহাক অমুক হন্না পোক্লরোই, মরমদি ভক্তিযোগগী পাশ্বেনা মহাক্না পুম্নমক্কী মপু ওইরিবা পুরুষোত্তম অদুগা অমতা ওইজবদু ফংজখ্রগনি। ৱাহৈশিংসি তাবদা যুধিষ্টিরদু অব্বাবা পুম্নমক থাদোকখি অমসুং নুংঙাইজখি। মহাক্না হায়খি, 'মদুনা অচুম্বা ওইরবদি, মদু শিরাপ নত্তে; মদু তোপ তোপ্পা আশীর্বাদ অমনি।"

মতাং অসিদা মীপুম্ খুদিংমক হৌগৎনরকখি। ব্রাহ্মনশিং অদু মাগী-মাগী মহৈগী থাক চাননা ইকায় খুম্নখি। মখোয়দা মণি-মুক্তা অমসুং মুগাগী ফিরোল পীখি অমসুং মশা -মশাগী ময়ুম য়ৌহনখিনবা থৌরাং পুম্নমক নিংথৌনা শিনখি। যুধিষ্টির অমসুং মনাওশিং পুম্নমক কোনুংদা লেঙশিনখি, অদুবু, নোংমদুগী থোকস্লিবা থৌদোকশিংগী মরমদা অমসুং করম্না লাইবক ফবদগী অকিবা পুম্নমক কোকখিবগে হায়বগী মরমদা পুং কয়া অমা নৈনদুনা লেনখি। থোক্লগদবা থৌদোক পুম্নমক্কী ৱাফম তারবা মতুংদা মখোয় পুম্নমক মপুং ফানা হরাও-নুংঙাইনখি।

পানখৎলকপা থাখায়দা থাজনা নোংমা-নোংমগী চাউবা হেনগৎপগুম অঙাং অদু চাবোকশঙদা নোংমা-নোংমগী চাউবা হেনগৎলকখি। তমথিরবা খুদোং থীবা কয়া মথং-মথং থোকপ্লবা মতুংদা চাউরবা লৈবাক অদুগী নিংথৌ ওইরগদবা যুবরাজ অমা ওইনা পোক্লবনিনা, মীপুম খুদিংমক্না মহাকপু নুংশিরমই অমসুং থম্মোয়গী মণি ওইনা অমদি পুন্সিগী শ্বর ওইনা চেকশিন্না ঙাক শেল্লমই। মশাগী মচা পুম্নমক শিখিবগী মৈচাক্না মথম্মোয় কায়রবী দ্রৌপতি, অভিমন্যু শিখিবগী মৈচাক ফাজিনবা ঙমদ্রিবী সুভদ্রা, পান্দবকি নুপা ধারা পুম্নমক মতম চুপ্পগী ওইনা তুম্না মাঙহল্লগে হায়দুনা অশ্বথমাগী তমথিরবা, অকিবগী মশক ওইরবা তেন অদুবু কিরুরবা পান্দব মচিন-মনাওশিং পুম্নমক্কী অব্বাবদু কোকখ্রে, নত্তে, অঙাং অদু উবদা মখোয় পুম্নমক হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইজখি। মখোয় অরোইবী থাক্তা হরাওখি; মখোয়না হেক য়েংনিংলকপা অমদি পম্নিংলকপা মতমদা নুপিশিংগী কাদগী থওইনা পুথোররুগা নুমিৎচুপ্পা নিংথিরবা অঙাং অদুগী মশাদা বিন্দু মরিক-মরিক নমদুনা মতম লেনখি।

অঙাং অদুসু মমিং মনা য়াম্না শিংলমই, মাগী মমাংদা লাকপা খুদিংমক নত্রগা মাবু লুনা তৌবিবা পুম্নমক করম্বা ধারা নালাগী মীনো হায়বদু খঙনবা য়েংবগুম তৌখি। মহাক্না মখোয়গী মমায়দা কুইনা অমসুং খৌরাংনা মুন্না য়েংখি। অঙাং অসিগী অঙকপা মতৌ অসিদা পুম্নমক্না ঙকখি। মহাক্কী মমাংদা হেক লাকখিবা পুম্নমক অসুম্না থিজিনবা, য়েংশিনবগী থবক অসিদা অঙাং অদুনা চংথখি, মহাক অসি মহাক্না পোক্লরিবা সংসার অসিদা কনাগুম্বা অমবু নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমবু খঙনবা থিগদবনি হায়না মপুক্লিং লেপপ্লবগুম তৌখি।

খরনা য়াম্না নুংঙাইতনা হায়নখি, মানা মাগী মপা অভিমন্যু থিরিবনি। অতৈ খরনা হায়খি, "নত্তে, নত্তে; অঙাং অদুনা মবুংঙো কৃষ্ণবু থিরি।" অতোপ্পা খর অমনা মখোয়গী মোত পীখি মদুদি মহাক্না তৌরিবসি ঈশ্বরগী ওইবা পুমলং লংবা মঙাল অদু থিরিবনি। অশেংবা বাফমদি মহাক্না হান্না খঙখ্রবা খুদম মাগী মপুক্লিংদা মমি তাপ্লবা মওং, শক্তম অমা থিরিবনি হায়বসিদি অদুম অচুম্বা ওইখি। অঙাং অদুনা মতম পুম্নমক্তা থিরিবা থবক অদুবু মীপুম খুদিংমক্না "পরিক্ষা" তৌরিবনি হায়নখি, অদুনা মাগী মমিং থোনবগী থৌরম পাঙথোক্লিঙৈ মমাংদা ফাওবা কোনুং মনুংদা লৈবা মীসু, কোনুংগী মপান্দা লৈবা মীসু পুম্নমক্না মহাকপু পরিক্ষা তৌদুনতা লৈবা মী পরিক্ষিৎ হায়না কৌনখি।"

পরিক্ষিৎ হায়বা মমিংদু অদুম লৈপ্রে! নিংথৌদগীনা লৌমী ফাওবদা, পণ্ডিত্তগীনা বুদু ফাওবা, নিংথৌরেলদগীনা লৈরক খুল্লক্তা চংলিবা মী ফাওবনা, খুদিংমক্না মহাকপু পরিক্ষিৎ হায়না খঙনপ্রে। অঙাং অদুগী মীংচৎ অসি নোংম-নোংমগী সুম-সুম হেনগৎখি। মমিং অদু মীপুম খুদিংগী চিনবান্দা পকখি। য়াইফরবা নুমিৎ অমদা, যুধিষ্টিরনা কোর্টকি পুরোহিৎ অদু মনাক্তা পুহল্লকখি অমসুং অঙাং যুবরাজ অদুগী মমিং থোন্নবা অফবা নুমিৎ অমা লেপ্লবা য়াথং পীখি।

পুরোহিৎ অদুনা মাগুম্বা অহৈবা পণ্ডিত অমসুং পাঞ্জি পুম্নমক্তু পুন্না কৌরমই অমসুং স্বর্গগী থবান্মিচাকশিং অমসুং গ্রহশিং তিন্নরিবা পুম্নমক্তু নীংথিনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা, মখোয় পুম্নমক্না অমতা ওইনা য়ানরবা অফবা নুমিৎ অদু লেপ্লখি। মখোয়নসু করম্বা পুংজাদা মিং থোনবগী থবক অদু চপ চানা পাঙথোক্কদগে হায়বদুসু লেপ্লখি। লৈবাক্কি মকোক থোংবশিংদা, অহৈবশিংদা, পণ্ডিতশিংদা অমদি শক্লাইরবা মীওইশিংদা পুজা অদু য়াওবিনবা বার্ত্তন তৌখি।

আধ্যাত্মিক্কি জ্ঞান মপুং ফানা লৈরম্বা ঋষিশিং অমসুং মীতাশিংদা নিংথৌনা মাগী মীহুৎ থাদুনা বার্ত্তন তৌহনখি। আর্জ্জুনা মবুংঙো কৃষ্ণগী মনাক্তা চংখি অমসুং য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা হায়রিবা থৌরম অসিদা অঙাং অদুদা মাগী আশীবর্বাদ হৈথবিনবা হায়জখি; মহাক্লা হল্লকপা মতমদা কৃষ্ণ পুরকপা ঙমজখি।

মবুংঙো কৃষ্ণনা থুংলবা মতমদা, মুণি-ঋষিশিং, ব্রাহ্মণশিং, নিংথৌশিং, মখা থাবা লৈবাক্কি মপুশিং, অমসুং প্রজা পুম্নমক্না মতিকচাবা থৌগল্লোনগা লোয়ননা মহাকপু ওক্লবা থৌরাং তৌদনা লৈরমই; পান্দব মচিন-মনাওশিংদুনা নিংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংলগা কোনুংগী মরু ওইবা থোঙ্গালদা শ্রীকৃষ্ণবু তরাম্না ওকচনবগী ঙাইজরমই। ইবুংঙোগী দোলায়দু হেক উবমক্তদা দ্রম্ থিনগৎখি, বেন্দনা ওকচখি, অমসুং খৌনাও পুম্নমক্তগী জয়ধনি লাওখি। যুধিষ্টিরনা দোলায় মনাক্তা চংশিঞ্জখি অমসুং দোলায়দগী হেক লেঙথরকপগা মবুংঙোবু কোনশিঞ্জখি; মহাক্লা ভগবানগী মখুৎ পাযখি অমসুং কোনুং মনুংদা পুশিনখি অদুগা ভগবানগীদমক্তা অখন্ননা থাবিবা অৱাংবা সিংহাসন অদুদা লেংশিনহনখি। ভগবান্না আসন্দা লেঙশিনখ্রবা মতুংদা, পুম্নমক্লা মাগী মাগী থাক্তা চানবা ফম্ফমদা ফম্নখি।

সহদেবনা মনুংগী কাদা চংশিনখি অদুগা অঙাং অদু সনাগী পুখম অমদা হাপ্লগা, নিংথিরবা মণি-মুক্তাগী লিক-কোন্না লৈতেংলগা নুমিৎকি মতৌগুম্ তরু-তনালনা পুথোরকখি। পুরোহিৎশিং অদুনা অঙাং অদুদা ঈশ্বরগী থৌজাল পীনবিনবা হকচাং ফনবা, নুংঙাই য়াইফবা পীবিনবা হায়জবা লাইশোল কয়া শোনখি।

সহদেবনা অঙাং অদু দরবার হোল অদুগী ময়ায়দা থমখি। নুপীশিংনা অমসুং কোনুংগী ইমুং-মনুং পানবা ওফিসারশিংনা যুবরাজ অদুনা লৈরিবা মফম অদোমদা, মখুত্তা মনম নুংশিরবা পোৎশিং, লৈ-শিং, মুগাগী ফিরোলশিং অমসুং খোঙ-খুৎকি লৈতেং কয়ানা পিক থন্না য়াওরবা সনাগী পুখম অমমম্ পায়দুনা পরেং নায়না লাক্লখি। অখন্ননা শেমখ্রবা য়ুখল পর্দা মরুমদা রুকমিনী, দ্রৌপতি, সুভদ্রা অমসুং উত্তরানচিংবা মহারানীশিং অদুনা অঙাং অদুনা শান্নজরিবা নুংঙাইরবা দৃশ্য অদু য়েংজরগা পেঞ্জরমই, হরাওজরমই। মিং থোনবগী থৌরম অদুগীদমক্তা শাখ্রবা মাস্তপ্ অদুগী মনুংদা লৈ-তনা শেমখ্রবা ফমুং অমগী মথক্তা সহদেবনা অঙাং অদু থমখি। অদুবু, অঙাং অদুনা ষন শাদুনা হৌগৎলকখি অমসুং নুপীশিং অদুনা ফনা কন্না থিংনবা হোৎরবসু থৌনা

লৈনা শিত্তুনা চৎপা হৌরকখি। মদু করিগুম্বা মফম অমদা চৎনিংবগুম তৌখি!

মানা চৎনিংলিবা লম্বী অদু চৎহন্দনবা সহদেবনা হোৎনখিবদু অয়েম্বা তাখি। অঙাং অদুগী খোঙচৎ অদুদা য়াম্না হৈনিং-হরাওনা য়েংলিবা যুধিষ্ঠিরনা নোক্লা নোক্লা হায়রকখি, "সহদেব! মাগী লম্বী থৎকনু। মা মথন্তা থাদোকউ। মা করি তৌবগে য়েংশি।" সহদেবনা অঙাং অদু থাদোকখি। মহাক্লা অঙাং অদু মানা চৎনিংবা মায়কৈদা চৎহনখি। অঙাং অদু তুগদ্রা নত্রগা শোক্কদ্রা হায়বদুখক্তা মহাক্লা য়েংশিনখি। মহাক্লা মিকুপ নাহুম শিংনা অঙাং অদুগী খোঙথাং খুদিংমক তুংইন্নখি।

মহাক্লা চৎনিংবদা মনিং তম্লবা, অথিংবা লৈত্রবা অঙাং অদুনা থুনমক মবুংঙো কৃষ্ণনা ফল্লিবা মফম অদোমদা পরপ-পরপ লাক্লবা হোৎনখি, মওং অদু কুইনদগী খঙনরক্লবা মীশক অমবু উননবা থিবগী মতৌনি। অঙাং অদুনা কৃষ্ণগী মখোঙদা পায়খি অমসুং মহাক্কী মিৎয়েং অদুনা কৃষ্ণগী মতম্বাক্তা পমখত্তুনা লুনা তৌবিনবা হায়জবগুম তৌখি। মবুংঙোনা মাগী অপাম্বদু উখি; মহাক্লা মখোল হৌনা নোকথোকখি; অদুদগী মহাক্লা য়াম্না থৌজালহৈনা চীংলেম্না নোম্থখি অদুগা অঙাং অদু মতম্বাক্তা থাঙ্গৎপিখি।

ইবুংঙোগী তম্বাক্তা ফম্লবা মতুংদা নিংথৌমচা অদুনা ইবুংঙোগী মমায়দা মমিৎ কুপ্তবমখৈ মুন্না য়েংখিরমই, মকোকঅদু মায়কৈ অমতদা লৈথোক-লৈশিন তৌখিদে, নত্রগা মখুৎনা করি অমতা চিংখোৎপা তৌখিদে নত্রগা করি অমতা লাঙবা খোৎপা তৌখিদে। মহাক ফমখি অমসুং মুন্না য়েংখি। অঙাং অমগী মওং মতৌগা মান্নদবা ফিভম অসি উবদা মীপুম খুদিংমক পুমঙক ঙক্লখি। হোল অদুদা তিল্লিবা পুম্নমক্কী ব্রাখল অদুমক কৃষ্ণদসু চপ মান্ননা ফাওখি।

যুধিষ্ঠির রোমদা লৈশিল্লগা কৃষ্ণনা হায়খি, "অঙাং অসিনা মাগী মমাংদা লাকপা খুদিংমক্তা মুন্না য়েংখি হায়বসি ঐঙোন্দা তম্লখিবা মতমদা ঐহাক থাজখিদে। মদু পুরোহিৎশিং অসিনা অঙাংশিংগী মহৌশাগী ওইবা মওং মতৌ অদুদা হায়জিম্বা অনৌবা ব্যাখা অমনি হায়না ঐনা খনখি। হৌজিক্তি মসি তশেংনমক্কী অঙকপা অমনি। অঙাং অসিনা ঐ ফাওবা পরিক্ষা তৌবা হৌরকপ্রে! ফরে, ঐ ইশামক্লা মাগী মওং মতৌ, শাজৎ-নিতি অসি খরদং চাংয়েং তৌরগে।"

অদুদগীদি, ইবুংঙোনা অঙাং অদুগী মিৎয়েং অদু মঙোন্দগী

চিংথোকখিনবা মমাংদা শান্নপোৎ মখল-মখল থমখি অদুগা মশামকসু উহন্দনবা লোৎখি। অঙাং অদুনা থুনমক মহাকপু কাওথোকখিগনি হায়না মহাক্লা আশা তৌখি। অদুবু অঙাং অদুগী মিৎয়েং অদু পোৎ অতৈ অমতদা চিংথোকখিদে। মহাক্কি মমিং অদু কাওবা লৈতনা ইবুংঙো মশামক্তদা লেঙদনা লৈখি অদুগা ইবুংঙোতবু থিখি অমসুং অতৈ পোৎ অমতবু থিখিদে। কৃষ্ণ লৈরম্বা য়াই খনবা মফম অদোমদা মহাক চৎনবা হোৎনখি। মহাক্লা অঙাং অদুগী মিৎয়েং অদু অঙোন্দগী চিংথোকখিনবা হোৎনবদা মায় পাকখিদ্রবদা, কৃষ্ণনা লাউথোকখি, "মসিগী অঙাং অসি অচম্বা অঙাং নত্তে। মহাক ঐগী চাংয়েংদা মায় পাকপ্রে। অদুনা পরিক্ষিৎ হায়বা মমিং অসি মাগীদমক্তদি ৱাইদগী চানরবা মমিং ওইরে। মহাক্কি হান্ননা মিং অদুগা চাননা লৈরে।"

ৱাফম অসি তাবদা পণ্ডিতশিং অদুনা অঙাং অদুদা আশীর্ব্বাদ পিবা শৈরেং কয়া থীখি। ব্রাহ্মনশিং অদুনা বেদ-দগী মরী লৈনবা ৱারেং কয়া থীখি। ত্রমপেৎ খোংবগী ঈশৈ অদুনা নুংশিৎ অদু পুমনিল নিলখি। নুপিশিংনা মঙ্গলগী ঈশৈ কয়া শকখি। শাগেগী গুরু অদুনা মণি-মাপল য়াওবা লিক অমা খোইহিগী কপ অমদা লুপখি অমসুং মমিং অদু অঙাং অদুগী লৈ মথক্তা ইবিখি; সনাগী পুখম অমদা হাপ্পা চেং মথক্তা মমিং অদু ইখি অদুগা অঙাং অদুগী মকোক্তা চাইশিনবিখি, মদু চাউখৎনবা অমসুং নুংঙাই য়াওফনবগীদমক্কি। অসুম তৌদুনা মিং থোনবগী পুজা অদু য়াম্না চীংলেম্বা মওংদা পাঙথোকখি। মদুদা য়াওরখিবা নুপা, নুপি পুম্নমক মাগী মাগী থাক অদুগা চাননা খুদোল তমখি অদুগা মখোয় হন্নখি। অঙাং অদুনা য়াম্না ঙকপা মওং অমদা মবুংঙো কৃষ্ণগী তম্পাক থিরকখিবা অদু মীপুম খুদিংমক্লা য়াম্না হৈনিং-হরাওনা ৱারিনখি। অঙাং অদুনা হান্ননা লেঙদ্রবা থাজবা অমা লৈরমখিবা অদুগীদমক মী অয়াম্বনা থাগৎনখি।

অঙাং অদুগী তোপ তোপ্পা মতৌ অদুদা ঙকপ্রবা যুধিষ্টিরনা চাউরবা ঋষি, ব্যাসকি মায়কৈরোমদা চঙখি, মদু অঙাং অদুনা থিখিবা অঙকপা থৌদোক অদুগী মরম করিনো অমসুং মদুগী মতৌ অদুগী করি ফল ওইগদগে হায়বদু খঙনিংবদগীনি। ব্যাসনা হায়খি, "যুধিষ্টির! অঙাং অসিনা অঙাংখাওদা লৈরিঙৈ মতমদা অমসুং অশ্বথমানা কাপলকখিবা তমথিরবা তেনজৈ অদুনা পানফম অদু হেক যৌরমদাইদা ইবুংঙো কৃষ্ণনা অঙাংখাও মনুংগী য়ুম অদুদা চঙখি অমসুং

মদু তেক্ত কায়দবা মফম ওইহনখি অদুগা মাঙহনগদবা অদুদগী কনবিখি। মরম অদুনা অঙাং অসিনা মানা লৈরিবা অঙাংখাও মনুং অদুদা মহাকপু কনবিখিবা মীশক্তু কনানো হায়বসি খঙনিংদুনা লৈরক্লিবনি। অঙাংখাও মনুংদা মমুৎ ওইনা লৈরিঙৈদা মহাক্না উখিবা মঙাল অদুমক খঙনবা মীপুম খুদিংমক য়েংবা হৌরকখিবনি। ঙসি, অদুগুম্বা ঈশ্বরগী মওং অদু মতিক মগুন পুম্নমক্না লোয়নননা মহাক্না উখি, অদুনা মহাক্না মঙোললোমদা চুমদ্রিংনা চৎখি অমসুং মতম্বাক্তা থাঙ্গৎপিনবা হায়জখি। নঙনা খঙনিংলিবা মাগী অঙকপা শাজৎ-নিতি অদুগী মরম হায়ববু মসিনি।”

ব্যাসকি ব্রাহ্মেশিং অসি তাবদা, যুধিষ্ঠিরদু মমিত্তুগী হরাও-নুংঙাইবগী পিরাং শিন্থখি। ইবুংঙোগী চাংজৌ নায়দ্রবা থৌজাল পীনবিবা অদুদা হরাওমনখ্রদুনা মহাক্না ইবুংঙোদা মতিক চাবা ব্যবহার সনমান তৌজখি।



অষ্ট্রেলিয়াগী ভক্তা অমনা বাবাগী ফোটো নম্লগা শ্রী কৃষ্ণগী ফোটো ওইনা তারম্বা।

## পন্দুপ্ মরিশুবা

# দোষ পাপ্ কোকপিনবা পাওথোকপা য়াজনা-যজ্ঞ

যুবরাজ অদুগী মমিং থোনবগী থৌরম অদুনা লৈবাক অদুগী প্রজাশিংদা, কোনুংদা লৈরিবা মীওইশিংদা অমসুং পান্দব শাগেগী মীপুম খুদিংমক্তা য়াম্না হরাও-নুংঙাইহনখি। অদুবু পান্দবকী মচিন-মনাওশিংগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা যুধিষ্টিরনদি মদুদগী হেন্না থবক খরদংগা তৌফম থোকই হায়না খনখি; মহাক নুংঙাইরবা কুম্মে অদুতনা পেনখিদে। নুমিদাংবাই অদুমক্তদা মহাক্না অহল পুন্নমক, হৈশিংলবা পুন্নমক, পণ্ডিত পুন্নমক, মখা পোন্না লৈবাক্কী মপু পুন্নমক অমসুং মীয়ামগী লুচিংবা পুন্নমক তিনগদবা অপুন্বা মীফম অমা কৌরমই, মহাক্না মীফম অদু মবুংঙো কৃষ্ণনা সভাপতি ওইবিদুনা তিন্নিবা পুন্নমক্তা হরাও নুংঙাইবা পীবিনবা হায়জখি। ব্যাস অমসুং কৃপা মুণিসু য়াওবিখি।

মীফম অদুদা লাক্লবা মতুংদা মবুংঙো কৃষ্ণগী চরন্দা অমসুং ব্যাস মুণিদা খুরুমজদ্রিঙৈদা যুধিষ্টিরনা ঙাইহাক্তং মীয়াম মমাংদা তুমিন্না লেপখি। অদুদগী মহাক্না লৈবাক্কী মপি-মপাশিং, স্কোলারশিং অমসুং লুচিংবশিং লৈরিবা অদোমদা ওনশিনখি অমসুং হায়রকখি, "নখোয়গী তেংবাংনা, মঙ্গল ওইহন্নিংবা খ্বাখলনা মফম অসিদা লেঙশিন্নিবা ইবুংঙো মাগী থৌজালনা অমসুং ইবুংঙো মহাকপু থম্মোয়দা লেঙদনা নিংজব্রবা মুনি-ঋষি অমদি লাইনিংবা কয়াগী থৌজালনা ঐহাক্না য়েক্লববু মায়থিবা পীবা ঙমজখি। মদুগী জয় ওইখিবা অদুনা ঐখোয়না মাঙব্রবা ইরৈবাক অদু অমুক হঞ্জিনবা ঙমজখি। অমুক হন্না মসিগী শাগে অসি মখা তাররোইদ্রা হায়না নিঙবা কায়রব্রদুবু মদুগী আশীবর্বাদশিং অদুনা আশাগী মঙাল অমা ঐখোয়গী থম্মোয়দা পীররে। পান্দবকি পরিং অসি ঙসি ইবুংঙো মহাক্না পরিক্ষিৎ হায়না মমিং থোনবিব্রবা যুবরাজ অসিনা নিংথৌ ওইদুনা মখা চত্থরগনি।

"পুন্নমক অসিনা ঐহাকপু য়াম্না নুংঙাইহল্লিঙৈ তাঙ্গাসিদা থৌদোক অদুগী অতোপ্পা নাকল অমগী মিংয়েংদগী ঐহাকপু য়াম্না খাহল্লীবসি ঐহাক্না নখোয়

পুন্নমক্কী মমাংদা লাউথোকচগনি। মরী-মতা কয়া হাত্তুনা ঐহাক্কা মশিং লাকগুমদ্রবা পাপ কয়া লগুশিনখ্রে। মসি কোকপিনবা পুজা খরদং তৌফম থোকই হায়বসি ঐনা ফাওজে; নত্রবদি ঐগীদমক্তা নত্রগা ঐগী শাগেগীদমক্তা নত্রগা ঐগী প্রজাশিংগীদমক্তা শান্তি অমতা লৈররোই। মরম অদুনা ব্রাফম অসিদা ঐহাক্কা নখোয় পুন্নমক্তগী পাওতাক অমতং লৌজনবগী খুদোংচাবসি লৌজনিংই। নখোয়গী মরক্তা অশেংবা হায়বদু খগুব্রবা অমসুং ব্রহ্মজ্ঞান ফংব্রবা মীওই কয়া অমা য়াওরি; অদুগা ঐখোয়গী অচৌবা মুণি ব্যাসসু মফম অসিদা য়াওবিরি। মসিগী লান অসিদগী ঐহাক্কা তুংশিন্দুনা লৈরক্লিবা চীংদুম্মুক চাউরব য়ামখ্রবা পাপ ময়াম অসিদগী নাম্থোক্লবা প্রায়চিৎকী অজা-পুজা খরদং পাগুথোকচনবা নখোয়না তাকপিরমগনি হায়না আশা তৌজরি।”

যুধিষ্টিরনা ব্রাফম অসি য়াম্না নোল্লুকপগা লোয়নননা অমদি য়াম্না অব্রাবা অনুতাপকী ব্রাখলগা লোয়নননা থন্নবা মতমদা, মবুংগো কৃষ্ণনা হায়খি, “যুধিষ্টির, নহাক ধর্ম্মরাজ হায়না ফাওরিবনি অদুনা নহাক ধর্ম্ম করিনো হায়বদু খগুফম থোকই। ধর্ম্ম অমসুং শাজৎ-নিতি হায়বসিদা লৈরিবা, অচুম-চুমদা, অধিকার অমসুং অরানবা শাজৎ হায়বসিদা লৈরিবা মনুংগী অকুপ্পা ব্রফমশিং অসি নহাক্কা খগুলিবনি। মরম অদুনা লান অসিনা অমসুং জয় ওইবা অসিনা নগোন্দা অব্রাবা ব্রাখল পোকহল্লি হায়বসিদা ঐহাক গুকই। লানফমদা খুৎলায় পায়দুনা নগুবু হাৎলগে হায়না লাক্লিবা য়েক্লবা অমা হাৎপদা ক্ষত্রিয় মচা অমগীদি মরৈবাক কন্নবগীদমক, মশাগী খন্দনা থাংশাং পায়খত্তুনা লান শোক্লবা হায়বসি মাগী ধর্ম্মনি। নহাক্কা নগুগী ধর্ম্ম অদুতবু গুাকচখিবনি। ধর্ম্মগী লম্বীদা পাগুথোকখিবা কর্ম্মনা/থবক্কা করম্না পাপকি থবক ওইগদৌরিবনো? হিরম অসিদা চিংনবদা চুমলোই অদুগা মদুনা নীগুবা কায়হনবসু চুমলোই। পাপনা নগুবু শোকপা গুমদে, নগুবু কোয়শিনবা গুমদে নত্রগা নগুবু ব্রাহনবা গুমদে। নৌনা পোক্লিবা যুবরাজ অদুগী মমিং থোম্বগী কুম্মে অদুদা নগুনা য়াম্না হুরাওগদবগী মহুত্তা করিগী নহাক্কা ভাবনা শাবা অব্রাবগীদমক্তা কিরিবনো অদুগা লৈত্রবা পাপশিং অদু কোক্লবা পান্নে থিরিবনো? নশাদু ইংথৌ; নুংঙাইয়ু।”

ব্যাস মুনিসু মাগী ফমফমদগী হৌগৎলকখি অদুগা নিংথৌদা হায়রকখি। “লানফমদদি পাপকি অমসুং দোষ পীবা য়াবা থবককশিং থোকপা হায়বসি থাদোকপা য়াদ্রবনি। মখোয় অদুনা ব্রানবগী মরমওইহল্লোইদবনি। লানফম

অমগী অথোইবা পান্দমদি য়েক্লবগী মখুত্তগী ধর্ম্মবু কনবা হায়বসিনি। মদু ব্রাখলদা লৈরবদি, পাপ অদুনা লাম্মিশিং অদুদা শোকহনবা ঙমদে। অপুম্বা অশোকপা অমা থাঙনা লেনখায়বা তাবনি; লেনবগী থবক অদুনা পাপ্ পুহল্লোই। করম্মা লেনগদগে খঙলিবা ডাক্তর অমনা মী অমবু লেন্দুনা মপুক্লি কন্দ্রবদি পাপ্ লঙশিনগনি। মতৌ অসুম্মা, য়েক্লবা অদুনা ধর্ম্ম লৈত্রিবসিগী, তমথিরিবসিগী, অকিবা অমসুং পাপ্‌কি থবকশিং অসিগী হৌরকফম্মি খঙলগা, করম্মা কোকহনগনি খঙলিবা সর্জন (ডাক্তর) অদুনা অপোম্বশিং অসি থাংনা লেপ্লিংদে হায়দুনা লায়েংদ্রবদি, মহাক্লা তুমিন্না থাং শীজিন্নদনা লৈথোকপগীদমক্ পাপ্ পুগনি (সর্জন্ হায়বসি ক্ষত্রিয় মচাশিং) ধর্ম্মরাজ, নহাক ময়াগী ব্রাখল অমগী মখাদা ব্রা ঙাঙলি। অতৈ নঙদৌনা লৌশিং শিংফাত্তবা কাংবুনা অসিগুম্বা চিংনবশিং অসিনা মশাদা অব্রাবা ব্রাখল ফাওই হায়বসি ঐসু খঙবা ঙমই; অদুবু, নঙগুম্বা অমনা অসিগুম্বা ভাবনা শাবা পাপ্‌কি ব্রাফমশিং অসিদা করম্মা ব্বারিবনো হায়বসিদা ঐহাক ঙকই।

অদুম ওইনমক্ ঐখোয়গী ব্রাফম অসিদা নহাক্লা য়ানিংফাত্ত্রবদি, থাজবা ঙমফাত্ত্রবদি, ঐনা অতোপ্পা উপায় অমসু হৌদোকপা ঙমই। মমাংঙৈদা পানখিবা নিংথৌ খরনসু লান্ লোয়রবা মতুংদা পাপ্‌কি ফল ময়ামদু কোক্লনবা উপায় অদু শীজিন্নখি। মদু অশ্বমেধ যজ্ঞ-শগোল কৎপগী পুজা অদুনি। নহাক্লা পাল্লবদি পাপ্ কোকচনবগী থৌরম ওইনা পুজা অসি পাঙথোকচবা য়াই। মদুদা কনা অমত্তনা য়ানিংদবা লৈরোই/তৌরোই। অদুবু, ঐবু থাজৌ, ঐনা হায়রিবসিনি, নহাক নরাল লৈতে, প্রয়চিৎকি থৌরম পাঙথোক্লবসু পাপ্‌না করি অমত্তা শোকপা ঙল্লোই। নহাক্লা থাজবা মপুং ফাদবদগী নিংজিং-মাঙজিংনবদুদা নহাক্কী নপুক্লিং পেঞ্জনবগীদমক্ পুজাগী ব্রাফম অসি হৌদোকপনি।" ব্রাফম অসি হায়রবা মতুংদা ব্যাসনা মশাগী ফম্ফমদা ফমথখি।

ব্রাফম অসি তাবদা, অহলশিং পুম্নমক, স্কোলার পুম্নমক অমসুং লূচিংবা পুম্নমক অমতা ওইনা হৌগৎলকখি অমসুং ব্যাসনা হৌদোরকখিবা মমল য়াল্লবা ব্রাফম অদুদা হরাওনা য়ানিংবা উৎখি। মখোয় পুম্নমক্লা মখোয়না য়ানিংবা অমসুং অপাম্বদু ফোংদোকপা ওইনা জয়, জয় হায়না লাওখি। মখোয়না য়াম্না ফনা ঙাওনখি, "ও! কয়াদা ফখ্রবনো," "কয়াদা অর্থ-লৈখ্রবনো," অমসুং মখোয় পুম্নমক্লা ধর্ম্মরাজদা লান অদুগী ফলনা পাপ্ চেনবা য়াবা থবক পুম্নমক্তু নহাক্লা হোৎনরিবসিদগী কোকচবা ওইরো হায়না আশীর্ব্বাদ পীবিখি। অদুবু, ধর্ম্মরাজদি

মদু ফওবদা অৱাবগী পোৎলুমদু অদুম লৈরমই; মহাক মশাদগী অকিবদু কোকলমদ্রি। মমিৎ অনিদু মপিনা পুমচোৎ চোৎলমই।

মহাক্না মীয়াম অদুদা য়াম্না তোন্না হঙ্গৎচখি। "নখোয়না ফনা য়াম্না দোষ-পাপ লৈতে হায়রবসু, ঐহাকপু ভাব তাহনবা ঙমদ্রি। করিননো অমনা নখোয়না হায়রিবা মরমশিং অদুদা ঐগী পুক্লিং অসি য়ারো হায়বা য়াদ্রি (য়াবা ঙমদ্রি)। লান অদুদা য়াওখিবা লৈবাক্কি মপু কয়া মশা অদু অশ্বমেধ যজ্ঞনা শেংদোক্লম্বা য়ারে। মখোয়শিং অদুদি ইচম-চম্বা লান ঙাক্তনি, মখোয় অদুদি মহৈশাগী অদুগুম্বা ঙাক্তনি। অদুবু ঐগী অসিদি পুমনমক্কা মান্নদবা, পুমতোপ-তোপ্পা মওংনি। ঐগী পাপশিং অসিদি শরুক অহুমহেন্না শাথিবা ঙাক্তনি, মরমদি, ১) ঐহাক্না মরী-মতা হাৎখ্রে, ২) ঐনা ভীস্ম অমসুং দ্রোনগুম্বা শেংলবা অহলশিং হাৎখ্রে, অমসুং ৩) ঐহাক্না নিংথৌরেল কয়া-হাৎখ্রে। অৱাবনি, ঐগী লাইবক! ঐগী থবকশিং অদু কয়াদা হিংচা য়াইতম্বগী থবক ওইরিগবা?"

"কনাগুম্বা লৈবাক্কি মকোক থোংবা অমতনা অসুক য়াম্না ধর্ম্ম লৈতবগী মরাল অসি লৈরমলোই। অমতা নত্তে, অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুম্না মসিগী য়ামথ্রবা পাপ্কি পোৎলুম অসি শেংদোক্কদবনি। মতম অদুখক্তদা ঐহাক শক্তি লৈবা ঙমগনি। মতম অদু খক্তদা ঐগী শগৈ নুংঙাইগনি অমসুং তেক্ত-কায়দনা লৈগনি। মতম অদুখক্তদা ঐগী লৈবাক্কি সাসন্ অশোয়-অঙাম্ লৈরোই অমসুং য়াইফগনি। ব্রাফম অসি ব্যাস অমসুং অতৈ অহলশিংনা, মুনি-ঋষিশিংনা চানবিদুনা য়াবিগনি"।

যুধিষ্ঠিরনা অসুম্না ঙাঙখিবা মতমদা, মপি চদুম-চদুম্ খজাই মথক্তা শিন্থখি। অৱাবা ব্রাখলনা মচিন্বান নিকখি; তেংথাখোলনা মশা অদু কোন্থখি। মাগী ফিবমশিং অদু উবদা মুণি খুদিংগী থম্মোয়দা মিনুংশি ফাওখি। মাগী লৈবাক্কি প্রজা পুম্নমক্তু মশাদা মিনুংশি পোকখি। ব্যাস অমসুং বাসুদেব মশামক ফাওবা মীনুংশিগী ব্রাখল অদু ফাওখি। পণ্ডিত কয়া মরুম মশা খঙদনা মমিত্তগী পিরাং শিন্থখি। তিল্লিবা মীয়াম পুম্নমক্তু পুমঙক্ ঙক্লখি। ধর্ম্মরাজগী থম্মোয় অদু কয়া য়াম্না থোৎপগে হায়বদু মীয়ামদুনা মিকুপ্তা খঙনখি। মচিন-মনাওশিংদুসু ভিম্, আর্জ্জুন, নকুল অমসুং সহদেব মখুৎ লোম্নদুনা য়াম্না ভক্তি ব্যবহার লৈনা, সভাপতিগী আসন্দা লেঙশিল্লিবা মবুংঙো কৃষ্ণগী মফমদগী অৱাবদু কোকপা য়াবা করম্বা ব্রাফম তাকপিরক্কদগে হায়বদু ঙাইজদুনা লেপ্তুনা লৈরমই।

অদুদগীদি তিল্লিবা মীয়ামদুনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা ধর্ম্মরাজগী অৱাবদু কোক্লবা অশ্বমেধ যজ্ঞ অহুম পাণ্ডথোকপদু য়াবিখি। মীয়াম অদুগী মোত অদুদা মুণি অমনা শন্দোক্লা হায়খি। মহাক্না হায়খি, "ঐখোয়না নহাক্না অপাম্বগী মায়োক্তা লেপলোই। ঐখোয়না মদু থম্মোয় শেংনা য়ারে। ঐখোয়না যজ্ঞ অদু হেক অরোইবা ফাওবদা শাস্ত্রদা হায়রিবা নিয়ম অদুগী মতুং ইন্না চপ চানা পাণ্ডথোক্কনি। মরমদি, ঐখোয়না অতৈ মরম কয়ামরুমদগী হেন্না নওগী পুক্নিংগী শান্তি থিরি। নহাক্না পেনগদবা থবক অমা হেক্তা তৌনবগীদমক ঐখোয় শেম শাদুনা লৈজরে।" ৱাফম অসি সভা অদুদা তিল্লিবা মীপুম খুদিংমক্লা য়াবিখি।

মসি তাবদা ধর্ম্মরাজনা হায়রকখি, "ঐহাক তশেংনমক য়াম্না লাইবক ফরে; ঐহাক লাইবক তশেংনমক ফরে।" শোয়দনা তেংবাংবিরগনি হায়বা ৱাফম অদুগী তৌবিমল খণ্ডবগী থাগৎ ৱাহৈ ময়াম পীখি। মহাক্না কৃষ্ণ অমসুং ব্যাসনা ফল্লিবা মায়কৈ অদোমদা চংশিনখি অমসুং মখোয়গী মখোঙদা খুরুমজখি। মহাক্না কৃষ্ণগী মখোঙ পায়খি অদুগা হায়জখি, "ও! মধুসুদন! ঐনা হায়জরিবসিবু তাবিরিব্রা? ঐগী অৱাবসিবু উবিদ্রবরা? পাণ্ডথোকচগদৌরিবা যজ্ঞ অসিদা ইবুংঙো লেঙশিনবিগনি হায়বগী অয়াবা পীনবিয়ু, মদুগী ফল ফংহনগনি হায়বগী চপ চানা থাজহনবিয়ু অমসুং পাপকি পোৎলুম অসিদগী ঐহাকপু কনবিয়ু।"

কৃষ্ণনা মোমোন নোকখি অমসুং মহাকপু মাগী মমাংদা লৈমায়দগী থাঙ্গৎপিখি। মহাক্না হায়খি, "ধর্ম্মরাজ, ঐহাক শোয়দনা নঙনা নিজরিবদো পাওখুম্ পীগনি। অদুবু, নহাক্না চাউখ্রবা চীংজাওমুক লুম্বা পোৎলুম্ অমবু নথন্তা নরেংবান্দা থাঙ্গৎচরে। মসিগী যজ্ঞ অসি অপিকপা থবক নত্তে। অদুগী মথক্তা, পাণ্ডথোকলিবা মীশক অদুসু চাউখ্রবা নিংথৌ, ধর্ম্মরাজনি, হায়বগী অর্থদি নওগী লৈরিবা থাক অদুগা চাননা পাণ্ডথোক্কদবনি। শেল য়াম্না চংগদৌরিবা থৌরম অসিগী দরকার লৈবা পোৎচংশিংদু নওগী অমত্তা লৈতে হায়বসিসু ঐহাক খঙই। নিংথৌশিংনা মাগী প্রজাশিংখক্তদগী শেল ফঙই। যজ্ঞ অদুদা খরচ তৌগদৌরিবদু প্রজাদগী শুমদুনা খোমগৎলকপা অদুনা শীজিন্নবদি পামফাত্তে। অসিগুম্বা শেংলবা যজ্ঞ অসিদদি মরম চুম্না তানবা শেলখক্তা শীজিন্নগদবনি; নত্রবদি অফবা ফল্ ফংবগী মহুত্তা ফত্তবা ফল লাক্কনি। নত্রগা নওগী নখা থাবা নিংথৌশিং অসিনসু নওগী মতেং অমত্তা পাংলক্করোই, মরমদি লান অদুনা মখোয়সু য়াম্না অৱাবদা, অনংবদা তাহনপ্রে। মখোয়গী খাইদোরক্লবা অমত্তা লৈত্রে হায়বসি

তশেংলবনি। পুম্নমক অসি খণ্ডনা, নঙনা করম্না অশ্বমেধ যজ্ঞ অহম্ মথং-মথং পাণ্ডথোকদৌরিবনো? মসিগী ফংখিদ্রবা ফিভম মরক অসিদা নঙনা পাণ্ডথোক্কে হায়বা থৌনা করম্না লাক্লিবনো হায়বসিদা ঐদি ওক্লি। অদুগা, নহাক্না হান্নলা অসিগুম্বা চাউরবা, অখন্নরবা মীফম অসিদা লাউথোকখ্রে। নহাক্না মসিগী শেল্ য়াম্না চংগদবা থৌরম অসিগী মতাংদা শম্না অমগী ঈঙ্গিৎ পীখিদে। অদু ওইরবদি ঐখোয়না থৌরাং খর খম্ভরম্বা য়াবনি। ফরে, হৌজিকসু য়াম্নমক থেংমনবদি নত্রি। খর হেন্না নৈনরবা মতুংদা ঐখোয়না ৱারেপ অমা লৌগনি। খর থেংম্রবসু মদুনা থোইনা কায়বা নত্তে।"

ধর্ম্মরাজনা মবুংঙোগী ৱাহৈশিংসি মুন্না তাখি অদুগা য়াম্না থৱাই তানা নোকথোকখি! "ইবুংঙো, নহাক্না ঐঙোন্দা দ্রামা অমা শান্নবিরি হায়বসি ঐহাক খঙজরে। ঐনা করিগুম্বা মরমদা খন্ন-নৈনদনা থবক অমা তৌনবগী ৱারেপ্ লৌজদে। নত্রগা করিগুম্বা মতমদা শেল নত্রগা পোৎচং-চৈজংগী মরমদা ৱারুদে। নহাকপু ঐখোয়গী মমা-মপা ওইনা লৈজরিঙৈ মতমদা, নহাক্কি ময়েং তাবা লৈত্রবা থৌজাল লৈরিঙৈ মতমদা, ঐনা করিগুম্বা পোৎলম অমগীদমক্ করিগী ৱারুগদৌরিবনো? ঐগী ইংখোলদা কল্পতরু হৌরগা, ঐনা করিগী উরু-ৱারু থিবগী অমুক্ ৱারুখিগনি? অকিবগী মশক ওইরবা চহী কয়ামরুমসিদা ঐখোয়বু মমা-মপা ওইনা, মিৎপান অসিনা মিৎপু ঙাক শেনবগুম্ ঙাক-শেনবিদুনা লাকপিরিবা, শক্তি পুম্নমক্ লৈবা ইবুংঙো মহাক্না অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা ঐখোয়বু থাদোকপিরোই।

"চাউখ্রবা চীংজাও অসিবু উফুল ওম্হোকহনবা ঙল্লিবা নহাক্কিদমক্তদি মসিগী পিকখ্রবা নুঙ্ মচা অসিদি করিসু অরুম্বা ৱাফম নত্তে। নহাক্তি ঐগী লন্নি, ঐগী লনগৈনি। নহাক্তি ঐগী থৱাইগী শ্বরনি। নহাক্না হায়নিংবা অমা হায়বদা, ঐনা চিংনরোই। ঐগী পাঙ্গল পুম্নমকক্ ঐগী ইরল পুম্নমক্ নঙনি, অমসুং নঙখক্তনি। লৈবাক সাসন্ তৌবগী অরুবা য়াওনা অমসুং যজ্ঞ অহুম্ তৌবগী অনৌবা অরুম্বা অসি য়াওনা, ঐগী পোৎলুম্ পুম্নমক নহাক্কি খুয়া খাদা থমজরি। নহাক্না অপাম্বা তৌনিংবা অমা তৌবা য়াই। নহাক্না ঐগী ৱাফম লৌবিবা য়াই অদুগা যজ্ঞ কক্থৎপিবা য়াই। মদুদা ঐ করি অমত্তা চিংনদে। নহাক্না তৌনিংবা অমা তৌবদা ঐহাক চপ মান্নলা অদুম্ নুংঙাইগনি। মসি নঙগী অনিংবনি, ঐগী নত্তে।"

থাঙ্গে শেংবমক্কি, থম্মোয়দা লেঙশিনল্লবা ইবংঙো অদু য়াওরিঙৈদা, থোইদোক্লা অখন্নবা হায়জবগী দরকার লৈতে। ঋাফম অসি তাবদা ইবুংঙোগী থম্মোয়দু শৌদোকল্লে, পেখল্লে; মহাক্লা ধর্ম্মরাজদু থাঙ্গৎপিল্লে অদুগা লেপহনবদা মতেং পাংখি। "নত্তে; ঐনা নঙগী থাজবা অমসুং ভক্তি অদু চাংয়েং তৌনবা ফাগি ওইনা হায়খিবনি। নঙনা ঐঙোন্দা কয়াম কন্না থাজবা লৈবগে হায়বদু ঐনা নঙগী প্রজাশিং অসিদা উৎপা পামখিবনি। নঙনা হিরম অমতদা করি অমত্তা ঋানিংঙাই লৈতে। নহাক্কি অনিংবদু থুংলগনি। ঐনা হায়বা ঋাফম নঙনা ইল্লবদি যজ্ঞগী দরকার লৈবা শেলদু য়াম্না লায়না ফংবা ঙমগনি। লৈবাক্কি লুচিংবশিংদা ঋাহন্দনা অমসুং প্রজাদা নৈদনা নহাক্লা ফংবা ঙমগনি।"

মসি তাবদা ধর্ম্মরাজদু মথল্লাই নুংঙাইজখি। মহাক্লা হায়খি, "ইবুংঙো, ঐখোয়না নহাক্কি য়াথং পুন্নমক ইঞ্জগনি।"অদুদগী কৃষ্ণনা হায়রকখি, "তারো, মতম কুইরবগী মমাংদা মরুঠ হায়বা নিংথৌ অমনা যজ্ঞ অমা পাঙথোকখি, মহাক্কি নমুনাদু ঙসি ফাওবদা কনা অমত্তনা মনাক নকপা ঙমদ্রি। মহাক্লা যজ্ঞ পাঙথোকখিবা হোল অদুগী মচাক খুদিংমক সনা ঙাক্তনা শাবনি। সনাগী চেক কয়া পুজা তৌরিবা পুরোহিৎশিংদুদা দান ওইনা পীখি; ষনবিগী মহুত্তা সনানা শাবা ষনবিগী মুর্ত্তিশিং পীখি অমসুং লম ওইনা দান তৌবগী মহুত্তা সনানা শাবা পুখম ওইনা দান পীখি। ব্রাহ্মণশিং অদুনা মদু লোয়না ময়ুমদা পুবা ঙমখিদে; মরম অদুনা মখোয়না পুবা ঙম্বা অদুখক্তা পুখি। অতৈদুনা মখোয়না লংথোকখি। অদুগুম্বা সনাগী মতুমশিংদু হৌজিক নঙগী যজ্ঞ অসিগীদমক্ মরাং কায়না ফংলি। নহাক্লা মখোয়দু লৌরুবা য়াই।"

ধর্ম্মরাজনা ঋাফমদুদা য়াখিদে; মদুগী মরমদা মহাক্কি চিংনবা লৈরমই। মহাক্লা হায়খি, "ইবুংঙো মদুদি পিল্লবা/ফংজল্লবা মীওইশিং অদুগী মরল ওইল্লবনি। মখোয়গী অয়াবা য়াওদনা ঐনা কমদৌনা মদু শীজিন্নবা য়াগদৌরিবনো?" কৃষ্ণনা খুমখি, "মখোয়না তৌরিবদো করিনো হায়বা ফজনা ভাব তানা খঙনা, মখোয়না লংথোকখিবনি। মখোয় হৌজিক হিংদ্রে। মখোয়গী মচা মশুশিংনা মসিগী লন্ অসি লৈ হায়বগী মরমদা করি অমত্তা খঙদ্রে। মদু হৌজিক্তি লৈবাক মনুংদা লৈরি। নিংশিঙউ, লৈবাক মনুংদা লৈবা মপু লৈতবা লন্ পুম্নমক লৈবাক অদুগী নিংথৌগী মরল ওাক্তনি। নিংথৌ অদুনা মদু লৌগে হায়বা মতমদা কনা অমত্তনা য়েৎনবগী অধিকার লৈতে। মদুগী লন্ ময়ামদু থুনা পুরকউ অদুগা যজ্ঞ অদু পাঙথোক্লবগী শেম শারো" অসুম্না ইবুংঙো কৃষ্ণনা য়াথং পীখি।

## পন্দুপ্ মঙাশুবাঃ

# য়াজনাশিং অমসুং অহলশিংগী মশানা নংহঙবা অবাবশিংঃ

বাসুদেবগী পাওতাক অমসুং ব্যাস মুণিগী অফবা ব্রাফমশিংদু ধর্ম্মরাজনা য়াখিরমই। ব্রাহমিনশিংনা লংথোক্লন্বা সনা অদু লৌরুনবা মহাক্লা সিপাইশিংগা লোয়ননা মনাওশিং থাখিরমই। ঈশ্বরদা কৎলবা প্রসাদি খর চাদুনা মশাদু শেংদোক্লবা মতুংদা মখোয় চৎখিরমই। মমাংঙৈদা নিংথৌরেল মরুঠনা যজ্ঞ লোয়রবা মতুংদা পুরোহিৎশিংদা দান ওইনা পীখিবা সনাশিংদু মখোয়না ফংবা ঙমখি। মখোয়না সনাশিংদু ময়ুমদা হল্লকপগী লম্বীদা শরক্কি নাকলদা থাদরমখি। সিপাইশিং অদুনা মদু খোমজিনখি অমসুং উৎ মথক্তা, শামু-মথক্তা, দোলায় মথক্তা অমসুং ষনগাড়ি মথক্তা হাপকত্তুনা কোনুং তান্না পুরকখি। পোৎলম পুম্নমক্কুগা লোয়ননা হস্তিনাপুরদা লাকপদা নুমিৎ খর চঙখি। মীয়াম পুম্নমক্লা য়াম্না হরাও-নুংঙাইবা মরক্তা মখোয়না সনা অদু থাংথখি।

খোঙচৎ অদু মায় পাক্লকপা অদুদা প্রজাশিংদু য়াম্না ঙক্লখি; মখোয়না পান্দব মচিন-মনাওশিংগী অফবা মরায়বক্তুদা ব্রাংনা থাগৎনখি, শীংথানখি। মখোয়না মখোয়গী সহর মনুংদা নিংথৌ মচাশিং অমসুং সনা অদুবু তরাম্না ওকচখি অমসুং মখনাও অদু মখোল হেক তাবমখৈ জয়, জয় হায়না লাউজখি, চোংনখি অমসুং জগোয় শানখি। মদুগী সনা ময়াম অদুনা শিজিন্নগদৌরিবা যজ্ঞ অদু কয়াদা চিংলেম্বা অমসুং ফজবা ওইগদৌরিবনো হায়বসিদা মখোয়না ভাবনা শাখিরমই।

নুমিৎ অদুমক্তদা গঙ্গা তুরেলগী তোবর্বান্দা যজ্ঞ কৎকদৌরিবা অশেংবা মফম অমসুং অতৈ দরকার লৈবশিংদা শেম-শাবা হৌরমই; অশেংবা মফমদু মরাক-ময়ুংদা মাইল্ কয়ামরুমনি। লৈমায় লৈতেম মান্নহল্লমই অমসুং তরু-তনালনা শেংদোক্লমই। খর ব্রাংখৎপা মফম (দাইস) অদু শারমই; পাক-চাউপ্লবা মফম অদুদা ফজখ্রবা দলাল কয়া ফিরাল অমসুং ফেস্তুন কয়ানা নিংথিনা লৈতেংলমই।

শেংলবা নুমিৎ অদু নকশিল্লক্লবা মতমদা, মকোক থোংবশিং, ব্রাহ্মিনশিং, স্কোলারশিং অমসুং মুণি-ঋষিশিংনা মায়কৈ পুম্নমক্তগী অশেংবা মফম অদুদা গুন্না য়ৌনিংবদগী থুনা লাক্লখি। মখোয়গী থাক অমসুং দরকারগী মতুংইন্না মাগী-মাগী পীরিবা লৈফমদা লৈনখি। অহিং অদু নোংঙানগদবা কয়াম ৱাংলিবগে হায়দুনা মিনিট মশিং থীদুনা লেনখি; মদু মথংগী নোং হেক ঙাল্লকপদা অদুগুম্বা য়াম্না নিংথিরবা অমসুং লৈবাক পুম্নমক্কি য়াইফবা পুরক্কদৌরিবা যজ্ঞ অদু উবা ফংলগনি হায়বগী হরাওবা, থৌরাংবা আশা অমদনি।

অদুগুম্বা অয়ুক অদু য়ৌরকখি। মঙ্গলগী মশক ওইরবা মিকুপ অদু নকশিল্লকখি। পুরোহিৎশিং অদুনা মাগী-মাগী ফমফমদা ফম্নখি অমসুং থৌরম হৌদোকপগী ৱাশক লৌনবা থৌরাং তৌদুনা লৈনখি। মখোয়না মবুংঙো কৃষ্ণ অমসুং নিংথৌরোমদা মমায় ওনশিন্দুনা লেপখৎখি অমসুং হায়রকখি, "হে মহারাজ! নহাক্না অশ্বমেধ অমতা নত্তনা অহুমগী যজ্ঞ তৌনিংলে হায়বসি ঐখোয়না খঙলে মদু অচুম্বরা? অচুম্বা ওইরবদি, মদু নহাক্না অমগী মথংদা অমা ওইনা মথং-মথং পাঙথোকপা পাম্বিব্রা? নত্রগা ঐখোয়না মন্ত্রশিং অমসুং নিতি-নিয়মশিংদু অহুম-অহুমলক্ শোল্লগা মতম অমত্তদা পাঙথোকচৌরা? মদু নহাক্না খঙহনবিরবদি, ঐখোয়না মদুগী মতুংইন্না যজ্ঞ য়াওগদবা মীশিং অমসুং পুরোহিৎশিং অদু মওং চুম্না শিন্দোকচগনি।"

মদু তাবদা ধর্ম্মরাজনা খুম্নকখি, "নখোয়না লোয়না খঙলবা ৱাফম অদুদা ঐনা করি অমুক্ হায়বিগনি; নখোয়না পীবা পাওতাক্ খুদিংমক্তা ঐনা শোয়দনা য়াগনি। ঐখোয়না চৎথগদবা থৌরম খুদিংমক্তা ঐনা বাসুদেবখক্তগী অয়াবা নিজে।" অমসুং মহাক্না কৃষ্ণরোমদা কমদৌগদগে হায়বা মিৎয়েং অদুগা লোয়ননা মমায় লৈশিনখি। কৃষ্ণনা ৱাফম অদু ব্রাহ্মিনশিংদা ইন্থোকখি। মখোয় মশেল ঙাইহাক খন্নখি অদুগা মমৈথংদা লাউথোরকখি মদুদি অশ্বমেধ অহুমগী ফলসি মন্ত্র খুদিংমক্ অহুম্লক-অহুম্লক্ শোল্লগা কৎপা অমসুং মদুদা য়াওরিবা ব্রাহ্মিনশিং অমসুং পুরোহিৎশিং অদু দক্ষিনা শরুক অহুম্লক তৌরবদি ফল চপচানা ফংবাঙমই। ৱাফম অসিদা বাসুদেবনা য়ানিংবগী ইঙ্গিৎ পীখি, অমসুং মদুদগী ধর্ম্মরাজনা য়ারে হায়না লাউথোকখি। মহাক্না য়াজনা অদু হৌদোকপা পামখি।

ব্রাহ্মিনশিংদুনা মন্ত্রশিং থীগৎলকপা মতমদা পৃথিবী অমসুং অতিয়া অনীমক নিকখি। অহৌবগী তৌফম থোকপশিং পাওথোকখিরমই অমসুং যজ্ঞদা কৎকদৌরিবা শগোলশিং অদু কুণ্ডগী অকোয়বদা চৎপা হৌরকখি। মখোয় অদু ঙমজবি থাদুনা ফজনা লৈতেংলমই অমসুং মমায়দা অইবা ৱাফম অমা পুরমই মদুদি মখৌনা লৈবা কনাগুম্বা অমনা শগোল অদু ফাজিল্লগা থমগদবনি। য়াজনা পুম্নমক অদুবু লৌবিগদৌরিবা মপু মহাক্তুনা সভাপতি ওইনা লেঙশিনখ্রবদা, মদুদা য়াওরিবা অমসুং য়েংলিবা পুম্নমক অদু কয়াদা মরায়বক্ ফগ্রবনো হায়বসি ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমখিদে। য়াজনা অদু য়াম্না মায় পাক্লা অরোইবা কৎপা পূর্নাহুতিগা লোয়ননা লোয়শিনখি।

কৎপগী মন্ত্রশিংদা হৈথোইরবশিং, মুণি-ঋষিশিং অমসুং ব্রাহ্মিনশিং অদু খুদোলপোৎ কয়া অমসুং দক্ষিনা মতিক চানা পীখি। মশিং লাকঙমদ্রবা ষনবি কয়া, য়ামথ্রবা লম্ কয়া, য়ামথ্রবা সনা কয়া দান ওইনা নিংথৌনা পীবিখি। জাতি পুম্নমক শিন্নুংনা নুংঙাইনখি। মীপুম খুদিংমক্লা য়াজনা অদু হায়নিংঙাই লৈতনা অথোইবনি হায়না থাগৎনখি। লাকখ্রিবা পুম্নমক মতম পুংজা খুদিংদা মবুক পেন্না পীজখি। য়াজনা অসিদা য়াম্না মরাং কায়বদু উরগা মুণি-ঋষি অমসুং লাইনিংবশিং অদুনা মরুঠ নিংথৌরেলনা থাইনা মমাংঙৈদা কৎখিবা য়াজনা অদুগী মতিক-মগুণ শিংথাখি। য়াজনা অসিদা য়াওজবা ফংবা অদুগীদমক মখোয় য়াম্না হরাওখি। মীয়াম্না মতম অমদা হায়নখি মদুদি মরুঠ নিংথৌনা কৎখিবা য়াজনা অদু লাই ময়ামগী মকোক ইন্দ্রদেবনা সভাপতি ওইখি অমসুং মদু চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবা যজ্ঞ পুম্নমক্তি মকোক্তি হায়না লৌনখি। অদুবু ঙসিদি, মখোয়না ধর্ম্মরাজবু থাগৎচখি মরমদি মহাক্লা য়াজনা শ্বরুপ (বাসুদেব) মশামকপু সভাপতি ওইনা ফংজখি, মসি মরুঠ নিংথৌগী অদুদগী য়াম্না হেনগ্রবা লাইবক ফবগী খুদম্নি অমসুং মসি ফংজবা হায়বসিমক্ য়াম্না হেন্না লুপ্রবা থবক্নি।

য়াজনা লোয়রবা মতুংদা য়াম্না অরাপ্পা অমসুং অতৈ মফমশিংদগী লাকখিবা পুম্নমক্ ময়ুম-ময়ুমদা হন্নখি। নিংথৌশিং অমসুং মকোক থোংবশিংনা ধর্ম্মরাজদগী কায়নবগী য়াথং লৌজখি অমসুং মাগী-মাগী মরৈবাক্তা হন্নখি। নিংথৌগী মরী-মতাশিং অদুনা খর চোম্থনা লৈহৌখি অমসুং মখোয়গী খুদোংচারবা মতমদা ময়ুমদা হন্নখি।

অদুম ওইনমক, কৃষ্ণদি মতম খর শাংথনা পান্দবশিংগা লৈমিন্নখিগে খনখি; মরম অদুনা, মহাক্না হস্তিনাপুরদা লৈথখি। অসিগুম্বা থৌজালগী খুদম অসি উবদা পান্দব মচিন-মনাওশিংদি য়াম্না নুংঙাইজখি; মবুংঙোগী লৈনবগীদমক মখোয়না মফম চাবদা থৌরাং তৌজখি; মখোয়না নুমিৎ খুদিংগী মাগী সেবা তৌজখি, ইবুংঙোগী ফজবা শক্তম অদুনা নুমিৎ খুদিংগী মমিৎ অদু থনখি, ইবুংঙোগী থৌজাল হৈরবা ৱাঙাং কয়াগী পাওতাক্না মখোয়গী থম্মোয় অদু পিক থনখি; মখোয়না নুমিৎ খরনিদো খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইনা মতম লেপ্পখি। পান্দবশিংগী কোনুংদা মতম খর অসুম্না লেল্লবা মতুংবা কৃষ্ণনা আর্জ্জুনগা লোয়ননা দ্বারকাদা হনখি। দ্বারকাগী প্রজা পুম্নমক্তু মখোয়গী মবুংঙোনা মশাগী কোনুংদা হল্লকপদা থোইদোক-হেন্দোক্না নুংঙাইনখি। মখোয়না মহাকপু য়াম্না হৈনিং-হরাওবা ব্যবহারগা লোয়ননা ওকচখি। ইবুংঙোগী দর্শন ফংজবদুদা মমিৎ পেন্না য়েংজবি অমসুং নুংঙাইবগী ঈপাক্তা লুপ্নখি।

তাঞ্জা অসিদা, ধর্ম্মরাজগী মখুরা বিদুরনা লম্বোইবা অমগী ফিজোলদা মশক ওম্বোক্লগা সহরগী মনুংদা লৈরে হায়বা পাওসি হস্তিনাপুর য়ৌরকখি; মসি চিনবান অমদগী চিনবান অমদা চংনখি অমসুং মমৈথংদা ধর্ম্মরাজ নিংথৌগী মনাকোং য়ৌরকখি। পাও অদু অঙকপা অমসুং নুংঙাইবগা লোয়ননা ফংজখি। মহাক্না স্নাউত্কি মীওই খর থাদোক্তুনা অচুম্বরা হায়বদু য়েংহনখি, অমসুং থুনমক পাউ অদু অচুম্বনি বিদুর মশামক লাক্লে অমসুং লৈরে হায়না নিংথৌদা য়ৌরকখি। ধর্ম্মরাজগী মশা অদু হরাও-নুংঙাইবগী ৱাখলনা ফাজিনবা ঙমদনা মথুম-মরাং হৌখি।

"আহ! নহাক্না ঐবু কয়াদা নুংঙাইহনবিরবা!" মহাক্না হায়রকখি। "মসিগী শেংলবা মিকুপ অসিনা আশাগী কংলবা পাম্বী অদুবু অমুকহন্না অনৌবা য়েন্নীং হুলহল্লে। ও! ঐনা মদুগী তাঞ্জা অদু অমুকহন্না শুকফং ফংলরোইদ্রা হায়না ৱাজপ্রবসু হৌজিক্তি ঐনা মাবু উবা ফংজরগনি অমসুং সেবা তৌজরগনি, ইখুরা বিদুরনা ঐখোয়বু য়োকপিরকখি, ঙাকপি-শেনবিরকখি অমসুং লমজিংবিরকখি।

থম্মোয়দা থুক-থুক লাউবা পাও অদু কোনুংগী ওফিসারশিংনা মহারানিশিংগী মরক্তা, রাজকুমারিশিংগী মরক্তা অমসুং নিংথৌ শাগৈগী নুপীশিংগী মরক্তা শন্দোকখি। ধর্ম্মরাজনা তুমিন্না লৈথোকখিদে; অচৌবা থৌদোক অদু মানা-মাগী অকোয়বদা লৈরিবা ময়ামদা ৱারী লীখি; নুংঙাইরবা

থৌদোক অদু শরুক য়ামিন্নবা মহাক্না মী থিখি, মবুংণো কৃষ্ণবু নিংজবা ময়ামগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা, মাগী লৈখিদ্রবা মপাবুংগা পোকমিন্নবা মথুরা বিদুর মুণি কোনুংদা নিংথিনা ওক্লনবা শেম-শাগদবনি হায়না সিপাইশিংদা য়াথং পীখি। প্রজা পুম্নমক্তসু মিকুপ নাহম শিংনা লৈহনখি অমসুং য়াম্না চীংলেম্না ওক্লবা শেম-শানবা হায়খি।

মখোয়না লম্বী পুম্নমক অমসুং য়ুম পুম্নমক নাকল অনীমক্তা লৈতেংলমই; মখোয়না অকোনবা কালোক্ কয়া শেমখি অদুগা ফিরাল অমসুং ফেস্তন কয়া থেংখি। মখোয়না লম্বী খুদিংমক্তা অঙাংশিং, নুপীশিং অমসুং অহলশিংনা চাউরবা বিদুর মুণিনা চৎপদু নিংথিনা উজবা য়ানবা অৱাংবা মফম অমসুং ফমফমশিং পীখিরমই। অহল ওইরবা নুপা অমসুং নুপী কয়ানা মখুত্তা চৈশু পায়দুনা, পান্দবশিংগী মপা শক্লবা অমসুং অচুম্বা ধর্ম্ম নিতিগী শক্লোন্নি হায়না নিঙজরিবা বিদুরগী শকফম অদু হায়ফেত্তং উজনিংদুনা, লম্বীদা শেক্লি-শেক্লি চৎলিবা ময়াম অদু উরুবদা ৱাখল, পুক্লিং য়াম্না থৌগৎনিংঙাইনি। খর অমনা অহানবদা খনখি মদুদি বিদুরবু সহরগী মতাই অমদা উখি হায়বসি মঙ ওইগনি, অচুম্বা ৱাফম ওইরোই। অসিগুম্বা তোকঙাদা মতম শাংনা হৈনরক্লবা কাংবুনি মৱমদি, বিদুরনা হস্তিনাপুরদা অমুক্ হন্নক্লনি হায়বসি মখোয় শুংথা থাজখিদে। মখোয় মশেল খুদোংচাবা মফমশিংদা পুনশিনখি অমসুং অদুগুম্বা চাউরবা মিকুপ অদুদা মখোয়গী মমিৎ অদুনা লাইনিংবা নুপা অদুদা য়েংজনবা থৌরাং তৌদুনা লৈখি। লম্বী পুম্নমক্তা, দলাল্ খুদিংমক্ মীনা পুময়োম য়োম্নখি; উপাম্বী পুম্নমক্ অকি-অখং লৈত্রবা নহারোল কয়ানা পরেং-পরেং য়াম্বদুনা মশাদা মথুম-মরাং হৌনা, শোয়দনা উরগনি হায়বা আশাগা লোয়ননা বিদুরনা থুংলগদবা তাঞ্জা অদু জয়ধনি লাউদুনা লৈখি।

নিংথৌনা হরাও কুম্মেগী মতমদা শেৎকদবা ফিজোল থোল্লদুনা কোনুংগী দোলায় অদুদা কাখৎখি অমসুং মনাওশিংগা লোয়ননা অদুগুম্বা ফাওরবা ঈশ্বরগী ভক্ত অদু ময়ুমদা পুশিঞ্জরক্লবগীদমক্ কোনুংদগী মপান্দা লেঙথোকখি।

বিদুরনা মখোয়গী মমাংদা মখোঙদা করি অমতা তোংদনা, য়াম্না তপ্না, চীংলেম্না, মকোক্তা জটা পুরদুনা, লম্বোইবগী ফিজোল শেত্তুনা থোরকখি। নিংথৌ অমসুং মনাওশিং অদুনা মখোয়গী দোলায়দগী কুমথখি অমসুং বিদুরগী মখোঙদা য়াম্না ব্যবহার থৌগল্লোনগা লোয়ননা খুরুমজখি অমসুং মাগী মতুংদা

লাপুক্লা চৎখি। শেন্নরিবা গার্দশিং অদুনা ফনা কন্না হায়জরবসু থওইনা তাবিদনা প্রজাশিংনা চেনশিন্নদুনা বিদুরগী মখোঙদা তুজখি। পান্দবশিংনা ওকচবগী থৌরম অদু ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমজখিদে; মখোয়গী নুংঙাইজবদু ঙমখৈ লৈখিদ্রে। অদুনা মখোয়গী মমিংনা ৱা ঙাওখি, হায়বদি তৌবিমল খঙবা উৎপগি অতৎ-অখম লৈতনা শিম্থুরিবা পিরাং অদুনা উৎখি। মখোয়না বিদুরবু মপাম্বোম্না কোনশিঞ্জখি অমসুং য়ামত্থবা মীয়াম অদুনা মমিৎ পেন্না য়েংজবা, উজবা য়ানবা দোলায় মথক্তা কাখৎপিনবা হায়জখি। বিদুরদু য়াবিনবা কন্না থেমজখি। কোনুংগী দোলায় অদুদা ফম্লগা, লমশাং পুম্নমক্তা লৈরিবা মীয়ামদুদা দর্শন পীনবিখি। কায়নথংদা মীয়ামগী সভা যাত্রা অদু কোনুং য়ৌরকখি। নুমিত্তুগী লম্বী শরক পুম্নমক্তু হরাও-নুঙাইবা অমসুং নুংশিবা ঈশৈগী শুরনা ঈশিং ঈচাওগুম্ থুম্লাৎখি, পাথোকখি।

প্রজা খরদি নুংঙাইবনা অসুক্কি মতিক মশাদু থুম্নাৎখ্রে মদুদি মখোয়না লেপ্লিবা মফমদুদা উয়ুংদৌনা লেঙদনা য়ুংদুনা লৈখ্রে। বিদুরনা য়াম্না ৱাশক চেংনা তপ তৌদুনা লেনখিবা পুন্সি অদুনা মহাক্কি শকফমদা পুরা অওনবা অমা লাকখ্রে মদুদি মহাক অসি মহৌশাগী বিদুরদু নত্তবা, পুমতোং-তোঙানবা, লাই পুম্নমক্কি নিংথৌ ইন্দ্রগুম্ মায়থোংদা মঙাল অমনা পুমলং লংথ্রবা মীশক অমা ওইখরে। মীয়াম অদুনা মানা-মানা নুংঙাইজরিবা মওং, ৱাখল অদু মশা-মশাগী ৱাঙাংদা অমগা-অমগা ৱারী শানরি। বিদুরনা খাঙখিবা অৱা-অনা কয়াদু নীংশিংনরগা অমসুং পুম্নমক অদু ওইদুনসু মহাক্না শান্তি ফংখিবগী ৱাফমদু নীংশিংনরগা মীয়াম অমনা মমিত্তগী মপি শিম্থুখি। পর্দা মরুমদগী মহারানিশিং অমসুং রাজকুমারিশিং অদুসু দর্শন ফংজখি অদুগা মখোয়সু হায়নিংঙাই লৈতনা হরাওজখি।

## পন্দুপ্ তরুকশুবা

# বিদুরগী থাদোকপা-ত্যাগ

কোনুং মনুংদনা বিদুরনা মাগী মরী-মতা পুন্নমক্কি অমমম্ ওইনা মখোয়গী অৱা-নুংঙাইগী মরমদা হংলমই। অদুদগী মমা ইবেম্মা কুন্তি মহারানি চংলকখি অমসুং মঙোন্দা য়াম্না মিনুংশিগী মিংয়েং য়েংলগা হায়রকখি, "কাইনথংদা ঐখোয়না নহাকপু উনজবা ঙমলে, ও বিদুর!" মহাক মদুদগী হেন্না ৱা ঙাঙবা ঙমখিদে।

ঙাইহাক লৈরগা মহাক্না মখা অমুক তারকখি, "নহাক্না অসুক্কি মতিক নুংশিনা য়োক্লকখিবা অঙাংশিং অসিবু করি অমতা থৌশাদনা, নহাকপু য়াম্না ব্যবহার তৌজবা, ঐহাক অমসুং অতৈ ময়াম্বু থৌশাদনা নহাক্না অসুক কুইনা করম্না তোঙান্না লৈবা ঙম্লবগে? ঙসি ঐগী অঙাংশিং অসিনা লৈবাক সাসন তৌবা ঙমজরিবসি নহাক্কি থৌজাললনি। য়াম্না চীরবা তাঞ্জাদা নহাক্না মখোয়বু কনবিরমদ্রবদি ঙসি মখোয়গী ফিভম করিদা লৈরমগনি? ঐখোয় অসি খুদোংথিবা ফিৱম কয়াগী থুঙফম্ ওইরবনি; অদুবু, খ্বাইদগী চাউবদি নহাক্না কায়নখিবা অসিনা ঐখোয়দা খ্বাইদগী হেন্না শোকখি। নহাক অমুক হন্না উনরবিনি হায়বগী আশা অসি ঐখোয়দগী থাপতোকখিবা অসিনা ওইখি। নহাক্না অমুক হন্না উনরখিগনি হায়বা আশা অসি ঐখোয়দা পুংমুং মুংখ্রবনি। হৌজিক্তি ঐখোয়গী থম্মোয় অসি অমুক হন্না ময়োল চোংলক্লে। নীঙবা কায়বনা পুমচাই-চাইথোক্লরবা আশাশিংদো অমুক পুনশিল্লক্লে। ঙসিদি, ঐখোয়গী নুংঙাইবগী চাং অসি মপুং ফাবগী থাক য়ৌরে। ও! কয়াদা নুংঙাইরবা নুমিৎনো!" কুন্তিনা মমিত্তগী মপি তৈথোক্লগা ঙাইহাক্তং ফমথখি।

বিদুরনা মাগী মখুৎ পায়খি, অদুবু, মশাগী মপি শিন্থরকপদু থিংবা ঙমখিদে। হৌখ্রবা মতমদা পান্দবশিং অমসুং কৌরবশিংগী কাংবুদা থোকখিবা মখল মখা কয়াগী থৌদোকশিং অদু মহাক্না নৌহৌননা নীংশিংখি। মহাক্না হায়খি, "ইমা কুন্তি দেবী! বিধিগী নোংদম্বু কনানা কক্পা ঙমগদগে? থোক্কদবদুদি অদুম থোকই। মীওইবনা তৌরিবা অফবা অমসুং ফত্তবা থবক অদুনা অফবা অমসুং ফত্তবা ফল ফংগনি। মসিগী 'মরম' অমসুং 'ফল' হায়বা আইন্ অসিনা পুল্লবা মতমদা, করম্না মীওইবনা মনীং তম্বা ঙমগদগে? মসিগী আইন্ অসিগী মখুত্তদি

মীওইবসি লাইফদিবী অমনি; মসিনা থৌরি অদু চিংই অমসুং মহাক অদুনা চংলি, মফম হোঙই। পুম্নমক ইবুংঙো মহাক্কি অনীংবনি, মহাক্কি থৌজালনি।" বিদুরনা মতৌ অসুম্না মীওইবগী থবক থৌরমশিংবু খুদুম চল্লিবা আধ্যাত্মিক্কি অচুম্বা ৱাফম'শিং শন্দোক্লা তাক্লিউদা ধর্ম্মরাজ, ভিম্, নকুল অমসুং সহদেবনা য়াম্না পুক্লিং চংনা তাদুনা মনাক্তা ফমখি।

মমৈথংদা কুন্তিনা মঙক থাঙ্গৎলকখি অমসুং হায়রকখি, "নহাক্কি আশীবর্বাদতগী ঐখোয়না লান জয় ওইখি; অদুবু, ঐখোয় দ্রৌপতিগী মচাশিং অমসুং সুভদ্রাগী মচাশিং কন্নবা শক্তি লৈখিদ্রে। 'লাইবক থীব' হায়বা ঈশ্বরদুনা ঐখোয়বু অসুক্কি মতিক কন্না তান্নখ্রে। তৌবগীবুদি, নহাক্লা হায়খিবগুম্না, কনা অমত্তনা লাইবক্লা তমখিবদু নাম্হোকপা ঙমদে। ফরে, হৌখ্রবদুদি কাউথোকখ্রসি। অমুক্ চুমথোকপা য়াররোইদবা থবক অদুদা ৱারুবগী করিসু কান্নদ্রে। ঐবু হায়য়ু হায়রবদি, ঐগী থৌরাংলম্বদো হৌজিক্তি ফনা নিংথিনা ফখরে; ঐনা নঙবু মমৈথংদা উনবা ঙমখ্রে। মতম অসুক কুইবসিবু নহাকপু কদায়দা লৈরুবগেনে? ঐখোয়দা অমুক্তা হায়য়ু।"

ৱাফম অসি তাবদা, বিদুরনা খুমখি মদুদি মহাক শেংলবা মফম কয়ামরুমদা লাই খুরুম্বা চংখি। মচিন-মনাওশিং অদুনা ৱারী অদুদা য়াম্না পুক্লিং চঙনা তাখি, মরক্তা ৱাহংশিং হংখি। ধর্ম্মরাজনা য়াম্না তোয়না হায়খি মদুদি মহাকসু করম্বা মতমদা অদুগুম্বা শেংলবা মফমশিংদা হকথেংননা য়ৌজবা ঙমগদবা নুমিৎ অদু ঙাইরক্লিবনি। অশেংবা মন্দির অমগী মমিং হেক পল্লকপদা, মাগী মখুৎ অনীদু য়াম্না ব্যবহারগা লোয়ননা লোন্নখি অমসুং মমিৎ উইশিল্লগা শেংলবা মফমদু মশা মথন্তা ভাবনা শাজখি। তাঞ্জা অসিদা ভিম্না মরক থৎলকখি, "ইপা-ইবুংঙো নহাক দ্বারকাদা চংলুব্রা? মফম অদুদা ইপা-ইবুংঙোনা থেংনরকপশিংদু ঐখোয়দা তম্বিয়ু।" ধর্ম্মরাজনসু অমুক্কা হায়জিল্লকখি, "মফম অদুদা ইপা-ইবুংঙো কৃষ্ণ শোয়দনা উনরমগনি, নত্রনে? থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্নমক্কু মপুং ফানা ঐখোয়দা অমুক্তা হায়বিয়ু।" কুন্তি দেবীসু মহাক্লা করি হায়রক্কদগে হায়বসিদা য়াম্না লাঙতক্করমই; মরমদি, মহাক্লা হায়খি, "ঐখোয়দা হায়য়ু, ঐখোয়দা হায়য়ু। হৌজিক মফম অদুদা ঐগী ইচা লৈ, নহাক্লা মফম অদুদা মহাকপুসু উনরক্কম্বা য়াই। মখোয় পুম্নমক কমদৌহৌরি? ঐনা আশা তৌই মদুদি

অহল ওইরবা মপা-মমা, নন্দ অমসুং যশোদা, মখোয় নুংঙাইহরি। অদুগা, দেবকী অমসুং বসুদেবনা কমদৌবা?" মহাক্না ঙাঙবা হৌদ্রিবঙৈদা ফাওবা ৱাহং ময়াম অমা মনম্-মনম্ বিদুরদা হংজিনখি।

বিদুরদু খুম্লিংবগী ৱাফম থোইদোক্লা কন্না লৈরমদে। হিরম অদোমদা তাহন্নিংদবগী মওংদা মহাক্না ৱা ঙাঙখি। মরমদি মহাক্না উধব্তগী দ্বারকা চৎপা লম্বীদা তারকপ্রে মদুদি যাদব শাগে মাঙখ্রে অদুগা কৃষ্ণনা মাগী মীওইবগী পুন্সি অদু লোয়শিনখ্রে। মতম কুইনগী মতুংদা মহাক্না উনবদা নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাওরিবঙৈদা মহাক্না পান্দব শাগেদু অমুক অৱাবগী ঈপাক্তা লুপহনবদু পাল্লমদে। "মখোয়দা অসুক য়াম্না নুংঙাইহল্লবা ঐহাক্না অমুক করিগী মখোয়গী নুংঙাইবদু মুথৎখিনবা মরম ওইহনগদৌরিবনো?" মহাক্না খনখি। "অৱাবা পাও অদু পুদুনা দ্বারকাদগী হল্লক্কদৌরিবা আর্জ্জুন্দগী মখোয় শোয়দনা ৱাফম অদু খঙগনি।" অদুনা, মঙোন্দা হায়রগে হায়রগে হায়দুনা মচিন্দা য়াম্না তোয়না লাকখিবা পাও অদু মহাক্না হায়খিদে; মহাক্না কৃষ্ণগী মতিক মগুণ, শন্দোক্না তাক্কুনা মশামকপু অমসুং মখোয়বু পেলহনখি। মহাক্না হায়খি, "অসিগুম্বা লাইনিংবগী ফিজোল শেৎলগা মরী-মতাগী মনাক্তা চৎনিংখিদে; অদুনা ঐনা যাদবকি লুচিংবা কনা অমতগা নত্রগা নন্দ, যষোদা অমসুং অতৈশিংগা উনখিদে, অমসুং তুমিন্না লৈখি। মহাক দ্বারকাগী মরমদা মখা চত্থখিদ্রে অমসুং মশাগী তীর্থ চৎপগী মরমদসু মখা চত্থখিদ্রে।

"ঐনা নখোয়গী ননাক্তা লাকখি মরমদি লান অদু নখোয়না জয় ওইরে হায়না তাখি অমসুং নখোয়গী ওইফম থোক্লবা লৈবাক অদুদা য়াম্না শান্তি লৈনা সাসন তৌরি হায়বা তাবদগীনি; ঐনা য়াম্না নৌরিবঙৈদগী য়োক্লম্বা অঙাংশিং অসি উনিংলকখি। মখোয়বু নুংশিবদগীনি ঐনা মফম অসিদা লাকপ্রিবসি। ঐগী মরী-মতাশিংগী মনুংদা উননিংখিবসি নখোয় শক্তনি; ঐহাক অতৈ কনা অমতা উননিংখিদে," অসুম্না মহাক্না হায়খি অমসুং মহাক্না তম্বিরম্বা পান্নিবা বেদান্তগী পরাশিংদা ওনশিনখি। ৱারী-ৱাতাই লোয়রবা মতুংদা, ধর্ম্মরাজনা বিদুরদা মাগীদমক্তা অখন্ননা থৌরাং তৌপ্লবা য়ুম অদুদা লৈবিনবা হায়জখি অমসুং মশামক্লা মফম অদু ফাওবা লোয়নখি।

মফম অদুদা ধর্ম্মরাজনা মহাকপু সেবা তৌনবা মীওই খর হাপখি অমসুং মফম অদুদা পোত্থাবিনবা হায়জখি। অদুগুম্বা য়াম্না অকে অমৌগী মফম অদুদা মতম লেনবগী রাখল অসি বিদুরনা কয়া পামফাংখিদে; অদুবু ধর্ম্মরাজনা নিঙবা কায়খিদনবগীদমক্ মহাক্না মফম অদুদা চঙখি। হৌখ্রবা মতমগী থৌদোক পুম্নমক্তু নীংশিংদুনা মহাক্না ফমুং মথক্তা হিপথখি। মহাক্কি হেক ময়াম্বা, মমিৎ তাঙলবা ধৃতরাষ্ট্রনা মাগী মনাও পান্দুগী মচা পান্দবশিংবু মাঙহন্নবা শিনখিবা লাল্লোং অদুমক্না মঙোন্দা হঞ্জিন্দুনা পানখিবা অমসুং মাগী শাগৈ পুম্নমক মাঙনবগী মরম ওইখিবা অদু নীংশিংলকপা মতমদা মহাক নুংশা শ্বর মপি হোনখি। ধৃতরাষ্ট্রনা হিরম কয়ামরুমদা পান্দবশিংবু ওৎ-নৈশ্রবসু ধর্ম্মরাজনা মাগী মফমদা চংখিবা পুকচেল চাওবগী লমচৎ-ব্যবহার অদুগীদমক মহাকপু য়ানিংখি। ধর্ম্মরাজনা মহাকপু য়াম্না থাজনা অমসুং ভক্তি লৈনা ব্যবহার তৌখি অমসুং মহাক্কি নুংঙাইনবা য়েংশিনখি। ধৃতরাষ্ট্রগী তমথিরবা পুকচেলদু নীংশিংলকপা মতমদা মহাক খ্বাইদগী হেন্না তুক্কচবা রাখল অমা ফাওরকখি; করিসু লৈতবা ইন্দ্রিগী পেন্নবা হোৎনরিবা অদু থাদোক্তুনা অমসুং মীওইনা পোকপগী পুন্সিগী পানদম ফংনবা হায়বদি পোকপা অমসুং শিবগী চক্রদগী নাম্থোক্নবা হোৎনবগী মহুত্তা, কোনুংগী অকে-অমৌগী মরক্তা য়াম্না শান্তি লৈনা লেপ্লিবা পুন্সি অদুগীদমক্তা মহাক্না ইকায়জখি। মাগী ময়াম্বনা লেমহৌরিবা পুন্সিগী শরুক খরদু অরেম্বদা মতম মাঙহল্লিবা অদু উবদা মঙোন্দা থিংঙমদ্রবা অরাবা রাখল অমা ফাওখি।

মাগী যোগগী মিৎয়েংনা মঙোন্দা হায়খি মদুদি পান্দবশিংসু য়াম্না থুনা মাঙখ্রগনি; অমসুং পৃথিবী অসিদা মখোয়বু ঙাক শেনবিরম্বা কৃষ্ণ মশামক অদুনা মখোয়গী তুংগী পুন্সিদসু য়েংশিনবিগনি। অদুবু, মমিৎ তাঙবা নিংথৌ অদুদি পান্দবশিংনা লৈখিদ্রবা মতুংদদি য়াম্না হেন্না অরাবা ওইগনি হায়না মহাক্না খনখি। অদুগুম্বা মরায়বক থীরবা ময়াম্বদু তীর্থ চৎহনগে অমসুং মাগী মরায়বক্ অদু অরোইবা মতমদা ভাব তাহল্লস্নগে হায়না মপুক্লিংদা লেপখ্রে। মরম অসিনা মহাক অমুক্ তপথবা পামখিদ্রে। অদুনা, অমম্বদা মহাক মফম অদুদগী থোকখ্রে, কনা অমত্তা খঙহন্দনা অমসুং চুমদ্রিংনা ময়াম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী মনাক্তা চংখি।

মহিং তাংবা নিংথৌ অদুগা মাগী মহারানি গান্ধারি অমীনবুদ্দি বিদুরদু মখোয় উনবা লাক্কনি হায়না আশা তৌখি, মরমদি মহাক সহরদা ময়ৌরকপ্রে হায়বসি মখোয়সু পাও ফংখিরমই। অদুনা,বিদুরনা হেক চঙশিনখিবা মতমদা মহাক্না কোনশিনজখি অমসুং মমিত্তগী নুংঙাইবগী মপি শিস্থখি। মহাক মশা ফাথজবা ঙমখিদে। মঙোন্দা অমসুং মচাশিংদা তাখিবা অৱা-অনা ময়ামদু মহাক্না মথং-মথং লীথখি অমসুং মখোয়গী মরায়বক অদুগীদমক্তা তেংথাখি। অরিবা লাইরিকশিংগী নিংথিরবা পাওতাকশিং অদুনা বিদুরনা মখোয়বু থেমজিন্নবা হোৎনখি। অদুবু, অদুগুম্বা থাইনগী পাওতাকশিং অদুনা অহল অদুগী পুন্নবা থম্মোয় অদু করি অমতা শৌদোকলোইদৌরি হায়বসি মহাক্না থুনমক খঙব্রে; মহাক্কি অপঙবদুদি কন্না ফুজিনবা খক্তনা জয় তৌবা ঙমগনি হায়বসি মহাক্না খঙখিরমই।

মরম অদুনা, মাগী ৱাঙাং হোংদোকখি অমসুং মরাল পীবা অমদি চৈ-থাংবা মওংদা চৎথখি। মদু তাবদা ধৃতরাষ্ট্রদু নুংশাথীখি, মীপাইখি। মহাক্না য়েৎনবগী মওংদা হায়রকখি, "ইনাও ইবুংঙো! ঐখোয়সি ইচা চামা মাঙখিবগী মৈচাক্না হৌজিক চাক্কি, অদুগা নহাক্কি য়াম্না শাওনা চৈরকপা ৱাঙাংনা অশোকপদা মচিন তুম্বা য়েত্তুম্না থিনবগুম অৱাবা পীরি। অসুক কুইরবগী মতুংদা নহাক্না উনবগী নুংঙাইবা অদু ফোংদোক্লদ্রিঙৈদা, নহাক্না করিগীদমক্তা ঐখোয়বু হেন্না অৱাবদা তাহন্নবা হোৎনরিবনো? ঐনা নঙবু থম্মোয় কনবগীদমক্তা করিগী নিন্দা তৌরুগনি? ঐবু পুম্নমক্না নোক্নরিবনি, পুম্নমক্না নিন্দা তৌরিবনি। ঐহাক্না নঙবু দোষ তৌনবগী অধিকার অমত্তা লৈতে।" মকোক নোম্থদুনা অমসুং মখুবাক্তা ঙাথরদুনা ধৃতরাষ্ট্রনা তুমিন্না ফমখি।

মহাকপু নরক্কি কোমদা তাগদবদগী কনবা ঙমগদৌরিবা থাদোকপা খক্কি পারা অদু পীহৌনবগী য়াম্না খুদোংচারবা তাঞ্জাদু য়ৌরক্লে হায়বসি বিদুরনা মুন্না খঙখি। মহাক্না খঙবি মদুদি মহাক্কি পান্দম অদুদা কনা অমত্তনা মহাকপু শাওরোই, মরমদি, মহাক্না মখোয় অদুবু অশেংবা মফমশিংদা ধর্মগী অশেংবা খোঙচৎ চৎহনবা পামখিবনি অমসুং মশা অদু অফবা, অশেংবা ৱাখলনা থলহঞ্জনবনি, অচৌবা অমসুং অফবা মীওই কয়াগা উনহন্নবনি, মশাদা য়াওরিবা ঈশ্বর অদু মশক খঙলক্নবনি অমসুং মতৌ অসুম্না মখোয় মশাদু কঞ্জনবনি। মরম অদুনা, ময়াম্বদুবু অমসুং মহারানিদুবু মপুক্লিং ওলহন্নবগীদমক মহাক্না হেন্না কনবা ৱাঙাং

ব্রাতা ফাওবা শিজিন্নগে হায়না মপুক্লিংদা লেপখি। মখোয়গী তরক-তরকপা ফিভম অদুদা মিনুংশিনা মাগী থম্মোয়দু পিক থল্লবসু, মখোয় অদুনা চীরবা মতম অমদা জ্ঞান খক্তনা শিবা ঙমগদবা থৌনা পুম্নমক্তু দরকার লৈরক্কনি হায়বসি বিদূরগী পুক্লিংদা লৈখি, মরম অদুনা, মহাক্না মখোয়দু থবক ওইনা চথরক্লবগীদমক্ থিনগাইগে নিংখি। মহাক্না হায়খি, "ও অপঙবা নিংথৌ! নহাকপু ইকায়বা হায়বদু লৈতব্রো? নঙ হৌজিক ফাওবদা সংসারগী নুংঙাইবা অসিদা অদুম্ নুংঙাইরিব্রা? নঙনা হেক শিদ্রিফাওবা অমোৎপা মরক অসিদা লুপ্তুনা লৈবনা করি কান্নগনি? ঐনা খনখি মদুদি নহাক হিরম অদুদা ফংবা য়াবা ফংব্রে, হেন্নদুম ফংব্রে। মতম হায়বসি মহু পানবা লিলনি, মহাক্না নঙবু চিক্তুনা হাৎননবা ঙাইরি। নহাক্না মদু নাম্থোকপা ঙমগনি অমসুং অমর ওইরগনি হায়না থৌনা ফনা খল্লি। চাউনিংবা থাক্তা চাউজসনু, কনা অমত্তনা মদুগী মমু অদু নাম্থোকপা ঙল্লোই। মতম খরগী ওইবা সংসার অসিদা নঙনা নুংঙাইবতা তান্নরি অমসুং করিশু লৈত্রবা ঙাইহাক্কি ওইবা অপেনবা ফংনবগীদমক নঙগী অপাম্বদু থুংহন্নবা হোৎনরি। মমল্ য়ামখ্রবা চহী কয়া নহাক্না মাঙহল্লি। নঙগী পুক্সিদু মমল লৈহল্লু। হোৎনবা অদু হৌজিকসু হৌবদা থেংমনবা ওইদ্রি। য়ুম হায়রিবা শারং অসি থাদোকউ। সংসারগী করিসু লৈত্রবা নুংঙাইবশিংসি নপুক্লিংদগী তাম্থোকখো। নহাকপু ঙাইদুনা লৈরিবা নুংঙাইবা অদু নীংশিংউ, নহাকপু তরাম্না ওক্লিবা সংসার অদুবু নীংশিংউ, খোঙচৎ অসিগী অরোইবদু নীংশিংউ। নশাবু কঞ্জৌ। মরী-মতা কায়নবগী অব্রাবা মৈচাক্না হায়বা অপঙবা ব্রাখল অদু থাদোকউ। অরোইবা মিকুপ্তা নপুক্লিংগী খ্বাইদগী ব্রাংবা থাক্তা ইবুংঙো মাগী ব্রাখলদা শিবা তমউ। খ্বাইদগী খুদোং থীরবা জঙ্গল মনুংদা নুংঙাইনা শিবনা সহর অসিগী কোনুংদা য়াম্না ব্রানা শিবদগীদি য়াম্না হেন্না ফৈ। চৎলো, চৎলো, অদুগা তপ তৌরুচো। মফম অসিদগী চৎখ্রো, য়ুম হায়রিবা বন্দি শঙ্ অসিদগী চৎখ্রো।"

## পন্দুপ্ তরেৎশুবা

# পাওতাক পীরিবা বিদুর

বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রদা য়াম্না লেম্না চৈবা, পাওতাক পীবদু মখা চপ্পরমই। "নহাক চহী অসুক য়াম্বগী থাক অসি য়ৌখ্রে; অদুম ওইনমক্, ইকায়বা অমসুং চিংনবা অমতা লৈতনা, নহাক্ হুই অমগী পুন্সি খুৎলেন লেল্লি। নঙদি মদুগীদমক ইকায়রমদবা য়াই অদুবু, ঐদি ইকায়জে। ইকায়ফম থোকপনি। নঙনা নঙগী মতম লেল্লিবা মওং অদুদি ক্বাক অমগী পুন্সিদগী হেন্না ফত্রে।"

ধৃতরাষ্ট্রদু মখা তানা অমুক খাঙবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না লাউরকখি, "ও! ওক্রে, ওক্রে তোকপিরো। নঙনা ঐবু শিনবা নৈবিরে, অৱাবা পীরে। ৱাহৈশিং অসে মচিন-মনাও অমনা অমদা হায়নগদবা ৱাঙাং নত্তে। নহাক্না ঙাওবা তারগা, নহাক ঐগী ইনাও বিদুরদু নত্রমাল্লে হায়না ফাওখি। মহাক্না ঐবু অসুক্কি মতিক মিনুংশি লৈতনা চৈরেল্লোই। মরমদি, ঐনা হৌজিক্ লৈমিন্নরিবা ধর্ম্মরাজ অসি মীতোপ্পা? খঙনদবা মীতোপ্ অমগী ময়ুমদা ঐনা চংজফম লৌখিব্রা? নঙনা হায়রিবসে করিনো? অকনবা ৱাহৈশিং শিজিন্নরিবসিনা করিগীনো? ধর্ম্মরাজনা ঐবু য়াম্না চেকশিন্না অমসুং নুংশিনা য়োকপিরি; নঙনা ঐবু করম্না হুই অমগী নত্রগা ক্বাক্কি পুন্সি লেল্লি হায়বা ঙল্লিবনো? মসিগুম্বা ৱাখলশিং খল্লবদি মদু পাপনি। মসি ঐগী লাইবক্কনি, অতৈ করি অমতনা নত্তে।" ধৃতরাষ্ট্রনা মকোক্ লুকথখি অমসুং তেংথাখি।

বিদুরনা মদু উবদা য়াম্না করেম্নবগী মওংদা নোকখি। মহাক্না হায়খি, "নঙনা অসুম্না অমুক্ ঙাওলক্লিবসিবু ইকায়বগী ৱাখলগা অমতা লৈত্রবরা? ধর্ম্মরাজনা, মহাক্না পুকচেল ফবা মী অমা ওইবদগী মপাদগী হেন্না লুনা তৌরম্বা য়াই। মহাক্না নঙবু নঙগী নচাশিংগী নুংশিবদগী হেন্না নুংশিনা য়েংশিনবিরম্বা য়াই। মসিদি মহাক অসি করম্বা মখলগী লমচৎ চৎপা মীনো হায়বদুগী ফলনি। মদুদি মহাক্কি মমিংগী অর্থ শন্দোক্না তাক্কপগী ৱাফমতনি। অদুবু, নঙ নশাগী তুংগী পুন্সিগী থৌরাং অমতা তৌররোইদ্রা? নখোঙ নাম্মনা হান্নমা মোংফমদা

থাংজিনখ্রে অদুগা নঙনা করি অমতা খন্দনা অকে অমৌ মরক্তা ওন-থোইদুনা নুংঙাইনা নবুক থন্না চারি।

নঙগী ওক্তুবা নচাশিংগী ফত্রবা অনিংবশিং থুংহন্নবা, করম্না ধর্ম্মরাজ অমসুং মনাওশিংবু কয়াম ওৎ-নৈখিবা, মখোয় পুরা তুম্না মাঙহন্নবা করম্না নহাক্না লাল্লোং কয়া পুথোকখিবা, পুম্নমক অদু মিকুপ অমতং খল্লু। নহাক্না মখোয় অদু চানা শাবা য়ুম অমদা থমখি অমসুং মদুদা মৈ থাখি; নহাক্না মখোয়বু হু পিজনবা হোৎনখি। মী য়াম্না তিনস্নবা সভা মমাংদা মখোয়গী মহারানি অদু য়াম্না তমথিবা মওংদা ইকায়বা পীখি। নঙ অমসুং নঙগী হিংচা-য়াইতম্বা নচাশিং অদুনা নঙগী হেক পোকমিন্নবা ননাও পান্দুগী মচাশিংদা অৱাবা মপৈ অমগী মথক্তা মপৈ অমমুক্ হাপচিনখি। নমিৎসু তাঙলবা, অহল ওইরকপগী নপাঙ্গলসু য়াওদ্রবা, মায়থাবা, ইকায়বা খঙদ্রবা, নহাক্না সিংহাসন মথক্তা ফমখি, ননাক্তা লৈরিবশিংদুদা মতমচুপ্পদা হংদুনতা লৈখি - "হৌজিক করি থোক্লি? হৌজিক করি থোক্লি?" মহাক্কি মাঙ তাক্লবা থবক্তা তৌখিবশিংদু নপুক্লিংদা নীংশিংলগা করম্না নহাক্না মফম অসিদা ধর্ম্মরাজগী পুকচেল চাউবগী, মীচং-মীথোক ফবগী খুদোংচাবদু ফংদুনা লৈবা ঙম্লিবনো? নহাক্না মখোয়গী মাঙ-তাক্লবা তৌখিবা মতমদা মখোয় নহাক্কি ননাওগী মচাশিং ওইখিদবরা? নত্রগা নঙনা মখোয়গীদা লৈনবগীদমক্ লাক্লবা মতমদতা নচাশিংনি হায়বা মরীদু থোরকপরা? নহাক্না ইকায়বগী ৱাখল শম্না অমা ফাওবা খঙদনা মখোয়না নঙবু নীংথিনা তৌবি হায়না চাউথোক্না হায়রি!

করিগী ৱা অসুক য়াম্না ঙাঙনগদৌরিবনো? য়াম্না তমথিরবা, মাঙ-তাক্লিংঙাই ওইরবা চৌবরগী মশান্না অদু নঙনা হৌদোকখিবনি, নত্রা? নঙ নত্তে হায়রিব্রা? নত্তে। খুৎশান্না অদুদা ঐসু য়েংখ্রিবনি। মতম অদুদা মদু তৌগনু হায়না ঐনা পাওতাক পিখি; মদু নঙনা য়াখিবরা? হৌজিক নঙনা নুংশিবা প্রেম ননিংতম্না হৈথরিবদু মতম অদুদদি কৈদৌহৌই? ঙসিদি, পান্দবশিংনা নমাংদা থম্বা চিঞ্জাক অদু হুইদৌনা পুময়োৎ য়োৎলি অদুগা য়াম্না তুক্কচনিংঙাই ওইবা পুক্নি খুৎলেন অসি লেপ্লি।"

নুঙথংনা থাবগুম চৈনাখোল পীরবা বিদুরগী ৱাহৈশিং অসি তাবদা ধৃতরাষ্ট্রাদু মাগী পুক্নি খুৎলেন অদু পাল্লক্তবগী ৱাখল অমা ফাওরকখি। বিদুরগী

অনীংবসু মহাকপু মুণি অমগী পুন্সি খুৎলেন্দা পুশিনবা, অমসুং সাধনা তৌবগী পুন্সিদা পুশিনবনি, মদুদা য়াম্মমক থেংমন্দ্রিবঙৈদা মশা-আত্মা মশক খঙজনবনি। মমৈথংদদি, বিদুরনা ঙাঙলিবসি অচুম্বনি হায়বসি মহাক ফাওরকখি অমসুং মহাক্কি য়াম্মা নেম্বা থাক্তা লেপ্লিবা পুন্সি খুৎলেন অদুগী চপচাবা ৱাফমদু হায়রিবনি হায়বসি ভাব তারকখি। মহাক্না হায়রকখি, "ইনাও! চুপ্লে; নহাক্না হায়খিবা পুম্নমক্তু অচুম্বা ঙাক্তনি, ঐ য়ারে। মদু ঐহাক হৌজিক্তা ভাব তারক্লে। অদুবু, ঐনা করি তৌবা তাবগে? ঐদি ইমিৎ তাঙবনি, মরম অদুনা সাধনাগীদমক্তা জঙ্গলদা চৎপদি ঙম্লোই। ঐগী লোয়নবা অমা লৈগদবনি। ঐনা করি তৌগনি? ঐনা চানবা ফংদ্রগা অৱাবা তাগনি হায়বগী কিবগীদমক্ গন্ধারিনা ঐবু মীকুপ অমা ফাওবা থাদোক্তে।

মহাক্কি ৱাখল অমসুং মিৎয়েংদা খর হোংদোকপ্লে হায়বসি বিদুরনা উখিরমই। মহাক্কি অহানবগী পাওতাক অদু খর হেন্না শাফু পিশিল্লমই। মহাক্না হায়খি, " নহাক্না মমিৎ তাংবা ওইরক্লিবসে মসিগী মরুওইবা মরমদি নঙগী হকচাংদা য়াম্না পামশিনবা লৈবা অসিননি। মদুনা নহাক কয়া কুইনা অরুম্বা পোৎলুম্ ওইহনগদৌরিবনো? নোংমদি মফম অমদা, মসি লম্বীগী নাকলদা থাদরম্বা তাবনি। খঙজিল্লু, মদুদি 'নঙ' হায়রিবসি মসিগী হকচাং অসিবু নত্তে, মসিগী ওনিংবনা থল্লবা পোৎ ময়াম অমগী অপুনবা অসিবু নত্তে। নহাক নশাবু হকচাংগী কয়াৎশিং অসিনি হায়না লৌরবদি মদু খ্বাইদগী হেন্না অপঙবনি। হকচাং অসিদি মতম চুপ্পদা অশিবা হায়বা লাই অদুনা মাগী সিপাই ওইরিবা লায়না ময়াম অদুগা লোয়ননা খুদুম চনশিন্দুনতা লৈ। অদুবু, নহাক্তি মদু খঙদ্রি; মদুগী অফ-ফত্তগী মরমদা নহাক্তি করিসু যৌশাদ্রি; নবুক থল্লগা তুপ্লি অমসুং নাখোক্লি। মসিগী দ্রামা অসি অরোইবা অমা লৈ, নীংশিঙউ। ফিজং অদু চিংথরকপা তাবনি। মরম অদুনা, অমুক থেংথবা তৌদনা অশেংবা মফম অমদা লোৎলু অমসুং ঈশ্বরদা ধ্যান তৌ অদুগা নশা অদু কঞ্জৌ। মফম অদুদা অশিবদু লাকচশনু অদুগা নঙগী হকচাং অদু পুজখিসনু; মদু খ্বাইদগী পুমথোই থোইরবা পোলোই অদুনি। মফম অমদা উপায় অমনা হুই অমদৌনা নত্রগা লমহুই অমদৌনা শিগনু, হৌগৎলো অমসুং চৎলো; অপাম্বা থাদোকপা হৌরো। মসিগী মায়া অসি থাদোক্লো, য়ুম অসিদগী নাম্থোকস্ৰো।"

অসুম্না মাগী থম্মোয়দা থাদোকপগী মরু অদু থাখি। ধৃতরাষ্ট্রনা কুইনা খনখি অমসুং কপথোরকখি। মচিনবান অনীমক্ নিকখি। মহাক্না মখুৎ অদু বিদুর থেংননবা নাকল অনীমক্তা মারকখি। মমৈথংদা মাগী মখুৎ পায়খি অমসুং হায়রকখি, "বিদুর! মসিগী খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা পাওতাক, শোয়দনমক্কি ঐগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নরগদবা পাওতাক অসি পীরিবা নঙোন্দা ঐনা করি অমুক হায়গনি? নহাক্না চহী অঙাং ওইরবসু, নহাক্কি জ্ঞান অদুনা ঐখোয় পুম্নমক্কগী নহাক্না অহল ওইহল্লে। ঐহাক অসে নহাক্কি পরিবারগী মপান্দা লৈবা অতোপ্পনি হায়না খনগনু। খাঙবা কনবগা লোয়নননা ঐনা ঙাঙলিবসি তাও। ঐহাক শোয়দনমক নহাক্কি পাওতাক ইনগনি।" অদুদগীদি মহাক্না মাগী ফিভম অদু মনাওদা শন্দোক্না হায়বা হৌরকখি।

"বিদুর", মহাক্না হৌরকখি, "ইচা অমনা লুনা তৌবদগী হেন্না চেকশিন্না য়েংশিনবিরিবা ধর্ম্মরাজদা পাও পিরমদনা ঐনা কমদৌনা মফম অসি থাদোক্কুনা চংকদৌরিবনো? অদুম্না তৌবদু মরমচাবা ওইরোই। অদু ওইরবদি, মহাক ঐখোয়গী তুং ইল্লক্কে হায়রক্কনি; মাগী হৌনশাদি মদুনি। মসিগী নুঙ অনীগী মরক্তা লৈরিবা ম্রাখল অসিদগী নহাক্না কনগদবনি। ঐনা সাধনা তৌজবা য়াবা মফম অমদা ঐবু পুরো।"

মহাক্না অসুম্না হায়জরবা মতমদা, বিদুরনা খুমখি, "নঙগী ম্রাহৈশিংদু তাবদা ঙকই। নহাক্না জঙ্গলদা অচৌ-অশাংগী কংলবা চিঞ্জাক চানবা চংকদৌরিবা নত্তে, হরাও-কুম্মৈ, উৎসব-মেলা য়েংবা চংকদবা নত্তে নত্রগা দৃশ্যগী ফজবদু য়েংবা চংকদবা নত্তে। অপাম্বা হায়বদু পুরা লৈত্রবগী ম্রাখলদা পুম্নমক লোয়না থাদোক্লবনি। নহাক য়াম্না চাকহেন-ঙাহেন কন্না আধ্যাত্মিক্কি নিয়ম ঙাক্না চংপা পুন্সি খুৎলেন অমা লৌরবনি। অদুগা, ম্রাফম অদুগী মরক্তা, মরী মতাদগী কায়নবগী য়াথং লৌবগী ম্রাফমসু পল্লি। মদু নাতৈ চাদবা ম্রানি। ইবুংঙো মহাকপু ফংনবা থিবদা নঙগী হকচাং অদু থাদোক্লম্লগে হায়না নশানা লেপচরে, অদুগা, হকচাং অদুগী পাম্বৈতনা মরী লৈনবা মীদগী করম্না অয়াবা লৌগদগে হায়না খল্লি। অসিগুম্বা মরীশিং অসিনা সাধনাদা মতেং অমতা পাংলোই। মখোয়না নঙবু নীংতমহনবা শুকঙম ঙমলোই। মখোয় অদু পুল্লপ্ পুনশল্লো অদুগা লাক্কুনা লংথোকখ্রো। নঙনা শেংলিবা ফি অদু খক্তগা য়ুম অসিদগী থোকখ্রো। নঙগী পুন্সিগী মিকুপ্ অমা ফাওবা মাঙহল্লগনু।"

অসুম্না, বিদুরনা মঙোন্দা মিনুংশি অমতা উত্তনা পাওতাক্ পীখিরমই; মাগী ঈশৈগী খোঞ্জেলগী চাং অদু হোংবা লৈখিদে; খুদক্তা থাদোকপগী কান্নবা অদুদা মহাক্না শাফু পীখিরমই। ধৃতরাষ্ট্রনা পুক্নিং য়াম্না চঙনা তাদুনা মাগী ফমুং মথক্তা লৈরমই অমসুং মথংগী খোঙথাংগী মরমদা খল্লমই। মহাক্না হায়খি, "বিদুর, নঙনা হায়রিবদু তশেংনা চুম্লবনি। ঐগী অখন্নবা খুদোং থীবশিংসি নঙোন্দা অমুক্ শন্দোক্না হায়রুবগী দরকার ওইদ্রে। মসিগী হকচাং অসি পাঙ্গল য়াওদ্রে; মিৎশিং অসিসু উদ্রে। ঐগী চৎকদৌরিবা খোঙথাংশিং অসি লমজিংবিনবা কনাগুম্বা অমদি দরকার ওই, নত্রনে? নহাক্নি নতৈমসু মশানা মমিৎ অসি বেন্দেজ তৌশিন্দুনা ঐদৌনা মমিৎ তাঙহঞ্জরে, মদু ঐগী খুদোংচাদবসি শরুক্ক য়ামিন্ননবা অমসুং অৱাবা খাঙমিন্ননবনি। ঐখোয় মিৎতাংবা অনীনা কমদৌনা জঙ্গলদা কোইচৎ চৎকদৌরিবনো। ঐখোয়গী পুন্সি পুম্নমকসি অতোপ্পগী মীপাল তাংবা তাবনি।

বিদুরনা অহল অদুগী মমিত্তগী পিরাংনা খজাই মথক্তা চেম্বরকপদু উখি; মহাক্নি ফিভম অদুদা মিনুংশি ফাওখি, অদুবু, মাগী মিনুংশি লৈ হায়বসি মহাক্না খক ফোঙদোকখিদে। মহাক্না অচেৎপা থাজবা ৱাফমগা লোয়ননা হায়খি, "ফরে, ঐনা নখোয়বু জঙ্গলদা পুনবগী থৌরাং তৌদুনা লৈরে; ঐহাক থৌরাং লোয়রে। মসিগী শেংলবা থবক অসিগীমক্, নখোয়বু মফম অসিদগী থাদোকপা অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অতে করি অমুক্ লৈখিগনি? লাকও, হৌগৎলো. চৎলসি।" বিদুর হৌগৎখি। ধৃতরাষ্ট্রসু ফমুংদগী হৌগৎখি অমসুং লৈবাক্তা লেপখি। গান্ধারীসু মনাক্তা লেপখি, মখুৎ নামনা মাগী মরেংবান্দা থমখি। মহাক্না হায়জরকখি, "ইবুংঙো, ঐসু নঙগী ননাক্তা লাকচরি, ওইনিংবা অমা ওইরকপদা য়াজরবনি।"

অদুবু, ধৃতরাষ্ট্রনা হায়খি, "ও! জঙ্গলদা নুপী ঙাকশেনবা হায়বসি য়াম্না অৱাবা থবক্নি। মফম অদু লমলক্নি শানা মরাং কায়না লৈবা মফম্নি অমসুং মফম অদুগী পুন্সিদু অৱাৎ অপা খক্তনা থল্লগদবনি।" হিরম অসোমদা মহাক্না মতম শাংনা ঙাঙখি। অদুবু, গন্ধারিনা য়েৎখি মদুদি মহাক্না মাগী মবুংঙোবু থাদোকপা ঙমজরোই, মবুংঙোনা অৱাৎ অপাগী খাঙবা ঙম্বদুমুক্ মহাকসু খাঙজগনি, মহাক্না হেক শিদ্রিফাওবা মবুংঙোগী শেবা তৌবা হায়বসি মাগী মথৌনি, মহাক্না চত্থজরিবা মওংসি ভারতকি নুপী ওইবীশিংগী মরক্তা মণিগুম্লবা নুপীশিং

অদুনা থম্বিরম্বী চৎনবী অদুখক্তং ইঙ্গবতনি, মহাক্কী ধর্ম্ম তৌজবদা থিংবিবা হায়বসি ধর্ম্ম নত্তে, নাইতোম কা অদুদা মহাক য়াওব্রবা পুন্সি অদু মাগীদমক্তদি খাঙবা ঙম্লরোইদবা পুন্সিনি, মদুগী মহুত্তা মবুংঙোগা লোয়ননা জঙ্গলগী পুন্সিদা লেনবদুনা হেন্না পামজগনি অমসুং মহাক্না লোয়ননা চৎমিন্ননবা য়াথং অদু নিজরকখি।

ধৃতরাষ্ট্রদু তুমিন্না লৈরমই; মহাক করি হায়গদগে খঙলমদে। মদুদা বিদুরনা ঙাঙলকখি। হৌজিক অফ-ফত্তশিংদু নৈনবগী মতম নত্তে; নঙগী ননাক্তগী মিকুপ অমা ফাওবা চখোকখিদ্রবা নুপী অসিনা করম্না খুদক্তা নঙবু থাদোকপা ঙমগনি অমসুং মথন্তা লৈবা ঙমগনি? মদু অচুম্বা মওং ওইরোই। মহাকসু লাকচসনু; ঐখোয়না মাবু পুগনি। অরা-নুংঙাইবা থিদ্রবা পুন্সি খুৎলেন অমগীদমক্ মাঙলোমদা খোঙ থাংজিল্লক্লিবশিং অদুগীদমক্তদি অকিবা নত্রগা মায়া, অরাম্বা নত্রগা খৌরাংবা, অরাবা রাখল অমত্তা লৈরোইদবনি। মসিগী ময়াম অসিগী মরমদা থেংননিংদবা নত্রগা খল্লুবা অসিমক্ নুংঙাইবা থাদোক্লবা পুন্সি খুৎলেন অদু নত্তে। হকচাং অসিমক ঐগী নত্রে হায়রবা মতমদা অরাৎ-অপাশিং অসিনা করি তৌগদৌরিবা? লাকও, থেংথনবগী অচুম্বা মরম অমতা লৈতে।” বিদুরনা ধৃতরাষ্ট্রবু লুচিংদুনা মাঙলোমদা চৎখি, গন্ধারীনা তুমিন্না মখুৎ নামনা মাগী মরেংবান্দা থাঙ্গৎলগা তুং ইনখি। ঈশ্বরতবু নীংজরবা বিদুরনা মতৈ-মনাওদুবু নাকলগী লম্বীদা গার্দশিং অমসুং প্রজাশিং অমতা খঙহন্দনা পুথোকখি অমসুং সহরগী রাংমদা য়ৌখি। মহাক্না মখোয়দুবু নোংঙান্দ্রিঙৈদা জঙ্গল অদু য়ৌহৌনবা থুনা য়াংনা পুখি। অদুবু, গঙ্গা তুরেল অদু হি অমদা লানবা তাখি অদুগা নুমিৎ থোক্লিঙৈদা মখোয়বু তুরেল অদু লাম্থোকপিনবা কনা অমতা লৈরমদে। অদুনা, তাঞ্জা য়াদবনিনা মখোয় শেংলবা তুরেল অদুগী মপান্দা ঙাইবা তারমই। বিদুরনা মখোয় অদুবু মোংশোং অমগী মনুংদা ঙাইহাক্তং পোত্থাহল্লমই অদুগা মশামক্না মখোয় অদুবু তুরেলগী নাকল অসোমদা লানখিনবা হি অমা থৌরাং তৌরমই।

## পন্দুপ্ নিপালশুবা

# পুকচেল হোংল্লবা ধৃতরাষ্ট্র

ধৃতরাষ্ট্র অমসুং গন্ধারীনা বিদুরগা লোয়নননা জঙ্গল অদু য়ৌখ্রে। বিদুরনা মখোয়না লাইনিং লাইশোল তৌবা য়াবা মফম অমা থিখি। মহাক্লসু মখোয়দা মশাগী আত্মা মশক খঙনবগী থিনবা খ্বাইদগী ফরবা উপাইশিং অদুগী মরমদা পাওতাক্ পীখি। মখোয়না অশেংবা শঙ্গ অমসুং অশেংবা ৱাখলশিং খন্দুনা মতম লেনখি।

মরক অসিদনা হস্তিনাপুরদা নুমিৎ হেক থোরকপগা ধর্ম্মরাজ হৌগৎখি, অয়ুক্কি হৌনবী পুম্নমক লোয়শিনখি অমসুং ইমুংগী ধুপ্ থাংমৈ থাগত্তুনা হৌনবি পুজা পাঙথোকখি। মাগী নোংমগী তৌফম থোকপা চাক্লি-ফিনিবশিংদা দান পীখি। অদুদগী মহাক্লা মপাগগা পোকমিন্নবা মখুরা ধৃতরাষ্ট্রগী কোনুং তম্না মখোঙনা চৎখি, মদু মাগী নোংমগী তৌদবা য়াদবা থবক্কি, মরমদি মহাক্লা কৈদৌনুংদসু মাগী নোংমগী তৌগদবা থবক থৌরমশিংদু মখুরাগী খুয়াগী উফুল মকোক্তা হাপ্তুনা খক হৌখিদে। নিংথৌগা মহারানীগা মখোয়গী কাদা লৈরমদ্রে। অদুনা, মহাক্লা মখোয় হল্লকখিগনি হায়বগী আশাদা মতম ঙাইহাক্তং ঙাইখিরমই, য়াম্না লাঙতক্লনা ঙাইরিঙৈ মনুংদসু মফম পুম্নমক্তা কোইথি-থিরমই। অদুম ওইনমক মহাক্লা খঙখিরমই মদুদি ফমুংশিং অদু তুম্নখিদ্রে, মোনশিংদু শিজিন্নখিবগী খুদম লৈরমদে, কা মনুংগী পোৎ-চৈ খরদু করি অমত্তা ফিভম চুমদবা মওং লৈতে। কা অদু তুম্নরবা মতুংদা অমুক শেমজিনবরা হায়না, মহাক্লা ঙাইহাক অমুক চিংনরুই অদুবু নত্তে, মখোয় য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিরম্বা তারে হায়না অকিবা ৱাখল মঙোন্দা ফাওরক্লে; অদুনা মহাক্লা থুনমক্ বিদুরগী কাদা মহাকসু চেনখ্রবরা হায়বদু য়েংনবা চৎখি; মাগী ফমুংদু করি অমতা শিজিন্নরমদ্রে।

মনায়শিং অদুনা পাও পিরকখি মদুদি মুণি অদু নিংথৌ অমসুং মহারানীগী কাদগী হল্লকখিদে। মসি হেক তাবমক্তদা ধর্ম্মরাজদু মথৱাই য়াম্না ৱাখি। মহাক্লা অমুক হন্না কোনুং তম্না চৎখি অমসুং কা খুদিংমক্তা য়াম্না চেকশিন্না থিখি অমসুং মহাক্লা খ্বাইদগী কিখিবা ৱাফমদু অচুম্বা ওইখি। নিঙবা কায়বনা মখোঙ-মখুৎ অনীমক নিকখি; মরৈদু খ্রক-খ্রক কংশিল্লকখি; মচিন্দগী ৱা অমতা থোরকপা

ঙমখিদ্রে। পুন্সি লোয়শিনগ্রবগুম মহাক লৈমায়থক্তা তুখি। খর ফরক্লবা মতমদা মখোল অদু মরোল লৌবা ঙমখিদে। মহাক্লা অমুক্তগী হেন্না বিদুরবু কৌখি অমসুং মাগী অকোয়বদা লৈরিবা ওফিসারশিং অদুনা মাগী পুন্সি করি ওইরক্কদগে হায়বগী মরমদা কিনখি। মীপুম খুদিংমক শোয়দনা শিরগনি হায়বগী ব্রাখলদা মাগী মনাক্তা "করি তৌরবগে," "করি তৌরবগে," হংনদুনা চেনশিন্নখি। মখোয় কোয়না লেপখি, মবুংঙোদগী য়াথং ঙাইজখি।

মতম অদুমক্তদা, ইখঙ-খঙহৌদনা সনজয় মুণি মফম অদুদা লাকখি। ধর্ম্মরাজনা হৌগৎলকখি অমসুং মখুৎ অনীমক্ পায়শিনখি অমসুং হায়খি, "ঐগী ইপা-ইমা চৎখ্রে; অব্রাবনি, মখোয়গী কাদু হাঙলম্বদু ঐনা থেংনখি। করিগী মখোয়না অসুম্না তৌখিবরা? মখোয়না নঙোন্দা করি-করি হায়রম্বগে, ঐঙোন্দা হায়য়ু। মখোয় কদায়দা চৎখ্রবগে হায়বসি ঐনা খঙলবদি ঐনা মখোঙশোক্লা খুরুমজবা ঙমগনি অদুগা ঐনা শোয়খিবা পুম্নমক্ অদুগী মরাল ঙাকপিনবা হায়জগনি। সনজয়, মখোয় কদায়দা চৎখিবগে থুনা হায়য়ু।" মহাকসু মখোয় কদায়দা লৈরমগদগে হায়বসিগী মরমদা করি অমত্তা খঙলমদে। মহাক্লা অমতংদি খঙখি মদুদি হায়রিবা থবক অসিদা বিদুর শোয়দনা য়াওরমগনি। মহাকসু মমিত্তগী মপি শিন্থখি, অমসুং ধর্ম্মরাজগী মখুৎ পায়শিল্লদুনা মশাদু পেহৌ-পেহৌ তৌদুনা হায়রকখি, "ইবুংঙো, পুম্নমক্কি মপু, ঐবু থাজবিয়ু, ঐহাক অচুম্বদুতা ঙাঙজরিবনি। থাঙ্গৈশেংববুদি, ধৃতরাষ্ট্রনা অপিক-অপিকপা থবকশিং ফাওবদা ঐবু তান্নখিবনি অমসুং ঐগী মোত হংখিবনি; অদুবু, মসিগী থবক অসিদদি মহাক্লা ঐগা খন্নদনা তৌখ্রে নত্রগা পাও ফাওবা পীরমখিদ্রে। মাগী থবক মওং অসিদা ঐহাক ঙকই। ঐহাক মাগা য়াম্না নকপ্রবসু মাগী খোঙচৎ অসিদদি ঐহাক শম্না অমা ফাওবা খঙখিদ্রে। মহাক অসুম্না করিগী তৌগদৌরিবনো হায়বসিদসু ঐহাক ভাবনা করি অমতা শাবসু ঙমদে। মহাক্লা ঐবু অসুম্না নমথাক তৌরমগনি হায়বসি করিগুম্বদা ঐহাক মঙদা ফাওবা মঙখিদে। মহাক্লা ঐঙোন্দা ব্যবহার খর তৌবিখি অমসুং থাজবা খর থম্বিখি। অদুবু মহাক্লা ঐঙোন্দা ওইদবা খর-শাম্নখ্রে। মসি ঐগী লাইবক ফত্তবনি হায়বসিখক্তং ঐনা হায়বা ঙমই," সনজয়না অঙাংমচা অমগুম কপ্পা হৌরকখি।

ধর্ম্মরাজনা মহাকপু থেমজিনখি, অদুগা হায়খি মদুদি থৌদোক অদু মাগী পাপকি ফলননি অমসুং সনজয়গীনা নত্তে। "ঐখোয়গী লাইবক কয়াম ফত্ত্রবগে হায়বদু মসিদগী ওনবা য়ারে। ঐখোয়না য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা, ঐখোয়গী ইপানা ঐখোয়বু হুন্দোকপিরম্লবনি; ঐখোয়বু অদুগুম্বানৌরিঙৈ মতমদগী মসিগী ইপল অসিনা য়োকপিরকখিবনি। ঐখোয়না মহাকপু ইপাওইনা অমদি ইপল ওইনা ব্যবহার তৌজরক্লিবনি অমসুং য়োকচরক্লিবনি। খঙদবদগী ঐনা অরানবা খর তৌরম্লগনি, খঙনদি ঐহাক অসিগুম্বা অরানবা থবক অমত্তা তৌবা ঙম্লোই। ইপল অমসুং ইমাহল অনীমক্ মখোয়গী মচা চামা মাঙখিবগী অৱাবা মৈচাক্লা প্রোক-প্রোক চাক্লিবনি। ঐনা মখোয়দা শান্তি খরদং পীনিংখি, অদুনা ঐ ইশামক অমসুং ইনাও মরিমক্ য়াম্না থৱাই হকচাং য়াওনা সেবা তৌরক্লিবনি, মদু মখোয়গী তমথিরবা অমাঙবদুগী মরমদা নীংশিংদনবনি। মখোয়বু সেবা তৌবদা শম্না অমগী অহোবা লৈত্তনবা ঐখোয়না চেকশিনখি। ঐখোয়গী ব্যবহারদা অমসুং নুংশিবা প্রেমদা করি অমতা হন্থবা লৈখিদে। মখোয়না মফম অসি থাদোক্লম্লিবসি অৱাবগী মশক্লি। কয়াদা অৱাবগী মশক্লো, কয়াদা তমথিপ্রবা শাফুনো!" ধর্ম্মরাজনা তেংথাখি।

"ঐগী ইপল অমসুং ইমাহল অনীমক অহল ওইরবনি অমসুং শোল্লবনি; অসিদসু নত্তনা মখোয় মমিৎ তাঙলবনি। মখোয়না মফম অসি কমদৌনা থাদোক্লবা হোৎনম্লিবনো হায়বসিদা ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে। হৌজিক মখোয় কয়াদা অৱাবা তারম্লগবা! মনায়-অমা ফাওবা মখোয়গা লোয়নখিদে। ঐগী ইনাই-ইশল অসুক য়াম্না লৈরিবসিনা করিবু কান্নগদৌরিবা? মাদুন-মাদুনা চৎপদা হৌজিক্তি মখোয় গঙ্গা তুরেলদবু তাখিরম্বা য়ারে। ও! ঐহাকসি কয়াদা লাইবক থীম্লবনো! ঐনা মখোয়বু থম্মোয়গী লন্ ওইনা য়োকচরকখিবনি অদুগা মমৈথংদা, অসিগুম্বা য়াম্না অৱাবগী মশক ওইরবা মরায়বক অসিদা তাহনম্রে।" ধর্ম্মরাজনা মথবাক্তা খুদুম্না শুদুনা মাগী য়াম্না অৱাবশিংদু ফোঙদোকখি।

মনাওশিং অদুনা ময়াম্বগী তেংথাবদু তারমই অমসুং য়াম্না থুনা কপলিবা ধর্ম্মরাজগী মনাক্তা লাকখিরমই। মমা-কুন্তী য়াম্না লাংতক্লনা মচাগী অৱাবা অদুগী মরম হংখিরমই। মহাক্লা মখোয়গী কা অদুদা মূনা য়েংখিরমই অমসুং গন্ধারী অমসুং মতৈ অনিমক্ ফংদ্রবদুদা মহাক্লা সনজয়দা করি তৌপ্রবগে হায়না হংখিরমই। সনজয়না পাওখুম পীবা ঙমখিদে; মহাকসু মপিখক্তা শিন্থখি। "মখোয়গী য়াম্না অহল ওইরবা ফিভমসিদা অমদি উপায় লৈত্রবা ফিভম অসিদা মখোয়

কন্দায়দা চংখ্রবনো? ঐঙোন্দা অমুক্তা হায়য়ু," মহাক্না লাওরকখি; অদুবু কনা অমত্তনা পাওখুম্ পীবা ঙমখিদে। তাঞ্জা অসিদা ধর্ম্মরাজনা মনাওশিংদু মাগী মনাক্তা কৌশিনখি অদুগা ইঙ্গিৎ খর পীখি, মদু মনাওশিং অদুনা নীংথিনা চুম্না খঙবা ঙমখিদে। অদুদগী মথৌনা পুম্নমক খোমজিল্লগা লৈমায়দগী হৌগৎলকখি। নুমিৎ হেক থোরকপদগী থোকখ্রিবা থৌদোক পুম্নমক্তু লীননবা হোংনখি; মহাক্না ভিমদা মায়কৈ মরিদা লাল্মি থাদুনা থিননবা হায়খি অমসুং মমিৎ উদ্রবনিনা য়াম্না থুনা চংপসু ঙম্লম্মোই, অদুনা য়াম্না থাপ্না চংলমখিরোই; মখোয় তপ্না মাদুনা চংলমগনি হায়খি।

ভিম, নকুল অমসুং সহদেবনা ময়াম্বগী হুকুম ইনখি অমসুং মায়কৈ পুম্নমক্তা সিপাই থাখিরমই। মখোয়না লম্বী পুম্নমক্তা, লৈরক পুম্নমক্তা অউপ্লা উনা লোংথোক্তুনা থিখি, গুহাশিংদা য়েংশিনখি, পুখ্রি, পাৎনচিংবা মফম পুম্নমক্তা থিখি, অদুবু মমিৎ উদ্রবা মপু মনায় অনীদুগী শম্না অমত্তগী লংলা-লংজিল ফংখিদ্রে। মখোয় গঙ্গা তুবেলদা তাখিরম্বা তারে হায়না থাজরদুনা অহৈবশিং কৌরুদুনা য়াম্না থুনা তুরেল মপালশিংদা থিহনখি অমসুং ঈশিং মনুংদা লুপহন্দুনা মখোয়গী মরায়বক করি ওইরিগদগে খঙনবা হোৎনখি। মখোয়না হোৎনরিবা পুম্নমক্তু অরেম্বা তাখি। অদুনা, পান্দব মচিন-মনাওশিংদু অদুগুম্বা অকিবগী মশক ওইববা মরায়বক অদুদগী নিংথৌ অমসুং মহারানীদু কনবা ঙমখিদবা অদুগী অরাবগী ঈপাক্তা লুপখি।

তাঞ্জা অসিদদি, ধৃতরাষ্ট্র অমসুং গন্ধারী অনীদি মপুক্লিং নিংথিনা খুদুম চন্দুনা, ফিভম চুম্না ফমদুনা য়াম্না নুংঙাইনা ঈশ্বরতবু নিংজদুনা লৈখিরমই। অসুম্না মখোয়না ঈশ্বরগী ৱাখলদা পুংলুপ লুপ্তুনা লৈরিঙৈদা অমসুং খ্বাইদগী নুংঙাইরবা থাক্তা লুপ্তুনা লৈরিঙৈদা চাউরবা জঙ্গলগী তমথিরবা মৈজাও মৈ অমনা মায়কৈ অদোমদা হুমজিল্লকখি, অদুনা মখোয় অনীবুসু চাকথেকখি।

বিদুরদি মাগী হকচাং অসি শেংলবা প্রভাসক্ষেত্রগী ময়ায়দা থাদোক্লিংবগী অচৌবা অপাম্বা অমা লৈখি, অদুনা মহাক্তি মৈ অদুদগী নাম্থোকখি অমসুং মাগী থম্মোয়দু মপু মনায় অনীগী হায়নিংঙাই লৈতনা ফম্লবা মরায়বক অদুদা নুংঙাইখিবনা মশাদু পিক থনখি, মহাক অশেংবা খোঙচৎ অদু মখা অদুম চখিবনা মানা মাঙজৌননা খনজখিবা, সংসার অসিদগী থোকখিগদবা মফম অদু য়ৌখি। মফম অদুদা মহাক্না মাগী মচাক মঙানা শাখিবা, ঙাইহাক্তি ওইবা হকচাং অদু থাদোকখি।

## পন্দুপ্ মাপলশুবা

# কৃষ্ণ কাখৎখিবা

ধর্ম্মরাজদু মাগী মপল্ ধৃতরাষ্ট্র অমসুং মমাহল গন্ধারী অনী চৎখিবগী অৱাবগী ঈপাক্তা তারিৰৈঁদা খুজিল মখাদা য়েত্তুম্ য়ৈশিনবগুম খাণ্ডণ্ডমদ্রবা অৱাবা চৈথেং অমমুক্ নঙখিরমই। মহাক্না হেক য়েংখিবা মায়কৈ পুম্নমক্তা মাগী লৈবাক মনুংদা ফত্তবা খুদম শাক্কিনাশিং উবা হৌরকখি। মাগী অকোয়বদা তৌরিবা থবক খুদিংমক্তা ওইদবা, মিনুংশি লৈতবা অমসুং অরানবা কয়া য়াওশিল্লকপা থেংনখি। খোঙথাং খুদিংমক্তা অসিগুম্বা ঙাক্তা থেংনখি অমসুং মাগী মিৎয়েং অদু চমম্নহনখি।

মসিগী ফল ওইনা, ৱাহৈনা ফোংঙমদ্রবা য়াম্না শাথিনা অৱাবা ৱাখল অমা মশাদা ইনৌ-নৌনা ফাওরকখি। অকি-তুজুংবনা মমায় অদু তাইফেৎ তাইরমই। তত্তনা মাগী ৱাখলদু লাঙবা অমসুং চরাংনবা, মিপাইবা ফাওখি। মসি উরদুনা অমসুং মখোয় মশাসু ৱাখল চরাংনরদুনা মনাওশিং-ভিম, নকুল অমসুং সহদেব-না খ্বাইগী ময়াম্বা অহলগী মনাক্তা চংশিনখি অমসুং মসিগী অঙকপা অৱাবা অসি করি মরমদগীনো হায়বদু খঙনিংলিবা ৱাখলদু ফোংদোকচখি। মখোয়না মমাংদা মখুৎ লোম্নদুনা লেপখি অমসুং হংজখি, "য়াম্বুং মহারাজ! য়াম্বুংগী মায়থোং অসি নোংম-নোংমগী সুম-সুম্ মকশিল্লকপগুম উরে; চাংজৌ নায়দ্রবা অৱাবা ৱাখল অমদা লুপথম্ব্রবগুম উরে, পুংজা খুদিংগী হেন্ন-হেন্না লুনা লুপথখিবগুম্ উরে। নশা অদু য়াম্না শোম্থখিবদগী চুম্না লেপ্পা ফাওবা ঙমশিল্লক্ত্রে। ঐখোয়গী মরক্তা কনা অমনা য়াম্বুংদা নুংঙাইতবা থোকহনম্ব্রবরা, চানবিদুনা অমুক্তা হায়বিয়ু; মদু অমুক হন্না তৌদনবা ঐখোয়না চেকশিঙ্গগনি অমসুং ঐখোয়বু-ঙাকপিনবা হায়জগনি। পুম্নমক অসি অতৈ মরম্না ৱাহনবা অতোপ্পা ওইরবদি, মদুগী মরমদা য়াম্বুংনা ৱাফমদুতা হায়বিয়ু, ঐখোয়না থৱাই থারবসু মদু চুমথোক্লবা হোৎনজগনি অমসুং য়াম্বুংগী পুক্লিং নুংঙাইহঙ্গগনি। ঐখোয়গুম্বা মথৌনা ফরবা ননাও কয়া য়াম্বুংগী লৈরিৰৈঁদা,

ফনা অচৌবা অমসুং অকনবা ওইজদুনসু, কনাগুম্বা অম্বু চুমথোকপা হায়বসি অরুবা নত্তে, মদুগীদমক্তা য়াম্বুংনা ব্রাবিবসি মরম চাদে। মরম হায়বিয়ু অমসুং করি তৌজৌ হায়বগে মদুগী য়াথং পিবিয়ু,” মখোয়না হঙ্গৎচখি।

ধর্ম্মরাজনা খুম্নকখিঃ “নুংশিরবা ইনাওশা, ঐনা অমুক করি হায়সিগে? ঐনা মায়কৈ পুম্নমক্তা অমঙ্গলগী পোৎ ঙাক্তা উই। সাধারন ইমুং অমদগীনা মুণি-ঋষিশিংগী খাংপোকশঙ্ ফাওবদা, ঐগী মিৎনা য়েংখি-য়েংখিবা মফমদা, ঐনা ফত্তবা ঙাক্তা উই, লাইবকথিবা ঙাক্তা উই, অমসুং হরাও-নুংঙাইনিংঙাই ওইদবা ঙাক্তা উই। ঐ ইশা ইতোমতা মসি করিগীনো হায়না নৈনখি অমসুং ঐগী ভাবনা পংশা শাবা ওইবা য়াই হায়না খনখি অমসুং ঐনা হেক্ ঙম্বমখৈ হোৎনদুনা থৌনা অমসুং থাজবা হুঞ্জিন্নবা হোৎনখি।ঐগী অকিবা অসিদা মরমচাদনা তাশিনখিবা ঐনা পামখিদে। অদুবু ঐহাক জয় ওইবা ঙমখিদ্রে। দৃশ্যাশিং অদু হেক নীংশিংলুবদা ঐগী অকিবশিংদু হেন্না তমথিরকখি।

“অরাবা অসিদা হেন্না মথৌ শংজিনবা ওইনা, মহৌশাগী চৎনবি শাজৎ-নিতি অমসুং ধর্ম্মগী মায়োক্তা চৎপা দৃশ্য খরসু উখি। মখোয় অদুবু ঐনা তশেং-তশেংনা উখিবতা নত্তনা, লৈবাক অসিদা লৈরিবা অচুম্বা বিচার লোয়শঙদা অরানবশিং, চুমদবশিং অমসুং ফত্তবা তৌবা কয়াগী মায়োক্তা দরখাস্ত কয়া থারকপ্রে, হায়জবা কয়া লাকপ্রে, মসিমক্রসু ঐঙোন্দা য়াম্না হেন্না ব্রাহনপ্রে।

মসিদগী হেন্না অমুক ফৎখিদ্রবা ফিভম খরসু ঐহাক্না উখি। ঙরাং নুমিদাংব্রাইদা, ঐনা লৈবাক অসিগী মফম খরদা চৎলুরগা হল্লকপদা ষণবি অমনা মাগী পোকপদা ঙায়রিবা মচা অদুনা শঙ্গোম থক্লবা হোৎনবদা মানা য়াখিদে! মসি য়াম্না অঙকপা অমনি অমসুং প্রকৃতিগী ওন্ন-তৈনবা অমনি। নুপী-মৌ খরনা করি অমত্তা থৌশাদনা কৈথেল মনুংদা কোইচৎ চৎপা উখি। মখোয়না ঐবু উবা মতমদা মখোয় মশাগী ময়ুমদা চেনশিনখিনি হায়না ঐনা আশা তৌখি; অদুবু, নত্তে। মখোয় চেনশিনখিদে। মখোয় মথকথোংবা অচৌবশিংগী মফমদা ব্যবহার অমতা লৈখিদে; ঐহাক লৈতবদৌনা মখোয় অদুম্ মানা মানা থোকপা তৌদুনা লৈখি; মখোয়না করি অমত্তা অখাকপা, অকোইবা লৈতনা নুপাশিংদুদা ব্রা ঙাঙখি। পুম্নমক অসি ঐগী মিৎসিনা উখ্রবনি। অদুগুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা মফম অদুদগী ঐহাক চুম্না অদুম থোরকখি।

“রাজভবনগী হেক মনাক্তা, ঐনা মসিদা চংগে হেক তৌবা মতমদা, ব্রাহ্মন অমনা শঙ্গোম অমসুং শঙ্গোম অফম্বা য়োনবা উখি! মীয়াম্না ময়ুমদগী থোরক্লগা থোঙ্গাল/কোম্থোং লোনশিনবা উরকখি। মদু হাংদোকপা য়াদনবা য়োৎকি শো পানশিনবা উরকখি। অসিগুম্বা অৱাবগী মশক্ ওইরবা অওনবা কয়ামরুমসি উরুবদা ঐগী পুক্লিং অসি লৈতাবা য়াখিদে।

“অসিগুম্বা থবক থৌওংশিং অসি কাওথোক্লবা ঐনা হোৎনখি অদুগা সনধ্যা আর্তিগী পুজাশিং পাওথোকপা হৌখি অমসুং মদুদা করি থোকখি হায়বদু নখোয়দা হায়যুরা? ঐনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু মৈ অদু চুখৎপা য়াখিদে। ওম্থোকপনি, মদু কয়াদা অৱাবগী মশক্ ওইখ্রবনো! অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিনা অতৈ অচৌবা খুদোংথিবশিং থোক্কনি হায়বগী খুদমশিংনি হায়না ঐনা কিরম্বদু অতোপ্পা থৌদোকশিংনা অমুক্তা হেন্না ইনোৎ হাপচিনখি। মখোয়শিং অসিনা ঐগী অকিবা, চিংনবা ৱাখলশিংদু মিকুপ খুদিংগী হেন্না চেৎশিলহল্লি। ঐনা মখোয় অদু খুদুম চনশিন্নবা হোৎনবদা শুকওম ওমদে। ঐনা থাজৈ, কলি যুগ হৌখ্রে নত্রগা হৌগদৌরে।

“মরমদি, অসিগুম্বা তশেংনা থোক্লবশিং অসি ঐখোয়না করম্না অমদি করিননি হায়না শন্দোক্লা হায়গদৌরিবনো? লোয়নবী অমনা মপুরোইবগা খৎনরে অমসুং কোর্টা বিচার পতিগী মমাংদা মহাক থাদোক্লল্লগা মমা-মপাগী মনাক্তা চৎনবগী অয়াবা পীবিনবা য়েৎনরে। পীবিনবা হায়জররে। লুহোংবা অদু তোক্লরগা মপুরোইবা থাদোক্লল্লগা মমা-মপাগী মনাক্তা চৎননবগী অয়াবা পীবিনবা কোর্ট অসিদা হায়জররবদা ঐনা কমদৌনা মসি থেংনগদৌরিবনো? বিচার লোয়শঙদা ঙরাংমক অসিগুম্বা নুপী অমদগী থারকখিবা দরখাস্ত অমা অয়াবা পিখ্রে। অসিগুম্বা পামদবা থৌদোকশিং অসিবু ঐনা করম্না থৌশারোইদৌরিবনো?

“অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিবু করিগী ঐনা সুম শীঙথাদুনা লৈখিগনি? ঙরাংদি কোনুংগী শগোল শঙদা শগোল মখৈ কপখি, নখোয় তাখিব্রা? মখোয় মপি য়াম্না তাখি, শগোল পানবা অদুনা পাও পীরকখি। সহদেবনা মখোয়না য়াম্না হকচিন্না বারীবা অদুগী মরমদু খিজিন্নবা হোৎনখি; অদুবু, করিগীনো হায়বদু মহাক খঙবা, পুখোকপা ঙমখিদে অমসুং অঙকপা অমদি অকিবা, তুক্কচবা

ৱাখলনা মঙোন্দা ফুজিল্লকখি। মখোয়শিং অসি পুন্নমক তুম্না মাঙ-তাক্লবগী শাস্তিনা ঙাক্তনি, খুদোংথিবা মচা অমগী ৱাফম নত্তে নত্রগা ফত্তবা মচা অমগী ৱাফম নত্তে। ধর্ম্মরাজনা মাগী মখদাং অদু পান্নোম মরুদা থন্নমই অমসুং ৱাখল মুন্না খন্দুনা ঙাইহাক্তং পোথাখি।

ভীমদি নিঙবা কায়খিদে। মহাক্না য়াম্না তুক্কচনিংঙাই ওইবা, উশিং-থওইদবা মানবা খুৎনোক অমা নোক্লকখি অমসুং ৱা ঙাঙবা হৌরকখি; "নখোয়না পনস্লিবা থৌদোকশিংদু থোকখিরম্বা য়াই; ঐনা মখোয় অদুবু য়াদবা তৌদে। অদুবু, মখোয় অদুনা ঐখোয়দা কমদৌনা মাঙ-তাকপা থোকহনগদৌরিবনো? ঐখোয়না করিগীদমক্ আশা পুন্নমক থাদোক্কদৌরিবনো? অসিগুম্বা মওং তাদবশিং অসি লৈবাক্কি ৱায়েল পথাপনা অমসুং থবক ওইনা চৎনহনবনা চুমথোকপা য়াগনি। ঐখোয়না চুমথোকপা য়াবা থবক মচাশিং অসিগীদমক্ নখোয়না অসুক য়াম্না ৱারিবসি তশেংনা অঙকপগী মশক্তি। নত্রগা, নখোয়না কিরিবসিবু অতোপ্পা লান অমমুক্ খুদক্তা থোক্লগনি হায়বগী ৱাফল্লা? লান অমমুক শোক্লবদা মদুনা পুরক্কদবা অমাং-অতা ময়াম অদু থোকহন্নিংদবদগী নখোয়না লান শোক্লনিংলমদবা য়াই। মদুগী থৌরাং অদুমা শুকওই ওইথোক্লোই। মরমদি, ঐখোয়গী য়েক্লবা পুন্নমক্ মখোয়গী মরী-মতা য়াওনা, তুম্না মরু ফুক্লনা মাঙহনখ্রবনি। ঐখোয় মঙাখক্তা ঙাইহৌরবনি, অমসুং ঐখোয় মঙানা কনানা য়েক্লবা, কনানা মরুপ হায়বদু ঐখোয় মঙাগী মনুংদতা থিগদবনি। ঐখোয়গী মরক্তা খৎন-চৈনবা থোরক্লোই, মঙদা ফাওবা থোক্লোই। অদু ওইরবদি, করিনা নখোয়বু লাঙহল্লিবনো? নখোয় করিগী ৱারিবনো হায়বসি ঐহাক ভাব তাবা ঙমদে। অসিগুম্বা থবক মচাশিংসি ৱা ওইনা লৌরবদি অমসুং পুক্নিংগী শান্তি মাঙহল্লবদি মীয়াম্না নখোয়দা নোক্লগনি।" ভীম্না মসি হায়খি অদুগা মাগী চাউরবা গদা অদু য়েৎলোমদগী ওইরোমদা লৈরগা করেম্নবগী মওংদা খেক্লা নোকখি।

ৱাফম অদু তাবদা ধর্ম্মরাজনা খুমখি; "হায়রিবা থবকশিং অসিদা ঐসু নখোয়দৌনা চপমান্ননা অফ-ফত্তগী ৱাখল অমসুং লৌশিং লৈ। নত্রগা য়েক্লবনা ঐখোয়দগী লাকচখিগনি হায়বসি অকিবা ৱাখল শম্না অমা ফাওবা লৈতে। ঐখোয়না অফাওবা লাল্লিশিং-ভীষ্ম, দ্রোন অমসুং অতৈশিং মখোয় অদু

নাইতোম নত্রগা অপুনবনা তেঞ্জে অমনা মরোল অহুম মাঙহনবা ঙমখিবা ঙাক্তা নত্রা? য়েক্লবা অমনা ঐখোয়দা করি তৌবা ঙমগদৌরিবা? খ্বাইদগী হেন্না খুদোংথিরবা অন্না-অনাদা য়াম্না খাঙবা কনবগা লোয়ননা মায়োক্লবা ঙমগ্নবা ঐখোয়দা করিনা ঐখোয়বু লাঙহনবা ঙমগদৌরিবা? অন্নাবগী মতমদা লিংজেল মান্ননা খাঙমিন্নগ্নবা ঐখোয়গী মরক্তা হৌজিক কমদৌনা মোত খেন্নবা থোরক্কদৌরিবা?

ঐঙোন্দা লন্নাই ওইনা করিগুম্বা অমা থোক্কদবগী অকিবা ওইরমাল্লে হায়না নখোয়না চিংনরম্বা য়াই। মদু নত্তে, ঐঙোন্দা করিগুম্বা অমা থোক্কদবনা ঐবু খক লাঙহনবা ঙম্লোই, মরমদি, মসিগী হকচাং অসিদি ঈশিং মথক্তা লৈবা কোঙ্গোল অমনি, মসিদি মসিবু শারকখিবা মচাক্শিং অদুদা অমুক হন্না চঙখিগদগী ঙাইদুনা লৈরবা পোৎচং মঙানা শাখিবনি। তুমখিবা অদুদি নোংমদি থোক্লগদবনি; মসিগি কোন্না করি ওইহৌগদগে হায়বসিদদি ঐহাক করিশু থৌশাবিদে, নাচুংখীদে। মসিদি শোয়দনা তারগদবা, তুরগদবা, উৎ ওনখিগদবা নত্রগা লৈবাক ওনখিগদবা পোৎনি।

ঐগী অমতা ঙাইরবা অন্নাবদি অকক্লবা ব্রাফম অমখক্তগীনি। ঐনা নখোয়দা মদু হায়দোক্লগনি, মদু কদায়য়ৌনা অরুবা ব্রাফম্লো হায়বসিদা ঐহাক করি অমতা থুপ্লরোই। তারো। ঐখোয়গী ইনাও আর্জুন্না দ্বারকাদা চৎখিবসি চাউরাক্লা থা তরেৎলোম্ শুরক্লে। অদুবু, দ্বারকাগী মবুংঙোগী অন্না-নুংঙাইগী মরমদা ঐখোয়না করি অমত্তা তাখিদ্রে। য়ামদ্রবদা মহাক দ্বারকা য়ৌরে নত্রগা য়ৌদে হায়বগী পাও নত্রগা পাখোল্লোই অমতা থারকখিদ্রে। তশেংববুদি আর্জুন্না দ্বারকা য়ৌবা নত্রগা য়ৌদবগী মরমদদি ঐহাক শম্না অমগী অন্নাবা লৈতে। ঐনা খঙই মদুদি য়েক্লবা অমত্তনা মাগী মমাংদা লেপ্লা ঙম্লোই। অদুগীসু মথক্তা, করিগুম্বা থোকহন্নিংদবা থৌদোক অমা মঙোন্দা থোকপ্লবসু, শ্রীকৃষ্ণনা শোয়দনমক্কি ঐখোয়দা পাও অমা থারক্লমগনি; মসিগী মতাংদদি করি অমতা চিংনদে। অদুনা, ঐনা থাজে মদুদি মাগী মরমদদি ঐখোয়না চিংননিংঙাই মরম অমত্তা লৈতে।

ঐহাক-ইশানা অদুম হায়দোক্লগে মদুদি ঐনা ব্রারমজিবসি ইবুংঙো মশামক্কি মরমদনি; মিকুপ পুংজা হৌস্র-হৌস্রগা ঐগী লাঙতক্লবসি সুম হেনগৎলি।

খাঙঙমদ্রবা মৈচাক অমনা ঐগী থম্মোয়সি নারি। মহাক হান্নন সংসার থাদোক্লন্নগনি হায়বা অমসুং মাগী লেঙদবা লৈফম অদুদা অমুক হল্লম্লগনি হায়বা অকিবা ৱাখল অসিনা ঐহাকপু খুদুম চনখ্রে।মসিদগী হেন্না চাউবা  ৱানবগী মরম অতৈ করি লৈখিগদগে?

"মসিগী খুদোংথিবসি তশেংনা থোক্লরবদি, মবুংঙো অদু লৈখিদবদগী লুপ্রা ওইহৌরবা লমদম অসিদা মখা তানা অমুক্ ঐহাক সাসন তৌররোই। ঐখোয় পান্দবশিংগীদমক্তদি মসিগী বাসুদেব অসি ঐখোয়গী পঞ্চ-প্রান্নি; মহাক্লা চৎপ্রবা মতমদা ঐখোয়দি শক্তি য়াওদ্রবা অশিবা হকচাংনি। ইবুংঙো মহাক্লা পৃথিবী অসিদা লৈরিঙৈদদি, অসিগুম্বা অ-মঙ্গলগী খুদমশিং অসি থোরকখিদে। মহাক লৈত্রবা মতমখক্তদা চুমদবা অমসুং ওইদবশিং অসি মনিং তম্লা শান্নে; মসিগী মরমদদি ঐগী চিংনবা অমত্তা লৈতে। মসিগী মরমদদি ঐগী অচুম চুমদ খঙনবগী  ৱাখল অসি য়াম্না ময়েক শেঙই; করিগুম্বা খরনা মদু অচুম্বদুনি হায়রি।"

ধর্ম্মরাজনা অসুম্না কনশিন্না হায়রক্লবদা, মনাওশিং অদু য়াম্না হেন্না অৱাবা ৱাখল অমদা তাখি। মখোয়দা থৌনা পুম্নমক মাঙখি। ভীম্না ইহান হান্না ৱা ঙাঙবা ঙম্বগী থাক ফাওবা পাঙ্গল হঞ্জিল্লকখি! অৱাবগী ঈথক অদুনা মপাঙ্গল পুম্নমক মাঙহনখ্রবসু, মহাক্লা থৌনা খর খোমজিনখি। মহাক্লা হায়খি, "আর্জ্জুন হল্লক্তবগী মরম্না নত্রগা মঙোন্দগী ঈ-পাও অমত্তা ফংদ্রে হায়বা ৱাফম্না, য়াম্বুংনা অসুক য়াম্না অৱাবা ৱাখল অসি শাগৎলোইদবনি অমসুং য়াম্না অচৌবা খন্দ-প্রলয় অমগী মরমদা ভাবনা শাগৎলোইদবনি। আর্জ্জুন্না তুমিন্না লৈখিবা অসিগী অতোপ্পা মরম লৈরম্বা য়াই; নত্রগা, কৃষ্ণ মশামক্লা ঐখোয়দা পাও পীবদু থৌশারমদবা য়াই। ঐখোয় ঙাইখিসি, মখা-অতৈ মরম থিখিসি; পরিং চুম্না খনবা ঙমদ্রবা পুক্লিং অমনা ভাবনা শাগৎপা অৱাবদা ঐখোয় হেক য়াগুমসি। ঐখোয়না মদুবু অচুম্বনি হায়না হেক্তা য়াহৈগুমসি। ঐদি অসুম্না হায়জনিংই, মরমদি, ৱাখল চুম্না খনবা ঙমদ্রবা মী অমদদি অসিগুম্বা অকিবা ৱাখলশিং অসি তোইনা শাগৎপা ঙমই।"

অদুবু ধর্ম্মরাজগী ৱাখলদা মদু য়ানিংবগী মতৌ লৈরমদে। মহাক্লা খুমখি; "নঙনা হায়নিংবা হায়রবসু, নঙনা ফনা হৈ-শিংনা য়েৎলবসু,ঐনা ইশাদা

ফাওই মদুদি ঐনা লৌরিবা অর্থসি চুমই। নত্রবদি, অসিগুম্বা ব্রাখল অমা কমদৌনা ঐগী পুক্লিংদা পোক্লককদৌরিবনো? য়েংউ, ঐগী ওইথংবা লেংজুম অসি চোংলি! মসি তশেংনা থোকপ্রে হায়বা ঐগী অকিবদু হেন্না চেংশিনহনবগী খুদম্নি। নখোয়না খঙলিবদুনি, মসি ফত্তবা খুদম্নি, নুপাগীনা ওইগী লেংজুম চোংলবা অদুগা নুপীগীনা য়েংকি। হৌজিক, মসিগী থবক অসি ঐগী হৃকচাংদা থোকপ্রে, অমসুং মসি য়াম্না ফত্তবা শাক্তিনা অমনি। চুম্নগী লেংজুমদা নত্তেনে, ঐগী হৃকচাং পুম্ন মক্ - পুক্লিং, হৃকচাং, লৌশিং- পুম্নমক লোয়না নিক্লি। ঐগী মিংশিংসি সুম মমশিল্লক্লে অমসুং ঐহাক য়াম্না থুনা মিং উশিল্লক্তি। সংসার অসি মমা-মপা লৈতবগুম উরে। ঐহাক নাকোং অসি তাবগী শক্তি মাঙপ্রে। উপাই অমত্তা লৈতনা ঐগী খোঙশিংসি নিক্লি। ঐগী হৃকচাং কয়াৎশিংসি লোয়না ফমজিনপ্রে। মখোয়দা থব্রাই অমত্তা য়াওদ্রে।

"ইবুংঙোদু চংপ্রে হায়বসিদা নখোয়দা মসিদগী হেন্না চাউবা প্রমাণ অমুক্ দরকার লৈরিব্রা? ঐবু থাজৌ, নুংশিরবা ইনাওশা। নখোয়না থাজদ্রবসু, অচুম্বদুদি হোংলরোই। পৃথিবী অসি ঐখোয়গী খোঙ মখাদা নিক্লি। পৃথিবীগী ব্রারবা থম্মোয়দগী থোরকপা নাহেবগী খোঞ্জেল অসিবু নখোয় তাদবরা? পুম্ব্রিশিং অমসুং পাৎশিং নিকপদা ঈথক-ঈপোম হৌরি। অতিয়া, নুংশিং, মৈ, ঈশিং অমসুং পৃথি-মখোয় পুম্নমক্ মখোয়গী মরাইবক অদুগীদমক তেংথারি, মরমদি মখোয়গী মবুংঙো, মপু অদু মাঙপ্রে।

"নখোয় ভাব তানবগীদমক্ খুদম কয়াম হেন্না অমুক দরকার লৈরিবগে? ঐখোয়গী লৈবাক্তি করিগুম্বা মফম খরদা, নুমিৎ খরনিগী মমাংদা ঈনা নোং ওইনা চুখিবগী পাও লাকখি।"

ব্রাহ্মেশিং অসি তাবদা, সহদেব অমসুং নকুলনা ময়াম্বগী মমাংদা লেপ্লিঙে ফাওবদা মিংকি পিরাংনা মখজাই মথক্তা অরেপ্পা লৈতনা চেম্থখি। মখোয়গী থম্মোয়দা অনাবা ফাওখি; মখোয় নিংথিনা লেপ্পা ঙমখিদ্রে, মরমদি মখোয়গী মখোঙশিং অদু মপাঙ্গল য়াওখিদ্রে।

পন্দুপ্ তরাশুবা

# কৃষ্ণ থুপখিবগী অণ্ডকপা

ভীম্না মথৌনা খর খোমগৎনবা হোৎনখি। মহাক্না হায়রকখি, "য়াম্বুং! ঐহাকপু ছুটি পীবিয়ু অদুগা ঐহাক খুদক্তা দ্বারকা চৎকনি অদুগা য়াম্বুংগী অকিবা অদু কোকহন্নবা খোকখ্রিবা থৌদোক পুম্নমক অদুগী পাও পুরক্লগা থুনা হল্লকনি।" ভীম্না অসুম্না খুরুখুদক কুন্দুনা য়াথং নিজরিঙৈ মতমসিদদি নুমিৎ তাখিরমই অমসুং মফম পুম্নমক্তগী মৈ থানগৎনবগী মঙাল মুসি-মুসি থোরকখি।

তাঞ্জা অসিদা, থোঙ্গাল অচৌবদগী সন্ত্রি অমা চেনশিল্লকখি, অদুগা আর্জ্জুন লাকপ্রে, মহাক কোনুংলোমদা চংলক্লি হায়না পাও পীরখি। মীপুম খুদিংমক্ শিরুবদগী হিঙ্গৎলকপগুম হৌগৎখি; দ্বারকাদগী করি পাও পুরকপগে হায়বদু থৌরাংবদগী আর্জ্জুন উনবা চংশিন্নখি। আর্জ্জুনদু য়াম্না শুকথনা অমসুং নিংজিং-মাংজিংননা, নুংঙাইবগী মায়থোং অমতা য়াওদনা চঙলকখি; মনাওশিং অদুবু মমায়দা য়েংলমদনা ধর্ম্মরাজগী মখোঙদা খুরুমজখি, ওন-থোইজখি।

ধর্ম্মরাজনা মহাক্না কিরন্বা ৱাখল অদুবু হেন্না চেৎশিনহনখিবা খুদম-শক্তিনা অদু খঙখি অমসুং মখা হংনিংবগী মশাদু য়াম্না থৌরাংখি। মহাক্না দ্বারকাদা লৈবা মরুপ মপাংশিং অমসুং শাগৈ-নাতৈশিংগী অৱা-নুংঙাইগী মরমদা হংখি। আর্জ্জুন্না মমায় অদু হায়গৎপা ঙমখিদে। মঙোন্দগী তারকপা পিনা ধর্ম্মরাজগী মখোঙদু পুমচোৎ চোৎপদু মনাওশিং অদুনা উখিরমই অমসুং অৱাবা ৱাখলনা উতুপ তাবগুম লৈখিরমই। ধর্ম্মরাজনা মাগী পুক্লিং অদু ফাজিনবা ঙমখিদ্রে। মহাক্না আর্জ্জুন থাঙ্গৎনবা হোৎনখি অমসুং মরেংজুমদা নোম্নদুনা, য়াম্না নুংঙাইতনা মনাকোংদা লাউখি, "ইনাও! করি তৌরে? করি তৌরে? যাদবশিংদা করি তৌরে? ঐখোয়দা মদুগী মরমদু হায়য়ু। ঐখোয়গী থম্মোয়সি কায়গদৌরে। মসিগী অৱাবা মৈচাক অসিদগী ঐখোয়বু অমুক্তা কল্লু।"

অদুবু, আর্জ্জুন পাওখুম পীখিদে। মহাক হৌগৎপা ঙমখিদে নত্রগা ৱাহৈ অমতা ঙাঙথোকপা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক, ধর্ম্মরাজনা মঙোন্দা ৱাহং মনম-

মনম হংখিরমই, যাদবশিং অমসুং অতৈশিংগী মরমদা অব্বা-নুংঙাইগী পাও, মমিং-মথা পল্লদুনা, তোঙান-তোঙান্না হংখিরমই। অসুম্না অতম্বনা মনম-মনম হংজিল্লক্লবা ফাওবদা আর্জ্জুন্না পাওখুম অমত্তা পীখিদে। মচিন-মনাওশিংগী মমায় য়েংনবা মাগী মমায় অদু থাংগৎলকখিদে।

"নঙনা অতে মরোলদু হায়দ্রবসু য়াই; অদুবু, মসিমদি নহাক্লা ঐখোয়দা হায়গদবনি; বাসুদেবনা ঐখোয়দা করি হায়য়ু হায়রকপগে, মহাক্লা ঐখোয়গীদমক্তা করি পাও পীরকপগে, মদুদং ঐখোয়দা হায়য়ু," ধর্ম্মরাজনা হায়জরকখি। আর্জ্জুন মখাতানা খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদ্রে। মহাক্লা ঙসাইমখৈ ফাজিন্দুনা থল্লম্বা অব্বাবা ময়ামদু ঈশিং ঈচাওগী ঈচেলগুম্ হৈথরকখি। "ঐখোয়গী বাসুদেব লৈত্রে। ও! ঐখোয় মপা-মমা লৈজদবা অঙাং ওইরে। ঐখোয়না মহাকপু থিংবা ঙমখিদ্রে। ঐখোয়গী মখা তানা লাইবক ফবা হায়বদু ওইদ্রে," মহাক্লা হায়খি অমসুং লৈমায় মথক্তা তাখ্রে অমসুং হিক-হিক কপখ্রে।

সহদেবনা ফিভম অদু মুন্না ভাব তাখি অমসুং করি ওইরকপা য়াবগে হায়বদু খঙখি অদুনা হোল অদুদা চঙলিবা থোঙ পুম্নমক থিংজিনখি। মহাক মশামক্লা অব্বাবা পুম্নমক্তু খরদং হম্বহন্নবা হোৎনখি।

"অব্বাবনি, ঐখোয়না হিংলমলিবসি মসিখক তানবগী ওইরে, ওম্বোকপগী লাইবক্লি! হে নোংদম্বা, নহাক্লা সংসার অসিবু করিগী অসুক তমথিনা তৌবিরম্লিবনো?" মচিন-মনাওশিং অদুনা পুন্না তেংথাখি। "ইবুংঙো, নহাক্লা পান্দবশিংবু অসুম্না করিগী থাদোকপিরম্বনো? করম্না মসিগী থাজবসি থুগাইবিরম্বনো? ঐখোয়না হিংলিবসিদি মসিগী পাও অসি তানবা খক্তি ওইরে; মসিদি মপোক কয়াগী তুংশিল্লকপা পাপকি ফলনা ফংজবনি," মখোয়না হংখি অমসুং হায়জখি। মখোয় খুদিংমক্ মাগী-মাগী অব্বাবদা লুপখি অমসুং নিঙবা কায়খি। হোল অদু অব্বাবা ব্রাখলশিং অদুনা পুমচিক চিকখি।

ধর্ম্মরাজনা ইহান-হান্না থৌনা ফুদোরকখি। পিনা পুমচোৎ চোৎলবা মমিৎ অদু তৈথোক্লদুনা মহাক্লা আর্জ্জুন্দা য়াম্না থম্মোয় শোকপা ব্রাঙাংদা হংলকখি, "নহাকপু মমা-মপাশিংগী, নন্দগী, যষোদাগী অমসুং অতৈ যাদবশিংগী করি পাও লৈবগেনে? মখোয়গী মরমদসু খর হায়য়ু। মখোয়সু মবুংঙো কায়নবগী মৈচাক্লা থম্মোয় কায়ররিগনি। ঐখোয় ফাওবদা অসুক

য়াম্না উপায় লৈত্রবা ফিভমদা তারবদা, মখোয়গীদি করি ওইফম থোকই? মখোয় চাংজৌ নায়দ্রবা অব্রাবগী ঈপাক্তা লুপ্লন্নগনি। ঐখোয়না কমদৌনা হিংবা ঙমখিগনি? নাইতোমগী অব্রাবা তেংথাবনা করি তৌরুগনি । দ্বারকা সহর পুম্নমক থেমজিনবা ঙন্নরোইদবা থাক্কি অব্রাবগী সমুদ্রদা লুপ্লন্নগনি।"

অদুগুম্বা দৃশ্যাশিংদু মশানা খল্লুবদা ধর্ম্মরাজদু অব্রাবা ব্রাখলনা হিক-হিক কপ্লমই। ফিভম অসি উবদগী আর্জ্জুন্না হায়রকখি, "য়াম্বুং! ঐখোয়দগীদি দ্বারকাগী মীয়াম পুম্নমক অদুনা হেন্না মরায়বক ফগ্রে। ঐখোয়দি শ্বাইদগী হন্থবা থাক্কি লাইবক ফবা কাংবুনি। ঐখোয়দি বাসুদেবনা সংসার অসিদগী কায়নখিবগী অব্রাবা পাও অদুখক্তং খাঙদুনা লৈহৌবা থম্মোয় কল্লবা জীবশিং অদুনি। অতৈ পুম্নমক্তুদি ইবুংঙো থুপগ্রে হায়বা পাও ফংদ্রিঙৈ মমাংদা পুম্নমক সংসার থাদোকখ্রে।"

মসি তাবদা ধর্ম্মরাজনা শোল্লকখি, "হরি, হরি, হে-ঈশ্বর! করি হায়বা নঙনা হৌজিক হায়খিবদুবো? মসিগী খন্দপ্রলয় অসিনা করিনো? ঐ করি অমত্তা খঙবা ঙমদ্রে....। সমুদ্র হৌগৎলক্তুনা দ্বারকা পুম্নমক্ য়োৎখ্রবরা? নত্রগা, চাউখ্রবা কাংবু অমনা লান তাশিল্লক্তুনা সহর অদু খুদুম চনশিনখিবদগী মীয়াম পুম্নমক হাৎখ্রবরা? আর্জ্জুন, হায়য়ু করি থোকখ্রবগে। ঐখোয়গী ব্রাখলদা ফাওরক্লিবা অকিবগী মশক ওইরবা ব্রাফমশিং অসি অমুক্তা লোইহল্লো।" ধর্ম্মরাজনা আর্জ্জুনগী মখুৎ পায়রমই অমমসুং মহাক্না হংলিবা ব্রাহংশিং অদুগী পাওখুম পীহন্নিংবগী মওংদা মমায় অদু আর্জ্জুনলোমদা য়েংখৎলমই।

আর্জ্জুন্না হায়খি, "নত্তে, সমুদ্র অমতা শাওদুনা দ্বারকা য়োৎখিদে; কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তনা সহর অদুদা লান্দারকখিদে। ফত্তবা অমসুং চাউখত্তবা ব্রাখলশিং মফম মরাং খঙদবমখৈ যাদবশিংগী মরক্তা থোরকখি অমসুং মখোয়গী খৎনবা অমসুং অশাওবদু অশুক্কি মতিক-চাং ব্রাংখ্রে মদুদি মশামক্কি খুৎলায়শিং অদুনা মখোয় মশেল হাত্তোক্লখি। "আর্জ্জুন, যাদব শাগৈ মরক্তা অঙাং অহল পুম্নমক্না তমথিরবা প্রলয় অদুদা মশা কখোক্লরিবা অদুগী অচৌবা মরম অমদি লৈরমগনি। করিগুম্বা ফল অমত্তা মরম য়াওদনা তাবা য়ারোই, নত্রনে? অমসুং করি মরমদগী পুম্নমক হাত্তোক্লখিবনো হায়বগী অকুপ্পা ব্রারী-ব্রাখোং তানবগীদমক ঙাইদুনা লৈখি।

মশাদা ফাওরক্লিবা অব্রাবা ব্রাখলশিংদু ফাথনবা আর্জ্জুন্না ঙাইহাক্তং ফিভম শেমখি অদুদগী থোকপ্রিবা থৌদোকশিং অদুগী মরম লীবা হৌরকখি।

মচিন-মনাও অহুমদুনা মনাক্তা নকশিল্লকখি অমসুং অৱাবগী ৱারী অদু তাখি। “ নুমিৎ অদুদা ঐনা খঙখি মদুদি খ্বাইদগী পিকপা, করিসু লৈতবা থৌদোক অমা ফাওবদা বাসুদেবগী অনিংবা য়াওদনা থোক্কে। ৱাফমসি ঐহাক ইশাসু পুরা থাজখি। মহাক্তি লাইফদবিশিংবু লেঙহল্লিবা অমসুং মাগী-মাগী মথৌ তৌহল্লিবা থৌরি অদুবু চিংলিবা, পায়রিবা সুত্রধারিনি; অদুবু, মহাক মশামক্তি য়েংলিবা ভাবোক মরক্তা ফমই অদুগা তৌরিবা থৌরাং নত্রগা ৱারী নত্রগা লীলা অদুদা মহাক করি অমত্তা খঙদবগুম্ লৈ, খঙশিন্নদে। য়াওরিবা মীওইশিং, পাত্রশিং অদুনা মাগী য়াথংদগী শম্না অমা ফাওবা হেন্দোকপা ঙমদে; মাগী অনিংবনা লমজিংই অমসুং খোঙথাং অমসুং নমুনা পুম্নমক মহাক্না লেপই। ফম্বাক মথক অদুদা লীলা অদুনা উৎলকপা তোঙান-তোঙনবা থৌদোকশিং অমসুং ৱাখলশিং অদুনা লীলা অদুবু য়েংলিবা ময়াম অদুগী থম্মোয়দা ফাওহল্লি, শোকহল্লি, অদুবু মখোয়শিং অদুনা সুত্রধারিগী থম্মোয়দদি করি অমত্তা শোকহন্দে।

“মসিগী নুপা অসিনা করি ঙাঙগনি নত্রগা নুপা অমদুনা করি তৌগনি হায়বসি মহাক্না লেপথোকই অমসুং মহাক্না মখোয় অদুদা চানবা ৱাঙাঙ্ অদু ঙাঙহল্লি অমসুং চানবা থবক্তু তৌহল্লি। অদুগা, হৌব্রবা মপোকশিংদা মানা-মানা তৌখিবা কম্মগী ফংলকপা ফলশিং অদুনা মসিগী মরায়বক অসিদা শরুক থর য়াহল্লি। ঐখোয়গী মরী-মতা ওইবা যাদবশিং অদুদি ঈশ্বরবু নিঙজবা মীতা ঙাক্তা ওইখিরমই, নখোয়না খঙলিবদুনি, মখোয়দি ঈশ্বরদা ভক্তি মপুংফানা লৈখি। ওইরম্বা য়াই, করিগুম্বা নুমিৎ অমদা, কনাগুম্বা মুণি অমনা শিরাপ তৌরম্বা য়াই; অদু নত্রগনা নোংমা মখোয়না য়াম্না ফত্রবা পাপকি থবক অমা তৌরম্বা য়াই...। মরমদি, মখোয়গী ইতিহাসতা কমদৌনা মসিগী ওন্ন-তৈনবা থৌদোক অসি থোক্কদৌরিবনো, মসিগী থাজনিংঙাই লৈত্রবা অৱাবগী থৌদোকসি?

“প্রভাসক্ষেত্রদা মখোয়না য়াম্না নিংথিরবা যজ্ঞ অমা পাঙথোকখি; যজ্ঞ অদু পুরা নুমিৎ ৭নি চঙনা, মমাংদা অমুক্তা তৌখিদ্রিবা মওংদা, য়াম্না চিংলেম্বা মওংদা পাঙথোকখি; শেংলবা মৈগী কুণ্ডদা অরোইবা কৎখিবা অদুসু ভগবান কৃষ্ণ মশামক্তি মমাংদা বেদগী লেল্লবা মওংদা হৈথখি; য়াওরিবা ময়াম অমসুং পুরোহিৎশিং অদুনা শেংলবা ঈশিংদা (Holy waters) পুজাগী থৌরম মতুংইন্না

ঈরুজথোকখি; ব্রাহ্মণশিং অদুনা যজ্ঞদা কৎলিবা অদুগী মাগী-মাগী ফংফম থোকপা শরুকশিং ফংজখি অমসুং যাদবশিংদসু য়েম্থোকখি; পুন্নমক পুরা শান্তি লৈনা, পেন্ননা অমসুং হরাও-নুংঙাইনা লোয়শিনখি।

অয়ুক্কী পুং ১২ তারক্লবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংদু পিজ-পিথকখি; মতুংদা যাদবশিং অদুনা পরেং পরেং নাইনা শাংনা উৎসব চানবা ফমখি। উৎসব মনুংদুদা, লাইবক থিবদগী সুম থোকউ হায়বদুনা যাদবশিংগী মরক্তা খরদি য়ু মপুং ফানা থকচিনখি অমসুং অসুক্কি মতিক মশা খুদুম চনশিনবা ঙমখিদে মদুদি মখোয় মশাগী মরী মতাশিং অদুবু য়েক্লবা ওইনা লৌখি। মখোয় খৎনবা হৌরকখি অমসুং মদু অসুক্কি মতিক্ শাথিবা থাক্তা য়ৌরকখি। মদু ঈশ্বরগী খুজিল থৌরাং ওইরমগনি, মরমদি মী অমা ফনা য়াম্না মথোং হুক্রবা অমসুং তমথিবা ওইদুনসু, মশামক্কি মখুৎনা মাগী অঙাংশিং অমসুং মপা-মমাশিংবু হাৎলমলোই। ও! কয়াদা অকি-তুজুংবগী থবক্নো! অসুম্না পংফু ফুনরকপা অদুদা, মচানা মপা হাৎখি, মপানা মচা হাৎখি, মচিন-মনাও হাৎনখি, মন্ধাক্না মকুবোক হাৎখি, মকুবোক্না ময়া হাৎখি, পুন্নমক অদু অঙাওবা, মফম মরাং খঙদবা তুক্কচবগী ব্রাখল অমননি, মদু কনা অমত্তা হিংহৌদ্রবা থাক অদু ফাওবনি।" আর্জ্জুনদু মখা চত্থনা ব্রা ঙাঙবা ঙমখিদ্রে; মহাক ফক্লাংদা ঙাথখি; মকোক্ অদু অব্রাবা অমসুং অনাবনা কায়গদৌরদুনা মখুৎ খুদুম অনীদুগী মথক্তা ঙাথখি।

ধর্ম্মরাজনা মসিগী ব্রারী অসি য়াম্না অব্রাবা অমসুং অঙকপগা লোয়ননা তাখি। মাগী মখুৎ অনীদু আর্জ্জুনগী মনঙ্গলদা থমখি অদুগা হায়রকখি; "নঙনা হায়রিসিবু করিনোনে? মসি থাজবা ঙমদ্রবা ব্রারী অমনি; অদুবু নঙগী নরৈ অদুনা ওইদবা ব্রা অমত্তা ঙাঙলোইদবনিনা, মদু অচুম্বনি হায়না তঙাইফদনা ঐনা য়াবা তাবনি; নত্রবদি, অসুম্না খুদক্তা লমচৎ-শাজৎ হোংলক্কনি অমসুং প্রলয়দা হাৎন-শুনগনি হায়বসিবু ঐখোয়না কমদৌনা ভাবনা ফাওবা শাবা ঙমগদৌরিবনো? ঐহাক করিগুম্বা মতমদা, যাদব শাগৈ মরক্তা অসুক য়াম্না, মরুওইনা মরুপ-মপাং ওইবগী লৈনরিবা মওং অসুম্না অতোপ্পা করিগুম্বা শাগৈ মরক্তা লৈ হায়বগী ব্রা তাখিদ্রি নত্রগা উখিদ্রি। অসিদসু নত্তনা, কৃষ্ণনা লেপখিবা লম্বী অদুদগী মখোয়না শম্না অমা ফাওবা হায়দোক্তে। য়াম্না তমথিরবা থৌদোক ব্রাথোক্তসু মখোয়না মদুদগী থৈদোক্লোই। অসিগুম্বা মীওইশিং অদুনা, কৃষ্ণমক্কি

মমাংদা, অফবা শাজৎ-নিতিগী চৎনবি নিয়ম পুম্নমক্ থৌশাদনা, শিদ্রিফাওবা ফুন-চৈনগনি হায়বসি তশেংনমক্ অঙকপনি; অসিগুম্বা থৌদোক অসিদি পৃথিবী অসি লোয়রমদাইদখক্তদা থোক্কনি, লাক্কনি।

"ফরে, আর্জ্জুন! কৃষ্ণনা খৎনবা অদু খাম্বা ঙমখিদবরা অমসুং খৎনদনবা পাওতাক পীবা ঙমখিদবরা? নাকল অনীমক্তু তাইশিন্নবা হোৎনখিব্রা? অমসুং মাগী-মাগী মফমদা অমুক হন্না থাখিনবা হোৎনখিব্রা? লান অমসুং শান্তিদদি কৃষ্ণসি য়াম্না হৈথোই শিংথোইবনি, নত্রনে? অসিগুম্বা অৱাবগী মশক ওইরবা মাঙতাকহনবগী ৱারী অসিদা অৱাবা অসি তোকহন্নবা মহাক্না খাম্নবা হোৎনখিদে হায়বসিদা ঐবু য়াম্না ঙকহল্লি।"

ধর্ম্মরাজদু অৱাবগী ঈপাক্তা তাখি; মহাক্না মকোক্ অদু খুদুম মথক্তা ঙারগা ফমখি, মখুৎ অমনা খুকউ মথক্তা থমখি, মমিৎ অনীদুনা মপিনা পিক থনখি অমসুং অতৎপা লৈতনা মখজাই মথক্তা শিন্থরমই। আর্জ্জুন্না থেমজিনবগী ৱাফম্ খর ঙাঙনবা হোৎনখি, "মহারাজ! য়াম্লুংনা কৃষ্ণগী মতিক-মগুণ অমসুং থৌজালগী মরমদা মুন্না খঙই, অদুবু, য়াম্লুংনা মসি নত্রগা মদু তৌখিব্রা হায়না হংলি অমসুং চিংনবা ৱাখল খল্লি; মদুগী পাওখুম ওইনা ঐনা করি হায়গনি? যাদবশিংগী মরায়বক অদু ঐখোয়গী শাগৈগী মরায়বক অদুগা চপ মান্নে। ঐখোয়বু কৌরবশিংগা ইচিল-ইনাও ওইখিদব্রা? নাকল অনীমক্তা ঐখোয়বু ফনবা খনবিবা মরী-মতাশিং য়াওখি অমসুং মসিগী শ্যামসুন্দর মশামক ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওখি, অদুম ওইনমক্ ঐখোয় কুরুক্ষেত্রগী লান শোক্রুবা তাখি। মহাক্না তোকহনগে নিঙলম্লবদি মসিগী লান অসি শোক্লুহল্লমদবা য়াবনি হায়বসি ঐখোয়না উবা ঙমদব্রা? অদু ওইরবদি লাম্মি লাক্ক নিফু অদু লান্ফমদা শিরমদবা য়াই, নত্রনে? মখোয় পুম্নমক লোয়না হাত্তোক্লগা ঐখোয়না লম অসিদা সাসন তৌগে হায়না ঐখোয়না নিংখিবা লৈব্রা? করিগুম্বা অমত্তা মহাক্তি চপ চাবা য়াথং-অনিংবা য়াওদনা থোকপা ঙমদে। কনা অমত্তনা মাগী অনিংবগী মায়োক্তা চৎপা ঙমদে নত্রগা মাগী য়াথংগী মায়োক্তা থবক তৌবা ঙমদে।

"মসিগী সংসার অসি লীলা শান্নফম ফম্বাক অদুনি, মসিগী মথক্তা খুদিংমক্না মহাক্না পীরিবা থৌদাং অদুখক্তা তৌবনি, মহাক্না পীরিবা মতম অদুখক্তা মনিংতম্না চৎচবনি, খুদিংমক্না মাগী য়াথং অদু শোয়দনা ইনবা তাবনি। ঐখোয়না চাউথোক্না খনবা য়াই মদুদি মসি নত্রগা মদুগী থবক অদু ঐখোয়না তৌবনি, অদুবু, অচুম্বমক্তি, পুম্নমক অসি মহাক্না নিঙবা মতুংইন্না থোকই।"

আর্জ্জুন্না লোইশিনখ্রবা মতুংদা, ধর্ম্মরাজনা খোঞ্জেল হৌনা হায়রকখি। “আর্জ্জুন! ব্রাফম কয়ামরুম্না ঐখোয়বু মহাভারতকি লান শোক্লহনখি। কুতনিতিগী পাম্বৈনা অমসুং শান্তিগী পাম্বৈনা ঐখোয়না হেক ঙমজবমখৈ ঐখোয়গী ফংফম থোক্লবা লৈবাক অমসুং ঐখোয়গী লৈজরিবা থাক হঞ্জিন্নবা হোৎনখি। ঐখোয়দা ইকায়বা পীখিবা অমসুং ব্রাহনখিবা কয়া, য়াম্না খাঙবা কন্না খাঙখি। ঐখোয় লোই থারবা মীশক ওইনা জঙ্গলদা চৎপা তাখি। ঈশ্বরগী থৌজালনা ঐখোয়বু হাৎনবা তৌখিবা থৌরাং কয়াদগী নাম্থোকখি। মখোয়না মৈ থাদুনা অমসুং হু পিজদুনা হাৎনবা কয়া তৌখি। মখোয়না ঐখোয়গী মহারানীদা মীয়াম মমাংদা খোঙগোইনখি। মখোয়না ঐখোয়গী থম্মোয় কায়নবা মথং মনাও নাইনা নত্তবা, ফত্তবা লমচৎ কয়া চৎখি।

“পুন্নমক অসিগী মথক্তা, মফম পুন্নমক্তা মরম অহুমখক্লা লান অসি শোক্লবা তাখি; লনথুম, ইরৈবাক অমসুং নুপী। অদুবু যাদবশিংগী থৌদোক অদু য়েংউ। মখোয় তুম্না শিনদ্রিফাওবা লান শোক্লবা য়াবা অসিগুম্বা মরম অমত্তা লৈখিদে। অসিগুম্বা খঙহৌদনা খুদক্তা তমথিনবগী ব্রাখল পোক্লকখিবা অসি বিধিনা নোংদমখিবনা তৌখিবা মাল্লি।

“যাদবশিং অসিদি নুংঙাই-য়াইফনা, মরাং কায়না পানজখিবনি। মখোয়দি চান-থক্লবা নত্রগা সনা লুপা অমত্তা ব্রাৎখিদে। অদুগা মখোয়গী নুপিশিং অদুনা কমদৌবা? মখোয়দি ধর্ম্ম লৈবগী, মপুরোইবনা হায়বা ইন্বগী অমসুং ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবগী ফিদমনিংঙাই ঙাক্তেনি। মখোয় খক মপুরোইবগী য়াথং/ অনিংবদগী হিক্তোকখিদে। হিরম অমদা নত্রগা অমদা মপুরোইবশিংগী ইজ্জৎ মাঙনবা থবক অমতা তৌখিদে। অদু ওইরবদি ঈ-মশেল মরক্তা করম্না খঙহৌদনা নাক তানবগী ব্রাখল অমসুং খৎনবগী ব্রাখল লাকখ্রিবনো?”

আর্জ্জুন্না খুম্নকখিঃ “ঐগী নুংশিজরবা ইয়াম্বা! ঐখোয়না অরোইবা ফল তাহল্লক্লিবা মপানগী ফিভমশিং, খোঙচৎশিং অদু উই অমসুং খঙদনা ঐখোয়না হায়রিবা মরমশিং অদুনা ফলশিং অদু থোকহনম্রিবনি হায়না বিচার তৌই। থৌদোকশিং অদুদগী ঐখোয়না মদু ওইরকখিবা য়াবা পুক্লিংগী ব্রাখলশিং, ইহৌশিং ভাবনা শাই। অদুবু, ফিভমশিং, থৌদোকশিং, পুক্লিংগী ব্রাখলশিং অসিদি মাগী খুৎলায় ঙাক্তনি, মাগী অনিংবা অমসুং মাগী থৌরমশিং অদু খক্তবু

পাণ্ডথোক্লবা খুৎলায় ঙাক্তনি। তাঞ্জা অদু লাক্লবা মতমদা, মহাক্লা মখোয় অসিবু মাগী থৌরাংশিং অদুগীদমক্তা শিজিন্নে অমসুং মহাক্লা নিঙখ্রবা খৎনহনবা অদু থোকখিবনি। মহাক্তি 'মতম' হায়বা লাই অদুগী শক্লোন্নি; মহাক্তি মতমগী মপু ওইনা লাকই অমসুং থৌরাং অদুনা মপুং ফারক্লবা মতমদা মহাক্লা লীলা অদু লোইশিল্লি। পোকহল্লক্লিবা মহাক অদুনা অশিবসু থোকহল্লি। মহাক্লা চাং অমত্তদা অনীমক্কি মরম পী। করিগী পোক্লিবনো হায়দুনা ঐখোয়না মরম খঙনবা থিবরা? অদু ওইরবদি করিগী শিরিবনো হায়না করিগী মরম থিরিবনো? থোকখ্রে; মদুনা অদুম য়ারে। মরম থিবা হায়বসি কান্নদবা থবক্নি।

মহাক্লা জীবশিংদা জীবশিং শেমহল্লি অমসুং জীবশিংদা জীবশিং লোয়শিলহল্লি। হকচাংশিং অসি পোকই, হকচাংশিং অসি শি। মসিদগী হেন্না খুদোংথিবা অতৈ পোকপদা নত্রগা শিবদা থোক্তে। মসি ঐখোয়দা বাসুদেবনা য়াম্না তোয়না তম্বিখ্রবনি। অদু ওইরবদি, ঐখোয়না করিগীদমক্তা মহাক্লা ঐখোয়দা লেঙদবা পীনিংখিবা থৌনা অদুদা চিংনগদৌরিবনো নত্রগা থৈদোক্কদৌরিবনো?

"নহাক্লা হায়বিবা য়াই মদুদি ঐখোয় পোক্লবা শিনবিরিবা মহাক মশামক্তা ঐখোয়বু অমুক হাৎপা হায়বসি অচুম্বা নত্তে। পোকপা অমসুং শিবা অনীগী মরক্তা, মীওইবগী পাপ্ নত্রগা পুন্য খর তানশিন্নবগী শক্তি লৈ অমসুং মদুনসু থোক্কদবা থৌদোক পরিং অদুদা খরগী মখৈদি চৈথেং পী। পোলোই অনী অসিগী মনুংদা ইবুংঙো মহাক্লা পোকপা, শিবা, অমসুং পুন্সি হায়বসিগা লোয়ননা ফুটবল হায়রিবা মশান্না অসি শান্নে।

"পোকপা অমসুং শিবা হায়বসি য়াম্না ঙমখ্রবা চীংমায় অনীনি, মসিগী মরক্তা পুন্সি হায়রিবা তুরেল অসিনা চেন্থরি। আত্মাগী থাজবগী শাক্তি অদুনা মরক্কি অহাংবা অদুবু শম্নহল্লিবা থোংদুনি অদুনা অদুগুম্বা আত্মা শক্তি অমসুং থাজবা অদু লৈখ্রবা মীওইশিং অদুগীদমক্তদি ঈচাও থোকপা হায়বসি থোইদোকপা ব্রাফম নত্তে। আত্মা শক্তি অদুনা মখোয়গী শোয়দ্রবা পাঙ্গল ওইদুনা, খুদোংথিবা পুম্নমক্ থেংনরগা নাকলগী তোবর্বান অদু য়ৌবা ঙমই। হে মহারাজ! পুম্নমক অসিদি মবুংঙো দাইরেক্তর অদুনা শান্নবা, য়াম্না লেম্নবা লাইফদবীগী লীলা অমনি। ঙসিগী যাদবশিং, ঙরাংগী কৌরবশিংগুম্না মশাগী তোঙানবা শক্তম অমমুক লৈবা নত্তে; কনা-কনাবু মরাল শীরুবগী কান্নবা অমত্তা লৈতে।

মচাক মঙা হায়বদি পৃথি, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমসুং আকাশ অসিনা শাখিবা মচাক্কি ওইবা হকচাং অসিনা মাগী অনিংবা য়াওদনা লেঙবা নত্রগা থবক তৌবা ঙম্বা? ঙমদে। জীব অমবু কনাগুম্বা অমগী মতেংনা পোকহনবা, অমসুং কনাগুম্বা অমগী মতেংনা জিব অমবু শিহনবা অসি মহাক্কি নুংঙাইজবনি। অদু নত্রবদি, লিলনা মরুম কোক্লগা মচা ওন্ননবা শাহল্লি, কোল্লি, অদুদগী মশানা পোকচবা মচা অদু চাথোকই, মসিবু করিনি হায়গদৌরিবনো? মখোয়গী মরক্তসু মপুক্সি লোয়রবশিং অদুতবু চাই হায়বদি মচা খুদিংমক অদুবু চাথোকপগী ব্রা নত্তে। ঈশিংদা লৈরিবা ঙাশিং অদুসু মাগী মতমদু লোয়রবা কান্দা লাংদা থুই; করিগীনো ঙা অচৌবনা ঙা মচা চারিবা অদুগা মখোয় অদুবু অমুক্ হেন্না চাউবশিংনা পুম্না য়োৎলি। মসি মাগী আইন্নি। লিননা হংঙোই চাই, ব্রাহোংনা লিন চাই; মসি মাগী মশান্ননি। মসিগী মরম করিগীনো হায়বা কনানা থিজিনবা ঙমগনি? অচুম্বা ব্রাফমদি: "থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমকসি মসিগী গোপাল হায়বা অঙাং অসিগী অনিংবনি।"

"মহাক্কি লীলাগী অঙকপশিংসি ঐখোয়না খঙবা ঙমলোই। ঐখোয়না মদু খঙবসু ঙমখিদ্রে। মদুগী ঙমখিদবদুদা ঐখোয়না হৌজিক ব্রারুবগীসু কান্নবা লৈতে। মীবু শুম্মাৎপা, অশেংবা উহন্দবা মীওইবগী শক্তম অদুদা, মহাক্লা ঐখোয়গা লোয়ননা চৎমিন্নে, তিন্নে, চামিন্নে, ঐখোয়গী মরী মতাগুম্ অমসুং য়াইফনবা খনবিবা মীতাগী শাজৎ চৎখি, ঐখোয়গী মরুপ অমসুং লমজিংবা ওইনা লোয়নখি অমসুং ঐখোয়বু খুদোংথিবদা তারগদবা অব্রাবা কয়াদগী কনবিখি। মহাক্লা ঐখোয়দা ঈশ্বরগী মিনুংশি হৈথবিখি অমসুং খ্বাইদগী লুরবা ব্রাফম কয়া য়াম্না লাইবা মওংদা লোইশিনবিখি। মহাক অসি ঐখোয়না য়াম্না নক্লরিঙৈ অমসুং নুংশিনরিঙৈদা, ঐখোয় মহাক্কি থৌজাল পীবিরি হায়না নাপল অসি লৈখি; অদুগুম্বা পুমথোই থোইরবা নুংঙাইবা অদুনা ইশা অসি থলহন্নবা হোৎনখিদে, মহাক্কি থৌজালগী ঈচাও অদুদা য়াম্না লুনা লুপশিন্নবা হোৎনখিদে। ঐখোয়না মঙোন্দগী করিশু লৈতবা মপাম্ভোংগী ওইবা মায় পাকপা অদুবু থিখি অমসুং ঙাইহাক্কি ওইবা কান্নবা অদুতবু থিখি; ঐখোয়গী থস্মোয় অসিবু থলহনবা য়াবা য়াম্না মরাং কায়প্রবা লন্ অদুবুদি থৌশাখিদে। ঐখোয়না খক মাগী অশেংবা ওইরিবা শক্তম অদুদা খনখিদে।

"মহাক্লা ঐখোয়বু মাগী থব্রাই মঙাগুম ঙাক শেম্বিখি। য়াম্না অপিকপা থৌরম ওইরবা ফাওবদা, থৌদোক খুদিংমক্তা মহাক্লা ঐখোয়বু তেংবাংনবা

চোংখোরকখি। য়াম্বুং! ঐনা করি অমুক হায়গনি? ঐখোয় কয়ারক হন্না-হন্না পোকখিবা য়াই, অদুবু অসিগুম্বা মরুপ অমসুং মরী মতাদি খক ফংলরোই। ঐনা মঙোন্দগী নুংশিবা প্রেম ফংজগ্রে, মদু মমা অমগী নুংশিবা প্রেমদগী হেন্বনি, মমা অমনা খক পীবা ওন্নরোইদবা প্রেম্নি।

"থৌদোক কয়ামরুমদা মহাক্না পাণ্ডবশিংগী অন্নাবা পোৎলুম মশাগী ওইনা পুবিখি অমসুং সমস্যাশিং অদুদগী কোক্রুবা মহাক্না য়াম্না থুনা উপায় পুখোকখি অমসুং মদু মায় পাক্লিফাওবা চৎথখি। ঐখোয় পাণ্ডবশিংনা ওসি ফাওবা সংসার অসিদা হিংলিবসি মহাক্কী থৌজালগী খুদোল অদুননি।

"তোঙান-তোঙাম্বা থৌদোক লিশিং অমমুক শিংথারুবনা করি কান্নগনি? হকচাং অসিগী শিংলিদা চেল্লিবা ঈশিংগী মরিক খুদিংমক মাগী থৌজালগী ঈচেল অদুগী মরিক অমতনি। তোংশা খুদিংমক মাগী নুংশিবা প্রেমগী মতুম অমনি; শরু পুম্নমক মাগী মিনুংশিগী শরুক মচেৎ অমনি। মসিগী মনুংগী অথুপ্পা অসি খঙদবদগী 'ঐনা মদু ঙমলে' অমসুং 'ঐনা মদু তৌগ্রে' হায়দুনা নাপলগা লোয়ননা ঐখোয়না য়াম্না নুংঙাইনা চৎচরি। হৌজিক্তি, ঐখোয়দা য়াম্না তশেং তশেংলে মদুদি মহাক য়াওদ্রবদি ঐখোয় অসি উনশা খক্তগী খাওশিংদুনি।

তশেংববুদি মী পুম্নমক্কী মরাইবক অসি চপ মান্নে। পুম্নমক্কী মথক্তা সাসন তৌরিবা, পুম্নমক লোয়না খঙবা, পুম্নমক ঙম্বা মহাক্না মখোয়বু লাইফদবী ওইনা শান্নে হায়বসি মখোয়না কাউখোকই; মখোয়না লৌজে মদুদি থবক তৌরিবসি মখোয় মশাননি অমসুং নুংঙাইজরিবসু মশানি; মখোয় অসিসু ঐগুম্না অশেংবা অচুম্বদু খঙবা ঙমজদ্রবা কাংবুনি। ঐখোয়গুম্বা য়াম্না মমিং চৎলবা অকল-অথৌশিং অমসুং মথৌনা লৈরবা লাল্মি ওইরবা ফাওবনা মসিগী মরমদা খঙবা ঙমদনা য়াম্না অনেম্বা ফিভম অমদা লৈরবা মতমদা, জ্ঞানগী লম্বীদা মিকপ থোরক্রুবগী তাঞ্জা ফংজদ্রবা সাধারন মীয়ামগী ফিভমদি করি ওইগনি?

"মসিগীদমক ঐনা ঐগী লম্বীদা থেংনখিবা অন্নাবা থৌদোক অদুমক্তা হকথেংনবা প্রমান্নি।" অসুম্না আর্জুন্না হায়খি অমসুং মাগী মতুংদা লৈবা চৌকি অদুদা ঙাথখি, মরমদি মাগী পুক্নিচুপ্পা তেংবাং পীবিরম্বা অমসুং লুচিংবিরম্বা কৃষ্ণগী কায়নবা মৈচাক অদু মহাক খাঙবা ঙমখিদে।

## পন্দুপ্ তরামাথোইশুবা

# পাণ্ডবশিংগী অৱাবা

মবুংঙো কৃষ্ণদগী ফংজখিবা পাওতাক, মতেং, থৌজাল, নুংশিবা-প্রেম, মিনুংশি পুন্নমক নৌনা নিংশিলদুনা ৱাখলদা পুরা লুপলুরবা ধর্ম্মরাজনা খুদক্তা মকোক হায়গৎলকখি অমসুং হংলকখি; 'আর্জ্জুন!' নঙনা হৌজিক করি হায়খিবা? লম্বীদা করম্বা খুদোং থিবা অৱাবনা নঙবু লাকচল্লবা? ঐখোয়দা মপুংফানা অমুক্তা হায়য়ু, নুংশিরবা ইনাও!", অসুম্না হংলিঙৈদা মনাও আর্জ্জুনগী মখদাং অদু তপ্না থাঙ্কৎপিরমই। আর্জ্জুন্না ময়াম্বুংদা মমায়দা য়েংলমই অদুগা হায়রকখি, "ইয়াম্বা, ঐগী হৈশিংবা অমসুং খঙলম্বা পুন্নমক্তু ইবুংঙো কৃষ্ণগা লোয়ননা ঐঙোন্দগী চৎখ্রে। ঐহাক হৌজিক শক্তি অমতা লৈজদ্রে, করিগুম্বা অমতা পাঙথোকপা ঙমদ্রে, খ্বাইদগী হেন্না শোল্লবা অদুদগী অমুক হেন্না শোনখ্রে, তশেংনমক থৱাই পান্দবগুন্নে।

ইয়াম্বা, তাবিয়ু। মসিগী খ্বাইদগী লাইবক থীরবা নুপা অসে মতম অদুদা মহাক দ্বারকাদা লৈরবসু, মবুংঙো বাসুদেবনা মাগী লৈফম, ময়ুম অদুগীদমক সংসার অসি থাদোকপা মতমদা, মহাক মবুংঙোগী মনাক নকচনবগী খুদোংচবদু ফংখিদে। মদুগী খুদোংচবদু ফংনবা ঐগী মতিকচানা পুন্যগী ফল তানশিনখিদে। মহাক্না সংসার থাদোক্লিঙৈদা ঐনা ইপা-ঈশ্বর অদুগী দর্শন ফংবা ঙমখিদে। মমৈথংদা, ইবুংঙোগী দোলায় থৌবা ডরুক্না, ইবুংঙোনা সংসার থাদোকপা মতমদা ঐগীদমক্তা হায়রম্বা পাওশিং অদু তল্লখি। মদুগী পাওজেল অদুদা ইবুংঙো মশামক্কী খুৎইনা অসুম্না ইবিরমখি।"

অসুম্না হায়রগা মহাক্কী ফিজিদগী মাগী থৱাইদগী হেন্না মমল য়াম্লবা চিঠি অদু পুথোরকখি, মরমদি মদু কৃষ্ণদগীনি অমসুং কৃষ্ণ মশামক্কি খুৎইনা ইবিরম্বনি। অদুদগী মহাক্না মদু ধর্ম্মরাজগী মখুত্তা শিন্নখি অমসুং ধর্ম্মরাজনা য়াম্না খৌরাংনা অমসুং লাংতক্লনা ব্যবহারগা লোয়ননা ফংখি। মদু মানা মমিং মথক্তা থমজখি, লোয়ননা পিরাংনা মরাং কায়না শিল্লুখি। মপিনা অতৎ-অখম

লৈতনা চেম্থরিবা মরক্তুদা চিঠি অদু পানবা হোৎনখি অদুবু পিরাংনা কুপখিবনা পাবা ঙমখিদে।

অসুম্না হৌরকখি, "আর্জ্জুন ! মসি ঐগী য়াথংনি, করি অমতা য়েৎপা তৌদনা মপুংফানা পাঙথোকউ। মসিগী থবক অসি থৌনা অমসুং হৈনিংবগা লোয়ননা পাঙথোকউ।" মসিগী চপচাবা অনিংবা অসিগী মখাদা কৃষ্ণনা থবক অদুগী মরমদা মখাগী অসুম্না শন্দোক্লা তাকখি: 'ঐনা পাঙথোক্লিংদুনা লাকখিবা থবকশিং অদু পাঙথোকখ্রে। ঐহাক সংসার অসিদা হকচাং অসিগা লোয়ননা মখা তানা লৈররোই। ঐহাক চৎলবনি । ঙসিদগী নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদা দ্বরকাসি সমুদ্র মনুংদা লুপখ্রগনি; ঐনা লৈরম্বা য়ুম অদু নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি সমুদ্রনা লোয়না য়োৎখ্রগনি। মরম অদুনা নহাক্লা মহারানীশিং, অমসুং অতৈ হিংহৌরিবি নুপীশিং অদু অঙাংশিংগা লোয়ননা, অহলশিং অমসুং মপাঙ্গল শোল্লবশিংগা লোয়ননা ইন্দ্রপ্রস্ত সহরদা পুখিবা তাবনি। নুপীশিং অমসুং যাদবকী অতৈ হিংহৌরিবা পুম্নমক অদুগী দায়িত্ব অদু নহাক্কী নখুত্তা শিন্নরল্লগা ঐহাক চৎলবনি। নঙগী পুন্সিবু চেকশিম্বা অদুম্না মখোয়বুসু নহাক্লা চেকশিন্না য়েংবীয়ু; মখোয়গীদমক্তা ইন্দ্রপ্রস্তদা খুজিল থৌরাং অমা তৌ অমসুং খুদোংথিবদগী ঙাকথোকউ।" মাগী সহি তৌরবা মখাদা অসুম্না হায়রকখি, "অসুম্না গোপালনা ময়ুম চৎখিবা মতমদা ইরি।"

ধর্ম্মরাজনা পাওজেল অদু পাবা লোয়খি। মহাক্লা ভীম, আর্জ্জুন, নকুল অমসুং সহদেবনা মমিত্তগী মপি চদুম চদুম শিম্থরম্বদু উখি অমসুং অতৈ করি অমতা থৌশাদনা চীংদৌনা উংদুনা লৈরম্বদু উখি। আর্জ্জুন্না হায়রকখি, 'ইয়াম্বা ! ঐখোয়গী মরক্তা ইবুংঙো লৈত্রবদুদদি ঐহাক মিকুপ অমা ফাওবা শাংথনা লৈবা পামখিদে অদুনা দ্বারকা য়োৎকদৌরিবা সমুদ্র অদুদা চোংথদুনা ইশাসি ইরাক্লদুনা শিখ্রগে নিংখি; লিরুং অসিনা ইশা ইতোমতা ঙক অসি ককথৎতুনা শিরগে খনখি। অদুবু মসিগী য়াথং অসিনা ঐবু খামখি; জগৎ অসিবু চল্লাইরিবা মঙোন্দগী লাকখিবা য়াথং অদুনা ঐহাকপু পৃথি অসিদা পুনশিনখি। ঐহাক করি তৌগদবগে হায়বগী খন্নবা মতম লৈখিদে; খুদিংমক য়াম্না থুনা তৌবা তাখি।

"অদুনা, শাস্ত্রগী মতুংইন্না অশিবশিং অদুগীদমক ঐগী অরোইবা কৎকদবা পুজাশিং কৎথোকখি; অদুদগী নুপীশিং, অঙাংশিং অমসুং অহলশিং অদু

পুখোক্লিঙৈদা দ্বারকা অদু সমুদ্রনা য়োংশ্লগদ্রা হায়বগী য়াম্মা লাংতক্লনা ঐনা মখোয় পুম্নমকপু কৃষ্ণনা পীরম্বা য়াথংগী মতুংইন্না ইন্দ্রপ্রস্তদা য়াম্মা থুনা পুদুনা চৎখি। ঐখোয়না থাদোক্লিংদ থাদোক্লিংদ দ্বারকা থাদোক্লমখি। ঐখোয়না কন্না হোৎনদুনা কৃষ্ণ য়াওদবগী থৱাই নুংঙাইত-নুংঙাইতনা পনচনদ (পনজাব)গী মনাক য়ৌরকখি, অদুগা ঈশ্বরগী য়াথং ইম্বা দরকার ওইখিবদুনা ঐহাক মাঙলোমদা চংশিননিংখি অমসুং য়াথং অদুগী মতুং ইন্না মীয়াম অদুগী অৱাবা পোৎলুমদু পুনিংখি।

“নোংমদি নুমিৎ তাখিরমই: অদুগুম্বা থেঙলবা পুংফম অদুদা ঐখোয়না ঈশিং চাউরবা তুরেল অমা লান্নিংখিদে, মদুনা ঐখোয়গী খোঙচৎ অদু পন্থহনখি। অহিং অদুমা তুরেল মপান্দুদা লেল্লগে লেপখি। ঐখোয়না নুপীশিংগী লিক-কোন, সনা-লুপা, মমল য়াম্বা পোৎ পুম্নমক খোমজিনখি অদুগা শোয়রোইদবা মফম অমদা থমখি; মহারানীশিং অদুনা দোলায়দগী কুমথখি অদুগা লোয়নবী অতৈ নুপীশিং অদুনা পোখানবগী চাইথোক্লখি। কৃষ্ণ কায়নবগী অৱাবা মৈচাক্কা লোয়ননা নুমিদাংৱাইদা পুজা কৎনবগীদমক তুরেললোমদা চংশিনখি। তাঞ্জাঅসিদা অমম্বনা মফম অদু কুপশিল্লকখি অমসুং থিঙ্গুদনা অমম্বা মরক্তুদা অকোয়বদগী য়াম্মা চাউখত্তবা, খৎন-লাউনবগী খোঞ্জেল তারকখি। ঐনা অম্মবদুদা চেপথদুনা য়েংখি অমসুং জঙ্গলদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈবা শঙ্খু অমা মখুত্তা চৈ, তা অমসুং থাংশাং পায়দুনা ঐখোয় তম্না চেনশিল্লকপদু উখি। মখোয়না লিক-কোন, মমল য়াম্বা পোৎশিং থিখি; মখোয়না নুপীশিং অদু মখুৎ মখোঙ পুন্দুনা চিংবা হৌরকখি।

“ঐনা মখোয়দা লাওখি অমসুং তুম্না হাত্তোক্কনি হায়দুনা কিহনখি। “মৈরাম্বীনা মৈনুংদা শিবগুম নখোয়না শিনিংলিবা করিগীনো?”, ঐনা মখোয়দা হংখি। ‘খোই চোপ্লিবা নুপা অদুগী তীল অদু পাম্মুবদগী ঙানা শিবগুম করিগী নখোয়না শিনিংলিবনো?’ ঐনা মখোয়দা হায়খি। “পোৎ-চৈ খর লাক্লবা হুরান্নবা হোৎনবদা নশাদু শিহনগনু,” হায়না ঐনা ৱার্নিং তৌখি। ‘ঐনা খম্বদা নখোয় ঐহাক কনানো খঙদ্রমানে। নখোয় পান্দুগী মচা আর্জ্জুন, তেন কাপ্পদা লাম্বা লৈত্রবা, পৃথিবী পুম্নমকপু জয় তৌখিবা দ্রোন, ভীষ্ম অমসুং কর্ন অহন্থু মায়থিবা পীখিবা, তেন কাপ্পদা লাম্বা লৈত্রবা পান্দুগী মচা আর্জ্জুনগী মমিং তাদ্রিবরা?

ঐগী চাংদম্মনিংঙাই লৈত্রবা গান্দিব লীরুং অসি অমুক্তং ফং লাওনা কাপ্পদা নখোয় পুম্নমক অশিবগী লৈবাক্তা পুল্লপ থাখিগনি। নখোয় তুম্না মাঙড্রিঙৈদা চেনখ্রো নত্রবদি মবুক লাপ্লবা লীরুং অসিগী মচিঞ্জাক ওইরো," ঐনা লাওখি।

"অদুম ওইনমক, মখোয় করি অমত্তা অকিবা লৈতনা মখোয়গী ফত্রবা থবক অদু অদুম মখা চৎথখি; মিনুংশি য়াওদ্রবা মখোয়গী থবক্তু লেপখিদে; মখোয় ঐখোয়গী লৈফমদা লান্দাশিল্লকখি অমসুং ঐঙোন্দা ফাওবা খৎনবা হৌরকখি। ঐহাক থৌরাং তৌদুনা লৈখি অমসুং মখোয় পুম্নমক তুম্না হাৎলগে হায়দুনা লাইগী তেনজৈ অদু হাপখি - তেঙ্গা থোংখি। অদুবু অৱাবগী মশক্তি। অকিবগী মশক ওইরবা থৌদোক অমা থোকখি; কমদৌনা অমসুং করিগীনো হায়বসি ঐহাক শন্দোক্লা হায়বা ঙমদ্রে! তেনজৈ অসিবু মপুং ফারবা শক্তি হাপকদবা মন্ত্রশিং অদুগী অমখক্ত ফাওবা ঐনা নিংশিংবা ঙমখিদ্রে! মদুগী কাপথোক-কাপশিনগী নিয়ম অদু ঐহাক কাউথোকখি। ঐহাক উপাই লৈখিদে।

"ঐমক্কি হেক মমাঙদা ডাকু কাংবু অদুনা মহারানীশিং, নুপীশিং অমসুং অতৈশিংদু চিংদুনা পুখ্রে। য়াম্না অৱা-নুংঙাইতনা মখোয়না লাও খোংখি, ঐগী মিং কৌরদুনা 'আর্জ্জুন! আর্জ্জুন! ঐখোয়বু অমুক্তা কনবিয়ু, নহাকপু ঐখোয়না হায়জরিবসি তাদ্রবরা? ঐখোয়না কপলিবা অসিদা নঙনা তাশিন্নদ্রিবা করিগীনো? নহাক্লা ঐখোয়বু লুট কাংবু অসিদা পিথোক্লবরা? ঐখোয়গী লাইবক অসি অসুম্না ওইগনি খঙজরম্লবদি ঐখোয়গী সহর দ্বারকাগুম্না ঐখোয়সু সমুদ্রদা অদুম শিজরম্না য়াবনি।' ঐহাক্লা পুম্নমক অসি য়াম্না থৱাই চাক্লা, নুংঙাইতনা তাখি; ঐনা পুম্নমক উখি। মখোয় য়াম্না লাউ খোংখি, মায়কৈ পুম্নমক্তা চেন্নখি নুপীশিং, অঙাংশিং অহলশিং অমসুং ফিভম চাদ্রবশিংদো। খুজ্জিল লৌথোকপিখ্রবা অমসুং ময়া লোয়না ফুক্তোকপিখ্রবা নোংশাগুম উপাই লৈত্রবা ঐহাক্লা চাউখৎত্রবা ময়াম অদুদা অমাঙ-অতা অমতা থোকহনবা ঙমখিদ্রে। ঐগী লীরুং কাপ্পা ঙমখিদ্রে। খুত্তা পায়বা তেনজৈ অদুনা ঐনা মখোয়দা ফুখি। য়াম্না থুনমক ঐগী তেনজৈ অদুসু লোইখিরমই। অশাওবা অমসুং ইকাইবনা ঐগী থম্মোয় অসি চাক্লমই। ঐগী কিখি-কিরুপ্পা ৱাখল অদুদা ইশা ইথক্তা তুক্কচখি। ঐহাক শিরবগুম ফাওখি। ঐগী হোৎনবা পুম্নমক অরেম্বা তাখি। বাসুদেবনা থাদোকপিরম্লবা মতুংদদি, য়াম্না নিংথিনা আশীবর্বাদ পিবিখ্রবা, ঐগী ময়েং তাবা লৈত্রবা তেনগী খাও অসি ঐনা হায়বা য়াবিখিদ্রে। মসিনা ঐবু মায় পাকহনখিদ্রে।

"কৃষ্ণনা মফম অসিদগী চংখিবা মতমদা ঐগী তৌবা ওন্বা থৌনা অমসুং হৈ-শিংবা পুন্নমক্তু চংগ্রে, মাণ্ডগ্রে। নংলমদ্রবদি ঐঙোন্দা শিন্নরম্বা নুপী অঙাং পুন্নমক ফাদুনা পুখিবা মতমদা উপাই করি অমত্তা লৈহৌদনা য়েংদুনা লৈবা তাখিবা লাইবক থীরবা থৌদোক অদু করম্না থোকখিগনি। নাকল অমরোমদা কৃষ্ণ কায়নবগী মৈচাক্লা খাঙঙমদ্রবা মৈচাক নংখিবা অদুগা অমরোমদনা, মানা পীরম্বা য়াথং অদু পাঙথোকপা ঙমখিদবগী অৱাবা মৈচাক নঙখিবা। চাক্লিবা মৈদা অকনবা নুংশিংনা মতেং পাংবগুম মসিগী খুদোংথিবা অৱাবা অসিনা ঐগী অকনবা থম্মোয়গী অৱাবা মৈচাক অদু হেনগংহনখি। অদুগা অরোইবী থাক্তা কোনুংগী অকে-অমৌগী মরক্তা পুন্সি লেনখিবী মহারানীশিং অদুনা কমদৌবা! অসিগুম্বা শাহিং চাবা তমথিরবশিং অসিগী মখুত্তা মখোয়গী মরায়বক করি ওইরুগদগে খন্বা মতমদা ঐগী থম্মোয় অসি তাঙ্গোই ওনখি। হে ইবুংঙো! হে কৃষ্ণ! হৌখিবা খুদোংথিবা কয়াদগী নহাক্না ঐখোয়বু কনবিখিবদু মসিগীদমক্তরা? এ মসিগী তমথিরবা দগ্তি অসি পীবিনবগীদমক্তরা?"

আর্জ্জুন্না মখোল থোক্লা লাউনা কপখি অমসুং নিঙবা কায়না মকোক অদু ফক্লাংদা শুখি, মদুদা কা-অদু অৱাবা ৱাখলনা পিক থনখি; লৈরিবা মীপুম খুদিংমক নিঙবা কায়বতনা মশাদু নিকখি। ফিভম অদু উবদা নুঙগুম্না কল্লবা থম্মোয় ফাওবদা মিনুংশিনা শৌদোক্লমগনি। ভীমগী মমিত্তগী অশাবা পিরাং অতৎপা লৈতনা শিম্থখি। মহাক্না মতৌ অশুম্না কপ্পা উবদা ধর্ম্মরাজনা মশাদা অকিবা ৱাখল অমা ফাওরকখি। মহাক্না মনাক্তা চংশিনখি অমসুং য়াম্না থোৎ মেঙনা মহাকপু থেমজিন্নবা ঙাঙখি। ঙাইহাক্কী মতুংদা ভীমদু হন্থরকখি; মহাক্না ধর্ম্মরাজগী মখোঙদা তুজখি অমসুং হায়রকখি, 'ইয়াম্বা! ঐহাক মখা তানা অমুক হিংনিংদ্রে। ঐবু ছুটি পীনবীয়ু। ঐহাক জঙ্গলদা চৎখ্রগে অদুগা ইচিন্দা কৃষ্ণগী নাম শোনজরগা ইথম্তা মৈ থাজদুনা শিজরুরগে অদুগা য়ুম য়ৌজখ্রগে। কৃষ্ণ য়াওদ্রবা সংসার অসিদি ঐঙোন্দদি নরক ওইরে।" মখুত্তা পায়রিবা ফি অদুনা অশাবা পিরাংশিং অদু তৈথোকখি।

ঙসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা সহদেবনা ভীমগী মনাক্তা চংখি অমসুং হায়খি, 'অমুক্তা তপথবিখো" তহাবিহৈনু। ঐখোয়গী মরক্তা শান্তাইনবা অসোমদা চৎখ্রগা কৃষ্ণনা নুমিত্তুদা ধৃতরাষ্ট্রদা মীয়াম মমাংদা পীখিবা পাওখুম অদু নিংশিংবিয়ু।।"

## পন্দুপ্ তরানিথোইশুবা

# কলি যুগ হৌরে

ভীষ্ম হায়খি, "ধৃতরাষ্ট্রগী দরবারদা দুর্জোধন, দুসাশন অমসুং অতৈশিংনা কৃষ্ণদা, করিগীদমক্তা নহাক্লা ঐখোয় কৌরব অমসুং পাণ্ডব ইচিন-ইনাওশিংগী ইমুং-মনুংগী খৎনবদা য়াওশিনগদৌরিবনো অমসুং পাণ্ডবশিং অসিনা কৌরবশিংদগী হেন্না নঙোন্দা নকশিন্নবা মরী মতাগুম কাংলুপ অমবুনা হেন্না চানবিগদৌরিবা করিগীনো" হায়না হংখিবা মতমদা ইবুংঙোনা করি থুমখি? মদুগী পাওখুম অদু হৌজিক নিংশিংউ অমসুং মদুগী দৃশ্যদু নমিত্তা য়েংউ; নোংশা মচা অমগুম হঙ্গৎ-হন্দা চৎলদুনা ইবুংঙো মহাক্লা ঙংদুনা (খেক্লা) হায়খি, " করি হায়বা?" কৌরবশিং অসিবু ঐঙোন্দা পাণ্ডবশিংগা চপ মান্ননা নক্লবা মরীরা? নত্তে, মখোয়গা খক চপ মান্নবা য়ারোই। তাও, ঐগা পাণ্ডবশিং অসিগা করি মরীনা পুনশিনবগে হায়বদু হায়গে: "ঐগী হকচাং অসিগীদি ধর্ম্মরাজনা কোক্লি; আর্জ্জুন্না লেংজুম অমসুং পাম্বোমশিংনি; ভীম্না হকচাংগী মউ (পান্থী) অসিনি; নকুল অমসুং সহদেবনা খোঙ অনিসিনি। অসুম্না শেমস্ত্রবা হকচাং অসিগীদি কৃষ্ণনা থম্মোয়নি, থবাইনি। হকচাংগী কয়াৎশিং অসিনা থম্মোয়গী পাঙ্গলনা থবক তৌই: মদু য়াওদ্রবদি মখোয় মথবাই পান্দ্রে।"

"মদুদা লাউথোকখিবা অদুনা ঐখোয়দা করি হায়রিবনো? মদুনা তাক্লিবদি, থম্মোয় অদু চৎস্রবদি ঐখোয় পাণ্ডবশিং অসি মথবাই পাল্লরোই হায়বনি। ঐখোয় সংসার অসিদগী মাঙখিবা তাবনি। মতম কৌবা লাই অদুগী অবতার ওইবিরম্বা ইবুংঙো মহাক্লা ঐখোয়বু মঙোন্দা তিনজনবা হোৎনবিরি। ঐখোয় মহাক্লা কৌরকপা অদুগীমদক থৌরাং তৌবা তাবনি।

"কলি যুগ লাক্লে হায়বগী মসিনা মতিকচারবা প্রমান্নি। কৃষ্ণনা সংসার অসি থাদোকখিবা নুমিৎ অদুমক্তগী দ্বাপর যুগকী থোঙ থিংজিনখ্রে অমসুং কলি যুগকী থোঙ হাংদোকখ্রে। নৎলমদ্রবদি, অসিগুম্বা ফত্রবা শক্তিশিং অমসুং ফত্রবা পুক্লিংশিং (মীশিং) অসিনা অথিংবা লৈতনা কোয়চৎ চৎপা ঙমগদ্রা?

মঙোন্দগী কাপথোকখিবা লাইগী তেনজৈ খুদিংমক্তা শোনগদবা মন্ত্রশিং অদু লান্ কন্না অমদি তমথিনা শোক্লরিঙৈদা ফাওবা কাওখিদ্রবা আর্জ্জুন্না অদুগুম্না তমথিরবা, চাউখৎত্রবা মীওইশিং অদুনা নুপী-অঙাংশিংদা লান্দরকপগী খ্বাইদগী চীরবা, খুদোং থীরবা তাঞ্জা অদুদা মন্ত্রশিং অদুবু কাওখিগদরা? মসিগী য়াম্না অৱাবগী মশক ওইরবা থৌদোক অসি কলি যুগকী মতম কৌবা লাই অদুনা তশেংনা থোকহনস্লবনি।"

মতাং অসিদা নকুলসু য়াওশিল্লকখি। মহাক্না হায়রকখি, 'ইয়াম্বশিং! নোংপোকথংবা অতিয়ানা নোংঙানগদৌরে হায়বা তাক্লি। ঐখোয়না মহারানীশিংদা অমদি লাই ওইরবী ইমাদা থোকপ্লিবা থৌদোকশিং অসিগী পাও পীরসি, ঐখোয়না পম্বা তৌদনা মখা করি তৌবা তাবগে হায়বদু লেপ্পরসি। শ্বরনা হেক থাদোকখিবগা হকচাং অদু খুদক্তদি তুমলোইদনা, নত্রনে? তৌবগীবুদি কৃষ্ণনা থাদোকখিবা হেক মিকুপ্তগী ঐখোয়গী হকচাংদগী থৱাইদি চংস্রে, কয়াংশিং অসি ঙাইহাক্কিদি লুম্বু-লুম্বু শাখিনিদনা। ঐখোয়সু ঙসি নত্রগা হয়েংদি কৃষ্ণগী মনাক্তা য়ৌবা তাবনি। অৱাবা ৱাখল অমসুং মৈচাক অসিনা ঐখোয় মতম অমুক মাঙহল্লগুমসি। মথং ঐখোয়না চংকদবা লম্বী অদুগী মরমদা খল্লসি অমসুং খোঙচৎ অদুগীদমক শেম-শারসি।" মীপুম খুদিংমক্না অশিংবা, থাদোকপগী ৱাখলনা পীক থল্লবা ৱাফম অদুদা য়ানখি।

দ্রৌপদি, সুভদ্রা অমদি অহল ওইরবী মমা অদুদা পাও অদুনা করি ফল ওইহল্লক্কদগে হায়বগী মতাংদা লাংতক্লবা খরা লৈখি; অদুবু লাংতক্লবদু মখোয়না থোইনা খনখিদ্রে অমসুং পাও অদু তম্লবা লেপ্লপ্রে। মরমদি, ইবুংঙো মশামক চংস্লবা মতমসিদা, কনানা কনাদা করি থোক্কনি হায়না লাংতক্লগদৌরিবনো? খ্বাইগী ময়াম্বা অহল ধর্ম্মরাজনা মমাগী মনাক্তা চংপিগদবনি হায়না মচিন-মনাওশিং অদুনা লেপ্লখি; মখোয়না মদুনা হেন্না মরম চাবা ওইগনি খনখি।

নুংঙাইবগী মতমদি থুনা হৌখি, অৱাবগীদি হৌখিদে। মীওইবনা নুংঙাইরিঙৈদা, মতম্না য়াম্না য়াঙনা চেনখি, হৌখি; মখোয়না অৱাবদা তারিঙৈদদি মসিনা য়াম্না তপ্না চংলি। অৱাবা হায়বসি শাংস্লবা চীংশাং অমগুম লুমই; মদু অরোইবা ঈচাওগুমই। (বাইবলদা য়াওখিবদুনি) ধর্ম্মরাজগী সহরগী কোনুং অদু ইন্দ্রপ্রস্থদা ওইরবসু, থাইনগী অহল-লমনগী সিংহাসন্দি অদুম হস্তিনাপুরদা

লৈরমই, মরমদি মহাভারতকী লান অদুনা নিংথৌগী থারাগী যুবরাজশিং অমসুং অতৈ মরী মতাগী অহল ওইরবা মচা-মশুশিং পুম্নমক পুথিবদগী মফম অদুগী মতিক মগুন খর মাগুখি। মরম অদুনা ধর্ম্মরাজনা মতম খর ইন্দ্রপ্রস্থদা লৈখি অদুগা চহী অদুগী লেমহৌরিবা শরুক্কা হস্তিনাপুরদা লৈখি। মদু খণ্ডদবদগী আর্জ্জুন্না ইন্দ্রপ্রস্থদা চৎখি অমসুং ধর্ম্মরাজ লৈরমদ্রবদা দ্বারকাদগী লাকখিবী, চাউখৎত্রবা হিংচাবশিং অদুদগী কন্দুনা পুরকখিবী নুপী খরদু মফম অদুদা থনম্লগা মহাক মতোমদা হস্তিনাপুর য়ৌখি। মহাক্কা লোয়ননা দ্বারকাগী নুপা মরক্তা মথন্তা হিংহৌবা যাদব শাগেগী বজ্র কৌবা কৃষ্ণগী মশুনুপা অণাং অমখক অদুগা লোয়নখি; মহাক মথন্তা হিংহৌবদুদা অদুক্কি মতিক ৱাজখি মদুদি মহাক অমম্বা কা মনুংদা চণ্ডদুনা লোংখি অমসুং মতম পুম্নমক্তা মায়থোঙ লাংশিন্না, নুংশুক-নুংজাননা মথন্তা লৈখি।

মমা ইবেম্মা কুন্তি মহারানীনা সেবারী নুপী অমদগী ঙইহাক্কী মমাংদা আর্জ্জুন য়ৌরকপ্রে হায়বসি তাখিরমই। কুন্তি দেবীনা অহিং চুপ্পা তুমদনা আর্জ্জুন্না মাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্কনি অমসুং দ্বারকাদগী পাও খর তল্লগনি হায়বগী আশা তৌদুনা ঙাইখি; মহাক্কা থাংমৈশিংদু থানগত্তুনা থমখি; মহাক তুমউ হায়বা য়াখিদে; মী লাকপগী খোঞ্জেল অমতং হায়ফেত্তং তাবদা হরাওদুনা হৌগৎখি অমসুং হায়খি, ও! ইচানুপা! ঐ নুংঙাইরে, নঙ লাক্লেদনা। করি পাও পুরকই'? মদুগী পাওখুম অমতা ফংদ্রবা মতমদা মহাক্কা মমিং পন্দুনা মাগী সেবারী নুপীদু মাগী কাদা কৌশিনখি অমসুং হংলকখি, "মসিবু করি হায়রিবনো? নঙনা ঐঙোন্দা আর্জ্জুন দ্বারকাদগী হল্লকপ্রে হায়খি, হায়খিদ্রনে? মহাক্কা হৌজিক ফাওবা ঐগী ইনাক্তা লাক্রিবা করিগীনো? নঙ লাল্লম্বা তারে, নঙ কনাগুম্বা অমা থুংলবা উরম্বা তারে অমসুং মহাক অদুবু আর্জ্জুন ওইনা লৌরম্বা তারে। মহাক করিগুম্বা হল্লক্লম্বা তারবদি, শোয়দনমক্কী মহাক মফম অসিদা খুদক্তা লাক্লমগনি।" অসুম্না, কুন্তিনা অহিং অমা তুমদনা আশা অমসুং নিঙবা কায়বা অনিগী মরক্তা লেনখি।

নোং ঙানখিরমই, মীপুম খুদিংমক মশা-মশাগী থবক্তা মথৌ চিন্নখি। মরক অসিদা মাগী মপুক্লিংদা ৱাহং কয়ামরুম মওন-মওন লাকখি। আর্জ্জুন্না ঐগী ইনাক্তা লাকখিদ্রিবসিবু করি মরমগী ওইরিগদগে? মহাকপু তশেংনা

হন্নক্লন্নগদ্রা? রাজনিতিগী অথুবা সমস্যা খর মচিন-মনাওশিং নোংঙাল্লমদাই ফাওবা নৈনদবা য়াদবদগী লাকপা ঙমখিদ্রবরা? নত্রগা লাকপগী রামনপ্রদুনা অহিং অদুদা উনদ্রবসু নোং ঙাল্লগা মমা উনরগে খনখিবনরা? নত্রগা দ্বারকাদা অরুবা রাফম খর লৈবদগী মদু কৃষ্ণনা ধর্ম্মরাজগা উনরগা মাগী মোত অমসুং করম্না শান্তাইনগদগে হায়বদু তান্নবা কৃষ্ণনা হায়রকখিবনরা? অসিগুম্বা রাফম ময়াম অসিগী মরক্তা মমাগী মফমদা তৌফম থোকপা মথৌ কাওখ্রবা জাৎলা? তৌবগীবুদি, নোংঙানম্রবদি মহাক লাক্কনি, অশুম্না মশা মথন্তা মপুক্লিং থেমজিনজখি।

মরম অদুনা, মহাক্না পৃথিবী অসি পুম্নম মাল্লিঙৈদা হৌগৎখি; মহাক ঈরুজথোকখি অমসুং অনৌবা ফিজোল শেৎচিনখি অদুগা মচা লাকপা ঙাইদুনা লৈখি। তাঙ্গা অদুমক্তদা অতোপ্পা চিংনবা রাখল অমা মাগী পুক্লিংদা ফাওরকখি অমসুং মদুনা মপুক্লিংদু লাঙহনখি। নুমিদাং খুদিংগী মাগী মচা নুপা পুম্নমক তুম্মুরগে হায়বগী অমসুং মঙ্গল পীবিনবা মথং-মথং পরেং শানা শোয়দনা লাকই। অদুবু মদুগী অহিংদুমদি কনা অমতা লাকখিদ্রিবা করিগীনো হায়বসিদা মহাক ঙকখি। মসিমক্না মাগী লাংতক্লবদু য়াম্না হেঞ্জিনখ্রে। মহাক্না দ্রৌপদি অমসুং সুভদ্রাগী কাদা মনাই নুপী থাখিরমই; অমসুং মচিন-মনাওশিং অদু কনা অমতা নুমিদাংগী চাক্লেন চাখিদে হায়বসি খঙখিরমই! কুন্তিদু অমুক্তা হেন্না লাঙতক্লখি।

অসুম্না মাগী পুক্লিংদু অরাবা রাখলনা অকনবা চৈথেং পীরিঙৈসিদা অহল ওইরবী মনাই নুপী অমনা চংলকখি অমসুং ধর্ম্মরাজনা আর্জ্জুনগা লোয়ননা মাগী কা তম্না লাকহৌরে হায়না পাও তম্লখি। কুন্তীদু মখোয়না করি হায়রগদগে হায়বা রাখলদা কিরমই, মতম কুইনা উনদ্রবা মতৃংদা আর্জ্জুন উনগদৌরে খনবদা নুংঙাইজখি, অমসুং যাদবশিংগী পাও তানিংবনা মশাদু খৌরাংলমই। আশা ময়াম অসিনা মাগী রাখলদু পুমতোৎ তোৎলমই। মাগী লাঙতক্লবা রাখলশিং অদু ফাজিনবা ঙমদবদগী মশাদু নিক্লমই।

ধর্ম্মরাজ চংশিল্লকখি অমসুং মমাগী মখোঙদা তুজখি; মহাক তুমিন্না লেপখি। আর্জ্জুন্দি ফনা কুইনা মমাগী মখোঙদগী হৌগৎপা ঙমখিদে। কুন্তিনা মঙোন্দা থেমজিন রাহে হায়খি। "ইবুংঙো! নঙনা করম্না ঐঙোন্দগী অশুম্না কুইনা উনদনবা হোৎনম্রিবনো?" মহাক্না য়াম্না নুংশিনা আর্জ্জুনবু নানখি,

অদুবু মহাক্কা আশীবর্বাদকী ব্রাফম হায়দ্রিঙৈদা নত্রগা মশা-মউ কমদৌরিগে হায়না হংদ্রিঙৈদা, মহাক্কা হংখি, "আর্জ্জুন! নহাক ঙরাং নুমিদাং থুংলখি হায়না তাখি; মদু চুম্বা? নঙনা নুমিদাং অদুদা ঐগী ইনাক্তা লাকখিদ্রিবা করিগীনো? মতম কুইনা উনদ্রবা মতুংদা মচা অদু হল্লকপ্রে হায়বা তারবদা মচাদু উনদনা মমা অমনা কমদৌনা ঈংনা তুম্বা ঙমগদৌরিবনো? ফরে, ঐ য়াম্না নুংঙাইরে, নঙ হৌজিক নোং ঙানবগা লাক্লেদনা পাওদু হায়রো। নঙগী নকুবোক, ননেম্বোক অমসুং নপুবোক নুংঙাইরিবা নত্রা? ঐগী ইপ্পা, বসুদেবদু হৌজিক্তি য়াম্না অহল ওইরে; মাদি কমদৌরি? মহাক চংথোকপগা ঙম্লিব্রা? নত্রগা ঐদৌনা মহাকসু ফমুংদদা লৈরব্রা?" মহাক ঐদৌনা মীগী মপান লোয়না তাংদুনা মীনা সেবা তৌরিব্রা?" মহাক্কা আর্জ্জুনগী মখুৎ পায়রমই অমসুং মাগী মমিৎ অদু আর্জ্জুনগী মমায়দা মুন্না য়েংলমই। খুদক্তা মহাক্কা হংখি, "ঐনা উরিবসিবু করিনো, ইচানুপা? নঙবু করম্না অসুক মুশিল্লমলিবনো? নমিৎ অদুনা করিগী পোমথোক্লিবনো অমসুং অসুম্না ঙাঙলিবনো?

"ঐহাক ভাব তারে! দ্বারকাদু য়াম্না লাপই অমসুং শাংলবা জঙ্গলগী খোঙচৎ অদুনা নঙোন্দা য়াম্না ৱাহল্লে। উফুলনে অমসুং নুমিৎকী মৈশানে অদুনা নহাকপু য়াম্না শোকহল্লে; লদ্বী অদু চৎপগী অৱাবা, চোকথবা অদু নঙগী মায়থোঙনা উৎলে। মদু ওইরসনু। ঐগী শ্যামসুন্দরনা, ঐগী কৃষ্ণনা নঙোন্দা, ঐঙোন্দা করি হায়যু হায়রকই? মহাক মফম অসিদা করম্বা মতমদা লাক্কনি? নত্রগা মহাক ঐবু উননিংদ্রবরা? মহাক করি অমতা হায়রক্ত্রা? থাঙ্গেশেংবদি, মহাক বাসুদেবনি, মহাক্কা লৈনিংবা মফম অমদগী পুম্নমকপু লোয়না উবা ঙমই। ঐনা মাবু করম্বা মতমদা অমুক হন্না উনগনি? মহাক্কা লাক্লিফাওবা মসিগী অমুম্বা উহৈশি উথক্তা অদুম পানখিগদরা?

মহাক্কা ৱাহং কয়া হন্না হন্না হংখিরমই অদুগা মশানা অদুম পাওখুমসু হন্না হন্না পীখিরমই। মহাক্কা আর্জ্জুন নত্রগা ধর্ম্মরাজনা মখোয়না হায়নিংবা ৱা ঙাঙনবগী তাঞ্জা অমতা পীখিদে। আর্জ্জুনগী মমিত্তগী অথিংবা লৈতনা মপি শিন্থরমই। কুন্তিনা মসিগী অঙকপা থৌদোকসি মুন্না য়েংলমই। মহাক্কা আর্জ্জুন্দু হেন্না মনাক নকশিন্না চিংশিল্লমই অমসুং মাগী মকোক অদু আর্জ্জুনগী মরেংবান্দা ঙাথখিরমই। "ইচানুপা, আর্জ্জুন! করি তৌরবগে? ইমাদা হায়যু।

ঐহাক করিগুম্বা মতমদা নঙগী নমিত্তা নপি উখিদ্রি। গোপালগা নঙগা খৎনরক্লবরনে? অদুগা মাগী মনাক্তা লৈবদা মতিক চাদ্রে হায়দুনা নঙবু তাম্থোরক্লবরনে? অসিগুম্বা য়াম্লা অৱাবগী মশক ওইরবা থৌদোক অমা নঙোন্দা থোকপ্রবরনে?" মহাক অৱাবনা মশাদু খুদুম চনখিরমই, অদুবু মানা হেক ওম্বমখে মচাবু থেমজিন্নবা হোৎনরমই।

মতম অদুদা, ধর্ম্মরাজনা মখুৎ অনিনা মাগী মমায় অদু খুমজিনখি অমসুং মখোল থোক্লা হিক-হিক কপখি, "ইমা! নঙনা হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়গী বাসুদেবগী মরমদা ঙাঙলি? মহাক্লা ঐখোয়বু থাদোক্লম্বা নুমিৎ ১০ নি শুপ্রে। মহাক মশাগী লৈফমদা অমুক হন্না চৎপ্রে। য়াদব পুম্নমক লোয়না শিপ্রে।" মহাক্লা অসুম্না ঙাঙলিঙৈদা ফাওবা কুন্তিনা মমিৎ লাওনা পাঙথোকখি, হংলকখি, "করি হায়বা? ঐগী গোপাল-- ঐগী নন্দনন্দন-- ঐগী থম্মোয়গী মণি-- থম্মোয়গী--মহাক্লা সংসার অসিবু পাখ্রা ওইহল্লম্নবা? হো কৃষ্ণ--কৃষ্ণ--" --অসুম্না কৃষ্ণ থিরুগদবগী মতৌগুম, মিকুপ অদুমক্তদা, মহাক নোঙ্গাখি।

## পন্দুপ্ তরাহুমদোইশুবা

# পরিক্ষিৎনা সিংহাসন কাবা

শ্যামসুন্দরনা চৎখিবা লম্বী অদুদা কুন্তী দেবীসু চৎখ্রে। মদুদা লৈহৌরিবা হায়ববু থরাই য়াওদ্রবা হকচাং অদুদা ঙায়রে। আর্জ্জুন্না লাউনা কপখি, "ইয়াম্বা, ঐনা করি হায়সিগে? ঐখোয়গী ইমা লৈখিদ্রে।" মনাক্তা লেপলিবা ধর্ম্মরাজদু অরাবা নুংঙাইতবা রাখলনা অকনবা চৈথেং পীখি; মমাগী হকচাং অদোমদা চংশিনখি অমসুং মমাগী মমায় অদু কুচু তাইফেৎ তাইরম্বা উবদুদা মশাদু উংদুনা লেপখি।

থোঙগী মপান্দা মনাই-নুপীশিং অদুনা আর্জ্জুনগী রাহৈশিংদু তাখিরমই অমসুং মখোয়না কা মনুংদা থুনা য়েংশিনখি। কুন্তী দেবীগী হকচাং অদুনা লৈমায়থক্তা তাদুনা লৈরমই; আর্জ্জুন্না মমাগী মকোক অদু মাগী মতম্বাক্তা থাঙ্গৎলমই, মমিত্তা ইরা চেন্না মমাদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরমই। কোনুংগী নুপীশিং অদুনা পাও অদু মথং মথং শন্দোকখিরমই; মখোয়না কা মনুংদা চংখি অমসুং য়াম্না মতিক মগুন লৈবী, চীংলেম্নবী মহারানী অদু অমুক হল্লক্লরোইদবা মওংদা মখোয়বু থাদোক্লম্লে হায়বসি ভাব তাখি। থম্মোয় কায়নিংঙাই ওইরবা অরাবা থৌদোক অদুদা মখোয় কপখি।

অসুম্না তৌরিঙৈ মরক অসিদা, মনুংগী কাদা লৈবী মহারানীশিংদা পাও অসি য়ৌখিরমই। মিকুপ অমগী মনুংদা অরাবা পাও অদুনা হস্তিনাপুর পুম্নমক শিন্থুংখিরমই। মহারানী পুম্নমক য়াম্না রাখিরমই; খোঙফম চুম্না থাংবা ঙমখিদে; অরাবা মৈচাক্না মথবাক্তা খুদুম্না শুরমই। কোনুং অদুগী মীয়াম পুম্নমক্তুগী অরাবগী লোইবা নাইদ্রবা ঈচেল অমনা কা অদুদা চেনশিনখি। ভীম, নকুল, সহদেব অমসুং মন্ত্রি পুম্নমক অরাবগী ঈপাক্তা তাখিরমই।

মফম অদুদা ওইরিবা ফিভম অদু হায়নিংঙাই লৈত্রবা অরাবনা পিক থনখি। মচানা দ্বারকাদগী পুরকপা পাও তাগনি হায়দুনা মিনিট খরগী মমাংদা ঙাইজরম্বী কুন্তীদেবীনা অসুক থুনা শিগনি হায়বসি কনা অমতনা থাজবা ঙমখিদে।

লাকখিবা অমসুং মদুবু উখিবা মী পুম্নমক বা অমতা ঙাঙদনা তুমিন্না লেঙদনা চপ-চপ লেপ্লখি। মনাইশিংনা তেংথারকপগী খোঞ্জেল, মহারানীশিংনা কপলকপগী খোল্লাও অমসুং মচাশিংগী অৱাবা মায়থোং অদুনা খ্বাইদগী কল্লবা নুঙগুম্বা থম্মোয়শিং ফাওবা শৌদোকহনখি, মৈচাক অদু ফাওহনখি।

ধর্ম্মরাজনা খুদিংমকপু থেমজিনখি অমসুং অৱাবা মৈচাক খাঙনবা থৌনা খরা হাপখি। মহাক্না মখোয়দা হেঞ্জিন্না ৱাদনবা হায়খি। মহাক মপি তাখিদে; খুদিংমক্তা মানা মানা তৌগদবা মথৌ পীরদুনা অমসুং পুক্লিংগী অৱাবা ফাজিন্দুনা মহাক থৌনা ফনা কোইচৎ চৎলমই। মহাক্কী মশা ফাদজখিবা অদু উবদা মীপুম খুদংনা ঙক্লখি। মন্ত্রিশিং অদুনা মনাক্তা চংলকখি অমসুং হায়খি, "হে মহারাজ, নহাক্কী অৱাবা য়াওদ্রবা মায়থোং অদু উবদা ঐখোয় কল্লক্কবা ঙমদে। নহাক্না নমাবু য়াম্না ব্যবহার তৌখি অমসুং মহাকপু নঙগী পুন্সিগী শ্বরগুম্না সেবা তৌখি। নমা শিখিবা অসিদা নঙগী থম্মোয়না করি মতা থৌশাদবগুম, অৱাবা ৱাখল পীদবগুম তৌরিবসি কমদৌননো?" মখোয়গী লাংতক্লবা ৱাখল অদু উবদা ধর্ম্মরাজনা মোমোন নোকখি। "মন্ত্রিশিং পুম্নমক ইমানা শিখিবা মওং অসি হেক খল্লুবদা ঐহাক মীহৌবা ৱাখলনা ইশাসি পিক থল্লি। মহাক্তি তশেংনমক খ্বাইদগী মরাইবক ফরবীনি। কৃষ্ণনা মাগী শ্বর্গগী য়ুম অদুদা চৎখ্রে হায়বগী পাও হেক তাবদা পৃথিবী অসি মাগী থৱাইদগী থাদরকখি। মহাক খুদক্তা য়ুম অদুগীদমক্তা চৎখি, মরমদি, মহাক্না ইবুংঙো মঙোন্দগী কায়নবগী মৈচাক অদু খাঙবা ঙমখিদে," ধর্ম্মরাজনা হায়রকখি।

"ঐখোয়দি খ্বাইদগী লাইবক থীরবনি। ঐখোয় ইবুংঙো মঙোন্দা অসুক্কী মতিক নকখি; ঐখোয়না মঙোন্দগী চাংজৌ-নায়দ্রবা নুংঙাইবা ফংজখি; ঐখোয়না মহাক লৈখিদ্রে হায়বসি তাখি; অদুবু, ঐখোয় হৌজিকসু অদুম্ হিংলি! ঐখোয়না মঙোন্দা ভক্তি লৈ হায়না ইশানা খঞ্জরিবদু তশেংনা লৈরম্বা তারবদি ঐখোয়সু মহাক্কৌনা অৱাবা পাও অদু হেক তাবা মতমদা হকচাং অসি থাদোক্লম্বা ঙমলমগদবনি। কয়াদা ইকায়নিংঙাইনো! ঐখোয়দি পৃথি অসি লুম্নবা পোকপনি। ঐখোয়গী চহি পুম্নমকসি অরেম্বনি, কান্নদ্রবনি।"

শ্রীকৃষ্ণ শিখ্রে হায়বা পাও হেক তাবদা কুন্তী দেবীদু শিখ্রে হায়না মীয়াম প্রজা পুম্নমক্না তাবা মতমদা, মখোয়না হেন্না মখোল খোক্না কপ্লখি; মরমদি কৃষ্ণ

লৈখিদবগী অব্বাবা মৈচাক অদুনা চীংলেন্নবী মহারানী অদু লৈখিদবগী অব্বাবা মৈচাক্তগী য়াম্না হেনখি। পুম্নমক্না মখোয়গী শাজত্তা খুদক্তা হৌরকখিবা অঙাওবগুম তৌরমই; অয়াম্বনা মশাগী মকোক্তু ময়ুমগী ফক্লাংদা য়েশিনখি; মখোয় য়াম্না অব্বাবগী ৱাখল ফাওখি অমসুং কনা লৈজদ্রবগুম খনখি।

অচাকপা মৈদা পেত্রোল হৈজিনবগী মতৌনি। অনি লৈখিদবগী খাঙওমদ্রবা অপুনবা অব্বাবা মৈচাক মরক্তুদা ধর্ম্মরাজ মথন্তমক ইংনা লৈরমই। মহাক্না মহারানীশিং অদুবু থেমজিনখি; মহাক্না খুদিংমক্তা য়াম্না থোং-মেঙনা অমসুং থাজহন্না ঙাঙখি; ইমা লৈখিদবগী তেংথাবনা নত্রগা ইবুংঙো চৎখ্রবগী তেংথাবনা করি কান্নগনি হায়না মখোয়দা মহাক্না হায়খিরমই। মখোয় অনীমক মাঙজৌননা হান্না য়াৎথোকখ্রবা থৌরাং অমগী মখাদা চৎখ্রবনি। "হৌজিক্তি তৌফম থোকপা খোঙথাংশিং থাংজিন্দুনা ঐখোয়গী ইরাইরক অসি মপুং ফাহনগদবা খক্তা ঙাইরে," মহক্না হায়খি।

ধর্ম্মরাজনা মনাক্তা আর্জ্জুন কৌশিনখি অমসুং হায়খি, "আর্জ্জুন! নুংশিরবা ইনাও! ঐখোয় অমুক মখা-তানা পন্থরগুমসি; ইমাগী সংস্কার খুদক্তা হৌরগদবনি; ঐখোয় পরিক্ষিৎপু নিংথৌরেলগী লুহৎ উপ্লিরগদবনি; ঐখোয় ঙসি অহিংসিমক হস্তিনাপুর থাদোক্কদবনি; মিকুপ খুদিংমক ঐঙোন্দদি চহি অমগুম্লে।" ধর্ম্মরাজগী মশাদু পুরা থাদোক্লবগী ৱাখলনা পিক থনখি। অদুবু আর্জ্জুন্না অমুক্তা হেন্না থাদোকপগী ৱাখলনা মশাদু থল্লমই। মহাক্না মমাগী কোক অদু মতম্বাক্তগী থাঙ্গৎখি অদুগা লৈমায়থক্তা থমখি। মহাক্না নকুল অমসুং সহদেবদা পরিক্ষিৎকি সিংহাসন কাহন্নবগী থৌরাং তৌনবা য়াথং পীখি। মহাক্না অতৈ-অতৈশিংদা, মন্ত্রিশিংদা, ওফিসারশিংদা নিংথৌ অমসুং যুবরাজশিংগী য়াথং মতুংইন্না থৌরাং পুম্নমক শেম শানবা পাওতাক পীখি। মহাক তশেংনা মথৌ য়াম্না চিল্লমই। ভীম্না মশামক মমাগী সংস্কারগী শিন লাঙবদা য়াম্না মথৌ চিল্লমই।

কোনুং অদুদা ওইরক্লিবা অঙকপা থৌদোকশিং অদুদা লৈবাক্কী মন্ত্রিশিং, প্রজাশিং, পুরোহিৎশিং, গুরুশিং অদু অঙকপা, য়ানিংবা অমসুং অবাবগী ৱাখল ময়াম অসিনা মশাদু থনখিরমই। মখোয় অব্বাবা অমসুং নিঙবা কায়বগী ৱাখলদা লুপখিরমই, অদুবু মদু পুম্নমক্তু অমত্তা ফোঙদোকখিদে, মশা-মশাগী ওইনা অদুম খাঙনখি। মখোয় পুম্নমক্তুসু থাদোকপগী অকনবা ৱাখল অমগী ঈথক্লা মশাদা য়েরখি।

মশাদা অঙকপা ব্রাখল ফাওরকপদগী মখোয়না লাউরকখি, "ওহ্লোকপনি, মপলগা মমাহলগা খঙহৌদনা কোনুং থাদোকখি; মসিগী অব্রাবা ব্রাখল অসিগী মরক্তা কৃষ্ণ শিখিবগী পাও অদুনা মকোক্তা ব্রজ তাবগুম অব্রাবা পীখি; অদুদগীদি য়াম্লা থুনা মমা অমুক শিখি;অশিবা মমাগী হুকচাং অদু তারিবা মফম অদুদগী সংস্কারগী পুথোক্ত্রিঙৈদা ধৰ্ম্মরাজনা অমুক সিংহাসন কাহন্নবগী থৌরাং তৌরি। অদুগা নিংথৌরেল অসিনা পুন্নমক লোয়না থাদোক্লবগী থৌরাং তৌরি - শক্তি, লনথুম, মশাগী ফম, মপুওইবা অদুগা মচিন-মনাও পুন্নমক্তা লোয়ননা জঙ্গলদা চৎনবা থৌরাং তৌরি। হায়রিবা পাণ্ডবশিং অসি খক্তনা মসিগী লেঙদ্রবা থৌনা অমসুং থাদোকপা অসি ঙম্লি। অতৈ কনা অমতনা মসিগী থৌনা অসি লৈবা ঙমদ্রি।"

য়াম্লা থুনা সংস্কারগী আজা-পুজা পাঙথোকখিরমই; ব্রাহ্মিনশিং অদু কৌশিনখি; ধৰ্ম্মরাজনা নিংথৌ হাপ্লগী থৌরম অদু য়াম্লা চম্বা মওং অমদা পাঙথোক্লবা লেপখি। মখাথাবা নিংথৌশিং, কাংগৎ কারীবা মকোকথোংবশিং নত্রগা ইন্দ্রপ্রস্তদা লৈবা প্রজাশিং অমসুং নিংথৌগী মরী-মতাশিং ফাওবা অমতা বার্ত্তন তৌখিরমদে।

তৌবগীবুদি, ভারতকী নিংথৌশিংগী শাগৈদা সিংহাসন কাবা, লৈবাক্কী মপু অদুনা অশেংবা নোংশাগী সিংহাসন অদুদা ফম্বা হায়বসি মহৌশানা য়াম্লা পাকচাউনা লেম্লা পাঙথোকপা থবক অমা ওইরকই। নুমিৎ/তারিক অদু থা কয়াগী মমাংদা লেপথোকই; য়াইফরবা মিকুপ অদু য়াম্লা চেকশিন্না য়েংলগা খল্লি; অমসুং য়াম্লা ফজবা চীংলেম্বা থাক অমদা মরাং কায়না শেম শাব্রা দরকার ওই। অদুবু মিনিট খরগী মনুংদা মনাক্তা লৈরম্বা অফংবা পোৎ অমসুং মী শিজিন্নদুনা খুদিংমক থৌরাং লোইশিনখি। পরিক্ষিৎ শেংনা ঈরুথোকহনখি, মনি-মুক্তাগী সিংহাসহন অদুদা পুশিনলকখি। মহাকপু সিংহাসহন মথক্তা থমখি অদুগা ধৰ্ম্মরাজ মখুৎমক্লা মনি-মুক্তানা থাম্লবা, লৈতেংলবা রাজ-শক্তিগী লৈ-পরেং অদু মাগী মকোক্তা থম্বা, হুকপা মতমদা হোল অদুদা লৈরিবা মী পুন্নমক অব্রাবা ব্রাখলনা কপ্লখি। লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্লা য়াম্লা হরাও-নুংঙাইবা ব্রাখলগা লোয়ননা লৌগদবা রাজ-শক্তি অদু অঙাং অদুদা তেংথা-নাওইবা অমসুং হিক-হিক কপ্লা খোঞ্জেলগা লোয়ননা নমদুনা পীশিনখি।

নৌনা নিংথৌরেল হাপপ্রবা পরিক্ষিৎ অদু কপলমই; মাদসু নত্তে, মখুৎনা নিংথৌ হাপীখ্রবা ধৰ্ম্মরাজ মশামক্তু মানা হেক ঙম্বমখৈ খাঙনবা হোৎনরবদসু

ওমদ্রদুনা মমিত্তগী পিরাং শিন্থখি। য়েংলিবা পুম্নমক্কী থস্মোয়বু অব্রাবা মৈচাক্তুনা কায়হনখি। বিথিনা/লাইবক্লা তমন্ত্রবদা কনানা মদুবু থিংবা ওমগনি? বিথিনা, মানা থবক অদুবু পাওথোক্কদবা মওং অদুদা, মফম অমসুং মতম অদুদা অদুম থবক্তু তৌই। মীওইবা হায়বসি বিধিগী মমাংদা করিত্ত নত্তে, করি অমতা তৌবা ওমদে; মহাক্কী উপাই লৈতে।

পরিক্ষিৎ অসি নিংথিনা পিজ্জ পিথক্তুনা য়োক্লককখিবা ধর্ম্ম লৈবা অওাং অমা ওইরমই। মায়থোং খুদিংমক্তা তারিবা অব্রাবগী শক্তম অদু মহাক্লা য়েংখিরমই; কোনুংদা থোকস্ত্রিবা থৌদোক খুদিংমক মহাক্লা খণ্ডজিনখি; মহাক্লা সিংহাসন মথক্তা ফমখি, মদু অহলশিংগী য়াথং হিক্তোক্লোইদবনি হায়না মহাক্লা খনখিবননি; অদুবু, খুদক্তা মহাক্লা ধর্ম্মরাজগী মখোওদা তুজখি অমসুং য়াম্না থস্মোয় শোক্লা হায়জরকখি, "ঈশ্বরগী মশক ওইরবা ঐগী মবুংঙো, (My Lord) নহাক্কী অনিংবা খুদিংমক ঐনা ইকায় খুম্নজগনি অমসুং ইনজগনি। অদুবু চানবিদুনা ঐবু থাদোকপিগনু অমসুং ইথক্তা থম্বিরমগনু।"

মহাক্লা মখোওদা পায়রিবা মখুৎ অদু থাদোক্লমদে; মহাক অদুম কপখিরমই অমসুং হায়জরমই। অব্রাবগী মশক ওইরবা দৃশ্য অদু উখিবা পুম্নমক কপ্লখি; খ্বাইদগী থস্মোয় কনবা মী ফাওবা কপ্তবা ওমখিদে। মদু য়াম্না অব্রাবগা লোয়নরবা অকিবগী মশক ওইরবা দৃশ্যনি।

অওাং অদুনা মপুবোক আর্জ্জুনগী মখোওদা খুরুমজখি অমসুং য়াম্না মপুক্লিং নুংশিনা লাউরকখি "ইপু! লৈবাক অসি সাসন তৌবগী লুমস্ত্রবা পোৎলুম অদু ঐগী কোকথক্তা থাঙ্গৎপিরগা নহাক্লা করম্না থস্মোয়দা শান্তি লৈনা মফম অসিদগী চৎখিদৌরিবনো? ঐহাক্তি করি অমতা খণ্ড্রিবা অওাংনি। ঐদি য়াম্না পংজে; ঐদি খণ্ডজদবনি; ঐগী ক্লাস অমতা লৈতে; ঐহাক মতিক চাদে। মসি অচুম্বা থবক্ নত্তে; মথৌনা লৈরবা, রাজনিতি হৈরবা, লান্দা হৈশিংলবা অমসুং অশিংবা কয়াগী মীওইশিংনা মতম শাংনা পাম্লক্কবা লৈবাক অসিবু ঐগী কোকথক্তা থাঙ্গৎপা অদুগা জঙ্গলদা চৎখিবা হায়বসি নহাক্কী অচুম্বা ব্রাখল ওইরোই। মসিগী দায়িত্ব অসি অতোপ্পা কনাগুম্বা অমদা পুহনসি; ঐবুসু জঙ্গল অদুদা পুবিয়ু," মহাক্লা হায়জরকখি।

## পন্দুপ্ তরামরিশুবা

# পাণ্ডবশিং থোকখিবা

দৃশ্য অদু য়াম্না নুংশিবা য়াবা ফিভম্নি। পরিক্ষিৎ হায়রিবা পিক্লিবা অঙাং অদুনা মকোক্তা লুহুপ অদু উপ্পগা য়াম্না নুংশুক-নুংজাননা মপুবোক্কী মনাক্তা অমসুং অতৈশিংদা চংজখি অমসুং মখোয়গী মখোঙ অদু চেৎনা পায়রদুনা মহাকপুসু জঙ্গলদা চংহন্বিনবা হায়জখি; মহাক্না য়াম্না হরাওনা উরুশিং অমসুং উঁহৈশিং চাগনি, অশেংবা পুজাশিং তৌদুনা লৈগনি অমসুং নুংঙাইনা লৈগনি হায়না মখোয়দা হায়জখি। "চানবিদুনা লৈবাক্কী শাসন অদু ধর্ম্ম লৈবা মন্ত্রি খরদা শিন্নবিরমউ অমসুং ঐনা নখোয়বু সেবা তৌজবা য়ানবা অমদি ঐগী পুন্সি অসি মহৈ য়ালহনবা য়ানবা, নখোয়গা লোয়ননা চৎপা য়াহনবিয়ু," মহাক্না হায়জখি। মহাকপু হুন্দোপিরম্বদা অঙাং অদুনা ৱারিবা মৈচাক অদু উবদা, হোল অদুদা লৈরিবা ময়াম অদু মমিত্তা মপি তানখি। মহাক্না মথৱাই চাকপগী ৱাঙাংশিং অদু তারম্লবদি, নুজাওশিং ফাওবা মিনুংশিনা মখোয়গী থম্মোয়দু শৌদোক্লমগনি।

ধর্ম্মরাজগী থম্মোয়দা ফাওরকখিবা মিনুংশিগী ৱাখলশিং অদু য়াম্না থৌনা লৈনা নমশিন্নবা হোৎনখি; মহাক্না অঙাং অদু থাঙ্গৎখি অমসুং মতম্বাক্তা পমখি; মহাক্না অঙাং অদুগী মনাকোংদা থেমজিন ৱাহৈ কয়া অমসুং থৌনা লৈনবা ৱাঙাং কয়া হায়খি। "নুংশিরবা ইবুংঙো! অসুক য়াম্না অশোনবা ৱাখল খনবা মীতা ওইগনু। নহাক ভারত শাগৈদা পোকপা অঙাং অমনি; নোংশাশিংগী শাগৈদা য়াও অমা পোকপা য়াৱা? নঙগী নপা, নমা অমসুং নপু পুম্নমক মথৌনা লৈবা ঙাক্তনি, অচুম্বা ঙাঙবগী লম্বা লৈত্রবা অথোইবা ঙাক্তনি, মখোয়না পৃথিবী অসিদা মশাগী মিংচৎ থমখিবা ঙাক্তনি। অদুনা নঙনা অসুম্না কপ্পা হায়বসি মতিক চাদে। হৌজিক্তগীদি ব্রাহ্মনশিং অসিনা নঙগী নমা-নপাশিংনি, নপুশিংনি। মখোয়গী পাওতাক লৌ অমসুং মদুগী মতুংইন্না লৈবাক অসি সাসন তৌ। নঙগী নমিংগা চানবা, লেম্বা অমসুং মতিক মগুন অদু ঙাক্না হিংউ, চৎলু। ঐখোয়গীদমক্তা ৱাবদু তোক্লো।"

অদুবু, অহল্লশিংনা ফনা ঘেন্না নৌবগা লোয়ননা পাওতাক কয়া পীরবসু য়াম্না নুংশিবা মওংদা য়াদনা নিংঙাই তৌদুনা অদুম লৈরমই। মহাক্না তেংথাখি, "ইপু! ঐদি য়াম্না নৌরিবা অঙাংনি, ঐনা ইপুবু ভাব তাহন্নবা হায়বা হৈতে। মদু ঐহাক খঙই। অদুবু, তাবিয়ু; ঐহাক পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা ঐগী ইপা লৈখিদ্রে। ঐগী ইপা করিগুম্বা হিংলম্বা তারবদি মহাক্না ঐঙোন্দা পীবিরম্বা য়াবা নুংশিবা, লুনা তৌবাঅমদি চেকশিনবিবা পুম্নমক অদুগা লোয়ননা নহাক্না য়োকপিরক্নে। হৌজিক ঐহাক্না ঐগী মরুপশিংগা শান্নদুনা, কোইচেন চেন্দুনা, ঈশে শক্লুনা লৈগদবা মতম অসিদা চাউখ্রবা লৈবাক অসি ঐগী কোকথক্তা থাঙ্গৎপিরে। মসিবু অচুম্বা ওইগদরনে? আইন্না য়াগদরনে? অব্রাবা ব্রাখল অসিদা হুন্দোক্‌পিরম্বগী মহুত্তা নখুত্তা পায়রিবা থাংশাং অদুনা ইঙক অসি ককথৎলগা থম্বিরম্বনা হেন্না ফৈ। অব্রাবনি! ঐনা নখোয়দা করি অরানবা তৌরুদুনা ঐবু অসুম্না দণ্ডি পীগদৌরিবনো? ঐগী ইপা শিখিবা নুমিৎ অদুদা নখোয়না ঐবু ইমাগী গর্ভ মনুংদা লৈরিঙৈদা হাত্তোকপিরম্বা য়াদ্রা? ঐগী থব্রাই য়াওদ্রিবা হকচাং অদুবু হিংহনবিরল্লিবসে মসিগী থবক অসি পীবিনবা খক্কিরা? অসুম্না ওইনব্রা, নিঙাই তৌবগী মওং অসিদা পরিক্ষিৎনা মশাগী মরাইবকপু মতম শাংনা নিনদা তৌজরদুনা লৈখি।

আর্জ্জুন্না অঙাং অদুগী ব্রাহৈশিংদুদা কুইনা খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদে। মহাক্কী খুবাক অদুনা অঙাং অদুগী মচিন মেল্লমই, মহাক্না অঙাং অদুবু নুংশিনা তৌবিখি; অঙাং অদুগী মচিন্বান্দু মাগী মকোক্তা কোনশিনখি।

"ইবুংঙো! নহাক্না অসুম্না য়াম্না পাণ্ডবা শাজৎ চৎলবদি মদু ক্ষত্রিয় শাগেগী ইজ্জৎ মাঙনিংঙাইনি। ঐখোয়সু ইপা লৈখিদে; ঐখোয়সু লাইনিংবশিং অমসুং লম্বোইবশিংনা লুনা চান্না তৌবিদুনা য়োকপিরকপনি; কাইনথংদা, ঐখোয়গী ইখুরাগী নুংশিবা প্রেম ফংবা ঙমখিবনি অমসুং অব্রাবা খুরৌথাংবা কয়া লাম্হেংনরবা মতুংদা লৈবাক অসিদা মপু ওইদুনা পানখিবনি। ঐখোয়বু মতম চুম্নদা ঙাক শেনবিখিবা, লমজিংবিরম্বা অমসুং খোঙথাং খুদিংদা য়াথং পীবিরম্বা মহাক অদুনা শোয়দনমক্কি নঙগীসু নপা-নমা অমসুং লুচিংবা ওইবিগনি। নিঙবা কায়গনু; চহি খরদি ব্রহ্মনশিং অমসুং মন্ত্রিশিং অসিনা পীবা পাওতাকশিং ইল্লু। মতুংদা লৈবাক অসিগী সমস্যা পুম্নমক নশানা অদুম শান্তাইবা ঙমগনি," মহাক্না হায়খি।

পরিক্ষিৎতু থেমজিনবা ঙমখিদে। মহাক্না হায়রকখি, 'ইপু! নখোয়না হৌজিক সিংহাসন অসি অদুগা লৈবাক অসি থাদোক্লরা অমসুং ঐগী কোকথক্তা থম্বিরব্রা? ফরে, ঐগা চহি খরগা হেন্না লৈমিন্নখিসি, লৈবাক ব্রায়েল করম্না তৌগদগে হায়বদু তাম্বিয়ু, অমসুং নিতি-নিয়ম করম্না চৎকদগে হায়বদু তাকপিয়ু অদুদগী নখোয় চৎখিবা য়াগনি। ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজরমই অমসুং করি অমতা থৌ-ব্রা শাদনা, চেন-চোংদুনা, নীংতম্না শান্নরমই, মরমদি মদু ইপা লৈখিদ্রবসু ঐবু ঙাক শেনবিনবা ইপু লৈ হায়না ঐনা থাজখিবননি। হৌজিক, নহাকসু ঐবু থাদোকপিরবদি ঐগী লাইবক করি ওইহৌগনি? ঐগী আশা পুম্নমকসি নখোয়দা ওইরমবনি। ঐগী তাংজফম নখোয়না ওইরম্বনি। অদুগা নখোয়না ঐবু খঙহৌদনা নিঙবা কায়বদা লুপশিনবিরে অদুগা থাদোকপিরে। মহাক মখোন থোক্না কপখি, মদুনা উরিবা অমসুং তারিবা পুম্নমক্কী থম্মোয় কায়হনখি। অহলশিংগী মখোঙ পায়দুনা মহাক্না লৈমায়থক্তা ওন-থোইখি।

আর্জুন্না মখুৎ অনিনা মহাকপু থাঙ্গৎপিখি অমসুং কোনশিনখি। মহাক্না মরেংবান্দা তোংহনখি অদুগা নুংশিনা তৌবিখি। অঙাং অদুগী মখজাই মথক্তা মপি চদুম-চদুম চেন্থরকপদু তৈথোকপিখি। মরক অসিদা মশাগী মমিত্তগী মপি চেন্থরকপদু খাম্বা ঙমখিদে। অকোয়বদা পুম্নমক অসিবু লেপ্তুনা য়েংলিবা ব্রাহ্মনশিং অদুদা আর্জুন্না অঙাং অদুবু থেমজিনবিনবা হোৎনদনা চুম্না য়েংদুনতা লৈরিবা করিগীনো হায়না হংখিরমই।

অঙাং পরিক্ষিৎ অদুবু কমদৌনা থেমগদবগে হায়বসিদা মখোয় মশামকসু তশেংনা অব্রাবা ব্রাখলনা পীক থনখিরমই। মখোয়না হায়খি, "অঙাং অসিনা ঙাঙলিবা মচিন তুন্নবা ব্রাহ্মেশিং অসিনা তেঞ্জৈগী মতৌগুম্না ঐখোয়দা শোকহল্লি; মহাক্কি মথব্রাই শোকপা শকফম অসিনা ঐখোয়বুসু বুখি লৌশিং পুম্নমক্ মমহল্লে। ঐখোয়না মঙোন্দা হায়গদৌরিবসিবু করিনো? ঐখোয়না করম্না মহাকপু থেমজিনগদৌরিবনো? করিনা হৌজিক মঙোন্দা থৌনা পোকহনগদৌরিবনো?" অমসুং মখোয়সু অব্রাবনা খুদুম চনশিনখি।

ইমুং-মনুংগী ওজা ওইরিবা কৃপাচার্য্যনা মমৈথংদা মহাক্কি অব্রাবা অদু নমশিনবদা মায় পাকখি; মশাগী মমিত্তগী শিন্থরকপা পিরাংশিং অদু মাগী ফিজিনা তৈথোকখি; মহাক্না আর্জুন্দা অসুম্না হায়খি, "ঐখোয়না অঙাং অসিদা করি

হায়য়ু হায়রিবনো? ঐখোয় মঙোন্দা করি অমতা হায়নিংদে। ঐখোয় লোন থোক্তে। নখোয়না ঙসিমক লৈবাক অসি থাদোক্কদৌরি, মসি ঈতনা ভুরেল ওইনা চেনখ্রবা মতুংদা নখোয়না মায় পাকখিবনি, মসিগীদমক মীওই লাক্ষ কয়ানা মথৱাই থাখ্রবনি, মসিগীদমক নখোয়না চহী কয়া হোৎনরকখ্রবনি। মসিদা নখোয়না চহী-লিশিং অমা ফাওবা পাল্লক্ত্রি, নত্তে, চহী চা খর ফাওবা পাল্লক্ত্রি নত্রগা চহী ৭০শুনা ফাওবা পাল্লক্ত্রি। মতমগী ঈরোম্নুংদা করি লৈবগে হায়বসি কনানা হায়বা ঙম্বগে? তৌবগীবুদি, অচৌবশিংগী থবক্তি নুংগী ওইবা পান্দম খরদি লৈগনি। ঐখোয়বু ঙাকপিয়ু; নহাক্তি ঐখোয়গী মপুনি; নখোয়না খ্বাইদগী হেন্না ফজনা খঙলিবনি।" কৃপাচার্য্যাদু মকোক নোম্হদুনা লেপখি, মরমদি মহাকসু মথৱাই অদু য়াম্না ৱারমই।

ধর্ম্মরাজদা মাঙলোমদা খোঙথাং খর চঙশিল্লকখি অমসুং কৃপাচার্য্যদা হায়রকখি। "নহাক্না খঙলিবদুনি মদুদি ঐগী থবক খুদিংমকসি কৃষ্ণগী য়াথং মতুং ইন্না তৌখিবনি। ঐগী থবক খুদিংমক মঙোন্দা লোয়না কখোকখি। মহাক্না সুম্ তৌ হায়বখক্তুদা ঐনা তৌখিবতনি। ঐননি হায়বা ঐগী অপাম্বা নত্রগা হায়নিংবা অমত্তা লৈখিদে। ঐগী ইথৌ পুম্নমক অমসুং তৌফম থোকপশিং পুম্নমক্ ইবুংঙো মহাক্না লেঙখিবদগী লোয়না হম্থখরে। হৌজিক, ধর্ম্মরাজখক্তা হিংলুবগী করি কান্নগনি? ঐনা লৈবাক অসিদা মিনিট অমা ফাওবা লৈথবা ঙমদ্রে, মদু কলি যুগ লাকখিবননি। হৌজিক অঙাং অসি ঙাক-শেনবা হায়বসি নহাক্কি নথৌনি, লমজিংবিবা অমসুং সিংহাসন্দা নিংথিনা ফম্বা ঙম্নবা তম্বীবা নহাক্কি নথৌনি।' ধর্ম্মদা চেৎনা থাজবদু মাঙহনগনু; শাগেগী চৎনরকপদু অদুম চৎথৌ; ধারা অসিগী ইজ্জৎ-সনমান অমসুং মিংচৎ অদু মাঙহনগনু। মহাকপু নুংশিবিয়ু অমসুং নচাদৌনা য়োকপিয়ু।" অসুম্না হায়রদুনা মহাক্না পরিক্ষিৎকি মখুৎ অদু কৃপাচার্য্যদা শিন্নখি। ধর্ম্মরাজ য়াওনা অমসুং কৃপাচার্য্য য়াওনা মদুদা লৈরম্বা পুম্নমক্ অদু তাঞ্জা অদুদা মমিত্তগী পিরাং শিন্থনখি।

ঙাইহাক্কি মতুংদা, বজ্র (Vajra) কৌশিনখি; হায়রিবা নুমিৎ অদুমক্তগী ভারতকি নিংথৌরেলদি পরিক্ষিৎনা ওইরে হায়না পাও পীখি; মরম অদুনা, ব্রজনা লৈবাক অদুগী খ্বাইদগী মকোক থোংবা অমদা পীফম থোকপা ব্যবহার, থৌগল্লোন অদু পীখি। মন্ত্রিশিং অমসুং ব্রাহ্মনশিং অদুসু মতিকচাবা তৌফমথোকপা

কুম্মেগা লোয়ননা লৈবাক্কি ৱায়েল মপু ওইনা ব্যবহার সনমান তৌখি। মদুগী মথংদা ধর্ম্মরাজনা পরিক্ষিৎকি মখুৎ পায়খি অমসুং মদুগী মথক্তা বজ্রগী মখুৎ থন্নদুনা মহাক্না লাওথোকখি, "মহাক অসিনা বজ্রনি, যাদব শাগেগী মবুংঙোনি; হৌজিক মহাকপু ঐনা মথুরাগী অমসুং সুরসেনা লৈবাক্কি (Surasena State) নিংথৌ হাপলে।" মহাক্না বজ্রগী মকোক্তা মণি-মুক্তানা থাল্লবা সনাগী লুহুপ অমা উপ্পিখি। "নখোয় অনীমক্ নচিন-ননাও ওইয়ু, শান্তি অমসুং লানগী মতমদা অকনবা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মীচং ওইমিন্নৌ, খাইদোক্লবা য়াদবা মরূপ ওইমিন্নৌ", মহাক্না পাওতাক্কি মওংদা হায়বিখি। মহাক্না বজ্রবু নাকন্দা কৌদোকখি অমসুং পরিক্ষিৎপু মপাগা হেক পোকমিন্নবা মখুরাগুম ব্যবহার, সনমান তৌনবা পাওতাক্ পীখি; মহাক্না পরিক্ষিৎতা বজ্রবু মশামক্না অনীরুদধা মশামক্তা তৌগদবা ব্যবহার অদুগা চপ্ মান্ননা ব্যবহার তৌনবা পাওতাক পীখি; ধর্ম্মবু করি অমতা য়ৈখাই-থিনগাইবা লৈহন্দনা মখা অদুম চখ্যহনগদবনি হায়না মখোয় অনীমক্তা হায়বিখি অমসুং মখোয়গী প্রজাগী য়াইফনবা খনবা ৱাখল অসিমক মশাগী থৱাইগী শ্বরগুম্ মরুওইবনি খন্নবা হায়খি।

অদুদগীদি, পাণ্ডব মচিন-মনাওশিংদুনা বজ্র অমসুং পরিক্ষিৎ অনীগী কোকথক্তা মঙ্গলগী মশক ওইরবা চেংমরুশিং চাইশিনবিখি। মতম অদুদা ব্রাহ্মন-পুরোহিৎশিং অদুনা মরী লৈনবা মন্ত্রশিং শোনখি। বেল খোংগৎখি অমসুং পুঙ্ য়ৈবা হৌখি। মমিত্তা মপি চদুম-চদুম শিন্থনা বজ্র অমসুং পরিক্ষিৎনা ধর্ম্মরাজ অমসুং অতৈদা মখোঙ শাংনা তিংথোক্লুনা খুরুমখি। পাণ্ডব মচিন-মনাওশিংনা নুংশিরবা অঙাং-নৱা অনীদুগী মমায়দা য়েংবা ঙমখিদে; মখোয় অদু সংসার থাদোকপগী ৱাখলনা অসুক্কি মতিক্ খুদুম চনখি। মখোয়না সংসারগী ৱাংমদা থোকখিদ্রিঙৈদা থুনা অমুক্তং ফৎ লাওনা কোনবিরল্লগা অমসুং কায়নবগী নুংশি ৱাহৈ অমতং হায়রল্লগা, মশাদা শেৎলিবা ফিরোল অদু নত্তনা করি অমতা পুদনা মথং-মথং থোকখি।

মতাং অসিদা, মরী-মতাশিং, প্রজা পুম্নমক, মহারানীশিং, দরবারগী মীওইশিং অমসুং মনাই-নুপীশিং পুম্নমক্না থম্মোয় শোক্না কপ্প-লাউনবা হৌরকখি। প্রজাশিং অদুনা লৈবাক্কি মপু অদুগী লম্বী থৎখি অমসুং মখোঙ অদু চেংনা কোন্নবা হোৎনখি। মখোয় পুম্নমক্না মহাক চৎখিদনবা য়াম্না নুংশিনা

হায়জখি। মখোয় পুন্নমকপুসু পুবিনবা হায়জখি। মীওই খর অমদি খান্নবা কাংবুদু ইস্বোক্লন্নগা মচিন-মনাওশিংগা অদুগা লোয়নননা চেন্ন-চেন্ন চংখি। অদুম ওইনমক, পাণ্ডব মচিন-মনাওশিংদু অমুক্তা হন্না য়েংলকখিদে, মখোয় ব্রা অমতা ঙাওখিদে। মখোয়গী মনাকোংশিংদু হায়জবা পুন্নমক অমতা তাবিখিদে। মখোয়গী পুক্লিংশিংদু কৃষ্ণদা চপ যুংশিনখি; কনা অমত্তনা ঙাওবা তাদনা, কনা অমত্তদা হন্না য়েংদনা, অঙাও-অফৈগী ব্রাখলনা মমিৎ উহন্দ্রবা মীওইগুম, মখোয় চুমদ্রিংনা চংখি।

দ্রৌপদীনা মনাইশিংগা লোয়নননা মখোয়গী মতুংদা মবুংঙোশিংগী মমিং অমমম্ তোঙান-তোঙান কৌদুনা চেল্লকখি। পরিক্ষিৎসু লম্বীদা মখোয়গী মতুংদা তান্নরকখি, অদুবু মন্ত্রিশিংনা মহাকপু ফাদুনা পুখি, মখোয় মশামক্তা য়াম্না অব্রাবগী ব্রাখল পোক্লবসু মখোয়না মহাকপু থেমজিন্নবা হোৎনখি। অদুবু, পাণ্ডবশিং অদুদি করি অমত্তা থৌ-ব্রা শাবিদনা চংখি, মখোয়গী মতুংইল্লক্লিবা কাংবুদা লাক্কনসু হায়দে, নত্রগা লাক্লিংলিবা কাংবুদা য়ারেসু হায়খিদে। নুপা অমসুং নুপী চা কয়ামরুম্না হেন্না ব্রামনখিবদগী লেপখি অমসুং য়াম্না তেংথা-নাওইনা কোনুংদা হল্লকখি। মশা খর হেন্না কনবা কাংবুদি অদুম চংমিন্নখি। যুখল মরুমদদা লৈবী নুপীশিং অদুদি নুংশিৎ-নুংশাদা হৈনরক্তবনিনা য়াম্না থুনা মশাদু চোকথখি অমসুং ব্রাহ্মদুনা লম্বীদা তুখি। অব্রাবগী মশক ওইরবা থৌদোক অদুদা তেংথারিবী মনাই নুপীশিং অদুনা মখোয়গী সেবা তৌবিখি; খর অমদি জঙ্গল ফাওবা চংখি, অদুবু লম্বাং-তুহাংগী অকিবা ফিভম অদুদা মখোয় য়াম্না থুনা হল্লকপা তাখি। উফুল পুবা নুংশিৎ শিংলকখিবা মতমদা প্রজা ময়াম অমনা মদুগী উফউলদু ধর্ম্মরাজগী খুয়াগী উফুলনি হায়না খঙদুনা য়াম্না ব্যবহারগা লোয়নননা মরাইবক্তা হাপকৎচখি। অসুন্না, নারক-মোংশোং অমদি পাংথি-কোমথি কয়া ফাওদুনা চংখিবনা মচিন-মনাওশিংদু অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে। মতাং অদুদদি মীয়াম্না করি তৌবা ঙমগনি? মখোয়না খাঙবা ঙমদ্রবা অব্রাবা মৈচাক্কা লোয়নননা হস্তিনাপুরদা হল্লকখি।

পাণ্ডবশিং অদুনা মহাপ্রস্তনম (Mahaprasthanam) হায়বা-ব্রাশক অদু ঙাকখি। ব্রাশক অদুগী ব্রাফমদি লম্বীদা করি অমতা চারোইদবনি, থক্রোইদবনি, পোথারোইদবনি, অদুম চুমদ্রিং চংখিগদবনি, অব্রাং থংবা মায়কৈদা, মখোয় শিদুনা বোম তুদ্রিফাওবা। মখোয়না লৌখিবা, অসুক্কি মতিক-শাথীপ্রবা অমসুং মরু হকখ্রবা ব্রাশক অদু মসিনি।

## পন্দুপ তরামঙাশুবা

# নিংথৌরেল পরিক্ষিৎনা পানবা

পাণ্ডবশিং অদুনা মখোয়গী মিংয়েং অদু মমাংদা চুমদ্রিং থমদুনা, য়াম্না শাথীনা ৱাশিল্লকপদগী মশাদু ৱাস্থরক্তুনা অমসুং অশিবনা পুন্সি লোইশিনখিগদবা মিকুপ্-তাঞ্জা অদু ঙাইর-ঙাইরদুনা অদুম মখা চত্থখিরমই। মখোয়গী থম্মোয় অদু কৃষ্ণগা মরী লৈনবা, থম্মোয়দা থুক-থুক লাওবা ৱাখলশিং হায়বদি মাগী লীলা অমসুং ফাগি জুগাই, মাগী থৌজাল অমসুং মতিক মগুণশিং অসিনা পিক থনখিরমই; মখোয়গী মকোক্তা অতোপ্পা ৱাখল খন্নবগী মফম লৈরমদে। মখোয়গী মহারানী দ্রৌপদীদু ফনা শাংনা য়াম্না ৱানা মতুং ইন্নরম্বনি, অদুবু, মহাক য়াম্না শোন্থরকখি, অদুনা মখা চত্থবা ঙমখিদ্রে; মহাক্না হায়জরবসু মাগী মবুংঙোশিং অদুনা হন্না ফাওবা য়েংলকখিদে; মখোয় অদু য়াম্না অকনবা, অমুক হন্দোক্লরোইদবা ৱাশক অমা শকখ্রে হায়বসি মহাক যাম্না লৌশিং শিংবী অমসুং ভক্তি লৈবী ওইবা মরমনা মহাক্না ভাব তারকখি; মহাক্না পুক্নিংদা লেপখি মদুদি মতম অসুক কুইনা মখোয়গা লৈনরকখিবা মরী অদু কোমথোকখ্রে অমসুং মহাক্কি অরোইবা মতমদু য়ৌরকখ্রে। মহাক ৱাস্থখি অমসুং তুখি; মহাক্কি অরোইবা শ্বরদু পুক্নিংনা কৃষ্ণদা থল্লগা হোনখি হায়বদি থাৱায় থাখি।

পাণ্ডবশিং অদুসু য়াম্না অকনবা নিয়মদা মখা চত্থখি অমসুং মাগী-মাগী হকচাং অদুনা সংসার থাদোক্কদবা মতম অমসুং মফম অদুদা তোঙান-তোঙান্না অরোইবা য়াহিব তানখি। মশা অদু উফুল ওনখি, অদুবু থৱাই অদুদি কৃষ্ণদা তিনখি। মখোয় কৃষ্ণগী শিবা নায়দ্রবা রস অদুদা লুপখিবনা অরান-খুভম ফংজখি।

ভারতকি রাজ-সিংহাসন্দগী পরিক্ষিৎনা মশাগী প্রজাশিংবু নুংশিনা, অচুম্বা বিচার, শাজৎ-নিতি, চত্নুনা মমা-মপা অমা ওইবগী মিনুংশিগা লোয়ননা অমাং-অতাদগী ঙাকপি-শেনবীদুনা মাগী লৈবাক্তা পাল্লমই। মহাক্না পায়রুবা ওইনিংবা থবক অমদা, পরিক্ষিৎনা কৃষ্ণবু নিঙশিংদনা অমসুং মপা-মপুশিংবু নীংশিংদনা অমসুং মঙ্গল ওইহনবিয়ু হায়না খুরুমজদনা খোঙথাং অমা ফাওবা

থাংখিদে। মহাক্না অয়ুক-নুংথিল অনীমক্তা ধর্ম্মগী অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবিনবা খুরুমজখি। মহাক্না মশাসি প্রজাশিংগী থম্মোয়নি হায়না ফাওখি অমসুং প্রজাশিংবুনা মাগী হকচাংনি হায়না ফাওখি।

মাগী লৈবাক্কি মফম পুন্নমক্তা, নুংশিৎ ফাওবনা হুরানবদা য়াওই হায়রক্কনি হায়না কিবদগী, চিংনবদগী পোৎ অমা ফাওবা মফম হোংদোক নবা কন্না শিংখিদে। হুরান-চিঙ্থিবা থোক্কনি হায়বগী অকিবা শম্না অমা ফাওবা লৈরমদে। নত্রগা ওইদবা চুমদবা বিচারগী, ধর্ম্ম লৈতবা থবক্কি নত্রগা ৱাখল ফত্তবগী মমি ফাওবা লৈরমদে। অদুনা মরম ওইদুনা লৈবাক অসি মমিং য়াম্না চৎখি। দণ্ডি পীদুনা চুমথোকখি অমসুং মতুং থোক্তনবা খোঙথাংশিং পায়খৎখি, মদুমক্না ফত্তবা থবক অদু মরু ফুকখি। অসুম্না য়াম্না নুংশিনা অমসুং ব্যবহারগা লোয়ননা ধর্ম্ম য়োকখৎখিবা মরম্না, প্রকৃতি ফাওবা য়াম্না থৌজাল হৈরমই; নোং মতমচানা লাকখি, মহৈ-মরোং নিংথিনা হৌখি অমসুং মরাং-কায়না মহৈ য়ানখি; মরু-মরাং থম্ফম পুন্নমক পিক-পিক থনখি; প্রজা পুন্নমক্ পেন্নখি, নুংঙাইখি অমসুং অকি-অখং লৈখিদে।

পরিক্ষিৎনা য়াম্না চেকশিন্না লৈবাক শাসন তৌরিঙৈসিদা, মন্ত্রিশিং অমসুং শাগৈগী ধর্ম্মগী লুচিংবশিং অসিনা মখোয় মশেল্ ৱা তান্নখি অমসুং লোয়নগদবী অমা খন্দুনা লুহোংলগা গৃহস্তা আশ্রম্ চঙনবগী ৱাফম অমা নিংথৌদা হৌদোক্লুনবা ৱারেপ্নখি; মখোয়গী ৱাফমদু অদুম হায়না থমজখি। নিংথৌনা য়াবিরদুনা মখোয়না বিরাৎ নিংথৌ শাগৈগী মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মা উত্তরগী মচানুপী পীবিনবা হায়জখি। বিরাৎ লৈবাক্তা থাখিবা ব্রাহ্মণশিং অদু য়াম্না হরাওনা হল্লকখি, মরমদি বিরাৎ নিংথৌনা মখোয়গী ৱাফমদু য়াবিরকখি। পুরোহিৎশিং অদুনা অফবা নুমিৎ অমসুং পুংফম লেপ্লখি অমসুং উত্তর নিংথৌগী মচানুপী ইরাবতীগা পরিক্ষিৎকা অনীগী লুহোংবদু য়াম্না ধুম-ধামগা লোয়ননা লেম্না পাঙথোকখি।

মহারানী ইরাবতী অসি য়াম্না চাউবি সদভিমানি অমনি হায়বদি ধর্ম্ম লৈবী, অমসুং অফবা গুণ চেনবী নুপীশিংগী মরক্ত মণি-মুক্তাগুম্বীনি। মহাক অচুম্ববু য়াম্না হকচিন্না পাম্বা নুপী ওইরমই; মহাক্ মপুরোইবদা ভক্তি য়াম্না লৈজবিনি। লৈবাক মনুংদা কনাগুম্বা অমা অৱাবা তারে হায়বগী পাউ ফংলবদি

মহাক মশামক্তা অব্রাবদু থোকপগুম মহাক মথব্রাই য়াম্না নুংঙাইরমদে। সহরগী নুপী পুম্নমক্কা তিন্ন-তোৎনরমই, অমসুং মখোয়গী অনীংবা অপান্নশিং অমসুং অরৈ-লৈত পুম্নমক খঙলমই। মহাক্না মখোয়দা মপুক্লিং থৌগৎপিখি অমসুং অব্রা অনাদা পুক্লিং থেমজিনবিখি। মহাক্না মখোয়দা তন্নিদুনা অমসুং থবক্না উত্তুনা মখোয়গী মরক্তা ধর্ম্ম চাউখৎনবা হোৎনবিখি; লমচৎ ফহন্নবা অমসুং লমচৎ ফবশিংবু ঙাকপি-শেনবিনবা সংস্থান কয়া লিংখৎপিখি। থাক খুদিংগী নুপী পুম্ন মক্ মাগী মনাক্তা চংহল্লমই, মরমদি মঙোন্দা তৌশিন্নবা নাপল লৈরমদে। মহাক্না খুদিংমকপু মতিকচানা ব্যবহার তৌরমই; মহাক্তি খাঙবা কনবা অমসুং দান তৌবগী লাইরেম্বী ওইরমই। খুদিংমক্না মহাকপু চিঞ্জাক ব্রাত্ত-পাদনা পীবরিবী লাইরেম্বী অন্নপুর্না মশামক্না মী ওইনা অবতার তৌবিরক্নবিনি হায়না মীপুম খুদিংনা থাগৎনরমই।

মসিগী নিংথৌ অমসুং মহারানী অনীসিনা পাল্লিঙৈ মনুংসিদা নুপা অমসুং নুপী পুম্নমক শান্তি লৈনা, মরাং কায়না, অব্রাৎ-অপা লৈতনা লৈরমই। মীওইবগী চাউখৎনবগীদমক পরিক্ষিৎ মহারাজনসু বেদগী যজ্ঞ, পুজানচিংবা কয়া পাঙথোকখি। মন্দিরশিংদা অমসুং ঈশ্বরগী তোঙান-তোঙানবা মমিংশিংগী লৈফমদা পুজা তৌজবা য়ানবা মহাক্না থৌরাং তৌবিখি। অসিগুম্বা অমসুং অতৈ পাম্বৈশিংনা ঈশ্বরদা থাজবা অমসুং মীওইববু নুংশিবগী ব্রাখল অমা মাগী প্রজাশিংগী থম্মোয়দা মপাল-মরা তাহনখি। জঙ্গলগী খাংপোকশঙশিংদা লৈরিবা মুণি-ঋষিশিংগী য়াম্না শান্তি লৈনা লৈজবা য়ানবা থৌরাং কয়া মহাক্না খুমাং চাউশিনহনখি; মখোয়গী য়াম্না চিক্লা লৈজরিবা মফমশিংদু মী অমসুং শা-শিংদগী ঙাকথোকপিরমই। মহাক্না মখোয় অদুদা মশা মনুংদা থিজিন্নবা অকনবা পাওতাক পীরমই অমসুং মশা খুদুম চন্নবা নিয়মশিং,আইনশিং পুথোক্লবা হায়রমই। মখোয়গী অশোয়-অঙাম লৈতনবা খুজিল থৌরাংদা মহাক মশামক্না য়েংশিলখি।

অসুম্না, পরিক্ষিৎ অমসুং ইরাবতীনা মখোয়গী লৈবাক অদুদা ঈশ্বর অমসুং পারবতীনা জগৎ অসিদা মপা-মমা ওইবগী নুংশিবা প্রেমগা লোয়ননা পাম্বগুম্ মখোয়সু পাল্লমই। মতুং ইকুই কুইদনা, মহারানীদু মশা-ব্রাই শংদ্রে হায়বা পাউ অসিনা নুপী অঙাংশিংগী মরক্তা য়ৌরকখি অমসুং অচুম্বসু ওইখি। প্রজা পুম্নমক্না ময়ুমদা অমসুং মন্দিরদা চত্তুনা ঈশ্বরদা মচা নুপা অমা পীবিনবা

খুরুমজখি; অঙাং অদু ধর্ম্ম লৈবা, লমচৎ ফজবা মী, চাউরক্লগা য়াম্না অকনবা অমসুং অচুম্বা ধর্ম্ম-নিতি চৎলগদবা, অমসুং মাগী মপুন্সি মপুং ফানা শাংনা পুন্সিগদবা মী অমা ওইহনবিনবা পুম্নমক্না নিজখি। হায়রিবা মতমশিং অদুদদি প্রজাশিংনা মখোয়গী নিংথৌবু অসুক্কি মতিক কন্না নুংশিনরমই মদুদি নিংথৌনা পেন্নবগীদমক মশাগী নুংঙাইবা পুম্নমক থাদোক্লরমই; নিংথৌনসু মখোয়বু নুংশিরমই অমসুং মাগী থম্মোয়গী মণি ওইনা ঙাক-শেল্লমই।

শাগৈগী মথং-মথং চখহৌবা য়ানবগী য়াম্না মঙ্গলগী মশক ওইরবা অঙাং অমা লৈরগনি হায়বসিদা প্রজা ময়াম্না য়াম্না হৈনিং হরাওবা পোকই হায়বসি পরিক্ষিৎনা তাখিরমই অমসুং খঙখিরমই। মহাক্কি প্রজাশিংনা মহাকপু কয়া য়াম্না লুনা নিংলম্বগে হায়বদু খঙলকপা মতমদা মাগী মমিত্তগী হরাও-নুংঙাইবগী মপি-তাখি। প্রজা মীয়াম্না মঙোন্দা নুংশিবিরিবদু মপুবোক্কি মপান্ননি অমসুং মবুংঙো কৃষ্ণগী থৌজালগী খুদোলনি হায়না মহাক্না মশাদা ফাওখি।

পরিক্ষিৎনা মাগী প্রজাগী খ্বাইদগী ফগদবা মওংদা সেবা তৌগনি খনখিবা ৱাখল অদুদগী খক থৈদোকখিদে; মসিগী চাউখ্রবা থবক অসিগীদমক মাগী অপাম-পামদগী ৱাখল পুম্নমক থাদোকখি। মাগী প্রজাশিং অদুবু মশামক্কি অঙাংগুম্ য়েংখি। নিংথৌ অমসুং প্রজা অনীগী মরক্তা লৈনরিবা নুংশিবা প্রেমগী থাক অদু পুহল্লকখিবা মরী অদু য়াম্না শেংলবা অৱাংবা থাক্কিনি। মরম অদুনা, মাগী প্রজাশিং অদুনা শ্বর্গদগীদি মাগী লৈবাক অদুদা লৈজবনা হেন্না পামই হায়না ফাওবা হায়নখি।

মরক অসিদা, য়াম্না য়াইফরবা নুমিৎ অমদা মচানুপাদু পোকখিরমই অমসুং মাগী লৈবাক পুম্নমক শিন-থুংনা ৱাহৈনা ফোংঙমদ্রবা নুংঙাইবগী ৱাখলনা পুমথন থনখি। মুনি-ঋষিশিংনা, স্কোলারশিংনা অমসুং লৈবাক্কি লুচিংবশিংনা নিংথৌদা নুংঙাই-য়াইফবগী অফবা পাওজেল থানখি। অনৌবা মঙাল অমনা লৈবাক অদুদা ঙাল্লরে হায়না মখোয়না লাউথোকখি। পাঞ্জিশিংনা মখোয়গী লাইরিক য়েংনখি অমসুং মিকুপ অদুদগী অঙাং অদুগী মরায়বক করি ওইবা য়াবগে হায়বদু হোৎপা হৌনখি; মখোয়না লাউথোকখি মদুদি অঙাং অসিনা শাগৈগী মিংচৎ মতিক-মগুণ হেনগৎহল্লগনি, মপাগী মমিংদা অহেনবা মিংচৎ পুরক্লগনি অমসুং মাগী প্রজাগী নুংশিবা প্রেম অমসুং সনমান ফংগনি।

পরিক্ষিৎনা শাগৈগী গুরুদু কোনুংদা বার্ত্তন তৌখি অমসুং ব্রাহ্মণ-পুরোহিৎ অদুগসু অঙাং অদুগী মমিং থোনবগী পুজা পাঙথোক্লবা অফবা নুমিৎ অমা লেপ্লবা তানখি। অদুগী মতুং-ইন্না, য়াম্না নিংথিনা, পাক-চাউনা শীল্লবা পুজাগী থৌরম অমদা অঙাং অদুগী মমিংদু জনমেজয় হায়না থোনখি। মহারাজদা পাওতাক পীনবা লৈরিবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তুগী লুচিং পুরেল ওইরিবা কৃপাচার্য্যগী ৱাফম মতুং-ইন্না ব্রাহ্মণশিং অদু য়াম্না মমল য়াম্লবা খুদোল কয়া পীখি। মচী অমসুং মখোঙ-খুজিলদা সনাগী লৈতেং শিরবা ষনবি কয়া-মরুম দান ওইনা পীখি। নুমিৎ কয়ানি নিংথিনা চাক পিজখ্রে। ধর্ম্মরাজনা মাগী অরোইবা খোঙচৎকি যাত্রা তৌরকপা মতমদা সিংহাসন্দা ফম্লিবা অপিকপা অঙাং অদুবু কৃপাচার্য্যদা শিন্নখি অমসুং অশেংবা দায়িত্ব লৌরিবা মীশক অমা ওইনা কৃপাচার্য্যনা অঙাং-নিংথৌ অদুবু লৈবাক্কি ৱায়েল পথাবকি নিতি-নিয়মশিং তম্বিরমই। মহাক্না সুম্ চাউখৎলকপগা ইরোয়ননা, মাগী পাওতাকশিং অদু হেন্ন-হেন্না কান্নরকখি, নিংথৌনা মাগী পাওতাক অদু করিগুম্বদা হিক্তোকখিদে; মহাক্না মতম খুদিংমক্তা পাওতাক নিজখি অমসুং মদু য়াম্না থাজনা ব্যবহারগা লোয়ননা ইনখি। মরম অসিদগী মুণি-ঋষিশিং অমসুং লাইনিংবা লমবোইবশিং অদুনা নিংথৌগী ৱশা ফনবা অমদি পুন্সি শাংনবা ঈশ্বরদা নিজখি অমসুং প্রজাগী নুংঙাই য়াইফবদু ৱাংনা থাগৎনখি অমসুং প্রজাগী য়াইফনবা খল্লিবা নিংথৌগী পুকচেল অদুবুসু থাগৎনখি।

পরিক্ষিৎ অসি পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্নমক্কি মকোক ওইরমই, মরমদি মহাক্তি অচৌবা পুম্নমক্কি আশীবর্বাদ ফংলমই, অশিংবশিংগী পাওতাক ফংলমই অমসুং ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলমই। লৈবাক ময়াম জয় তৌবগী শাংলবা খোঙচৎ অমগী মতুংদা মহাক গঙ্গা তুরেলগী তোবর্বান্দা লৈখি অমসুং মহাক্না লান্দা জয় ওইরকপগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা শগোল অহুম বেদগী নিতি-নিয়ম মতুংইন্না যজ্ঞ তৌদুনা কৎপগী পুজা অমা পাঙথোকখি। মহাক্কি মিংচৎ অদু ভারত শিনবা থুংনা চৎখিবদা নত্তনা মসিগী সিমানা ৱাংমদসু শন্দোকখি। ভারতকি রাজবংসগী মনুংদা অচৌবা মণি অমনি হায়না মীপুম খুদিংনা শক্ল-শোন্নখি। মঙোন্দা মঙক নোনখিদবা লৈবাক অমতা লৈখিদে; মাগী য়াথং ইনখিদবা লৈবাক্কি মপু অমতা লৈখিদে। কনাগুম্বা মীয়াম অমা নত্রগা লৈবাক্কি মপু অমা নমথনবা

লাম্মি মমাংদা মহাক্লা লুচিংদুনা চৎপগী দরকার লৈখিদে। পুম্নমক মঙোন্দা হরাও-হরাওনা কাঙ্গৎ পীনিংখি। মহাক লম পুম্নমক্কি অমসুং মী পুম্নমক্কি মপু ওইরমই।

কৃষ্ণগী যুগ হেক লোইখিবগা কলি হায়রিবা ফত্তবা ৱাখল খনবা অমসুং পাপকি থবক তৌনিংবগী মতম অসি হান্ননা য়ৌরকপ্রে; মরম অদুনা কলিগী হু চেল্লবা মতোক অদু য়াম্না তোয়না থাঙ্গৎলক্লমই; অদুবু, পরিক্ষিৎতু য়াম্না মমিং মনা শিংনা লৈরমই। মসিগী ফৎত্রবা লাল্লোংশিং অদু নমথনবা মহাক্লা উপাই কয়ামরুম পুথোকখি। মহাক্লা লৈবাক পুম্নমক্তা মপা মপুশিংনা চুমথোক্লবগী হৌদোকখিবা নিয়মশিং অমসুং লিংখৎপিখিবা সংস্থানশিংদু কদায় কদায়দা লৈক্লবগে হায়বদু খঙনবা থিরমই; মতাং হেক চারকপা মতমদা মীয়ামদা মহাক্লা মদুগী অফবা পান্দমশিংগী মরমদা নিংশিংলমই; মহাক্লা মখোয়দা কৃষ্ণগী মরমদা মাগী থৌজালগী মরমদা, অমসুং মাগী মিনুংশিগী মরমদা হায়রমই। হায়রিবা ৱারীশিং অসি মহাক্লা মখোয়দা হেক লীবা মতমদা হরাও-নুংঙাইবগী অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎপগী মপি-তারমই।মহাক তশেংনা মাঙখ্রবা খুদোংচাবা হায়বদি পাণ্ডবশিং অমসুং কৃষ্ণবু মাগী মনাক্তা লৈজবা অদু থম্মোয় শেংনা ফংনিংলমই-।

কলিনা মাগী মরৈবাক মনুংদা চঙখ্রে অমসুং মসিনা মাগী মীয়ামগী পুক্লিংদা মমি তাহন্নবা হোৎনরি হায়বসি মহাক খঙখিরমই। মসিগী মথৌশিং অসি মুন্না খঙলবা মতুংদা, মসি করম্বা ফিভমদনা হেন্না খুদোংচানা শন্দোরকপগে হায়বদু থিজিনখি অমসুং মাগী ওজাশিং অমসুং অহলশিংগী থৱাই য়াওবা তেংবাংনা মহাক্লা মদু থিংনবা অখন্নবা আইন কয়া হৌদোকখি। অসিগুম্বা চেকশিন-থৌরাংশিং অসিদি ফত্তবদুনা থবক ওইনা, খৎ ন-চৈনবা ওইনা থোরক্লবা মতমদা পায়খৎকদবনি হায়বা অহলশিংগী পাওতাক অদু পরিক্ষিৎনা য়াখিদে। মাগী ৱাখলদি খর হেন্না থৌরাং তৌহৈবদা লৈরমই। মহাক্লা মাগী প্রজাশিংদগী মাঙজিল থাবদু পাল্লমই। মহাক্লা হায়খি, "যথা রাজা, তথা প্রজা" - (নিংথৌগী নিত্তিদু প্রজাগীসু নিতিনি) হায়বা পাওরৌ লৈ। মহাক্লা লাউথোকখি মদুদি লৈবাক্কি মপু অদুনা মতিক চাদ্রবা মতমদা প্রজা মরক্তা মশাবু থাজবা ঙম্ন রক্রবা, ঈশ্বরগী থৌজাল নিনিংবগী ৱাখল হস্থরক্লবা মতমদা কলিনা হায়বদি ফত্তবা ৱাখলনা মথক থোংখিবা, লাকশিনবা ঙমগনি। কলিগী থৌরাংশিং খুমাং

চাউশিলহল্লিবসি মসিগী মরম অহুমসিননি। মখোয়শিংসি লৈত্রবদি মীওইবনা ফত্তবা ব্রাখল খনবা হায়বসি ওইথোকলোই। মসি খণ্ডবদগী পরিক্ষিৎনা মাগী লৈবাক মনুংদা চৎখি অমসুং অহিং, নুংথিল অনীমক্তা কলি তাম্থোক্লবা কোইথি থিখি। হায়বদি ওইদবা বিচার, নম্ফু, ফত্তবা লমচৎ, ওইদবা ঙাঙবা, হিংশানচিংবা পুম্নমকসি তৌহন্দনবা, থিংনবা হোৎনখি; মাগী ঙাকথোক্লবা থৌরাংশিং অদু য়াম্না কান্নখি। মাগী লৈবাক্তা অসুক্কি মতিক শান্তি লৈখি মদুদি মহাক্না য়াম্না মায়পাক্না মাগী খোঙজং অদু লাপ্লবা মফমশিং-ভদ্রস্ব কেথমালা, উত্তরকুরু অমসুং কিমপুরুষকি লমদমশিং ফাওবা য়ৌশিনবা ঙমখি।



## BOOKS FROM THE SAME PEN:

1. Meeoiba Jati Kadomda? - 1986
   *(Soviet Land Nehru Award -(Gold) Winner)*

2. Sai Leela 108 - 1996

3. Sai Amrita Vaani - 1998

4. Sathyam Sivam Sunderam Vol.-I - 2001
   *(Translation)*

5. Sathyam Sivam Sunderam Vol.-II - 2002
   *(Translation)*

6. Sathyam Sivam Sunderam Vol.-III - 2003
   *(Translation)*

7. Prem Vahinee - 2003

8. Sathyam Sivam Sunderam Vol.- IV - 2004
   *(Translation)*

9. Elementary Statistics - 2005

10. Bhagavata Vahinee Vol. - I - 2005
    *(Translation)*